# সাই অমৃত বানী



৮২৫

শ্রীনোংথোবম শামু সিংহ

ফোংজবী ঃ
নোংথোম্বম ওংবী নিতম্বীনি দেবী
কিয়াম সিফাই, থৌবাল









অহাম্বা থুৎনম ঃ ১৯৯৮ ইং।
কোপী মশিং ঃ ২০০০

মমল ঃ লুপা ৪৫/-

নম্ফম ঃ
ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# কচ্চবা

কচ্চরি নখুয়া থম্বালদা
পাওদ্রবা নচাগী ভক্তিসে
থম্মোয়গী পিরাংগা লোয়ননা
লৌবিয়ু লৎনবা লৈতনা।

তাইবং শিম্থা লোয়রক্রবদা
পাইখ্রেদো থব্রাই চেক্লাদি
মপুগী লৈকোন তম্না
কনা হন্না য়েংলমদনা।

চাংজৌ নায়দ্রবা তাইবং ঈপাকথক্তা
পলেম পম্থৌনা নাওকোনবিরিঙৈ
কাওখিদো পুন্সিগী পান্দম
মায়া ঈপাক্তা তাওখিবনা।

পুন্সিগী নুমিদাংব্রাই ওইরবসিদদি
লৈরমদ্রে পলেম পম্থৌগী
লেঙদ্রবা আত্মা অনিদো
নিংশিংহল্লে পুন্সিগী পান্দমঃ

*"শিদনবা পোক্রম্বনি"*
*"পোক্তনবা শিগদবনি"।*

ওঁ সাই রাম

*এনং শামু সিংহ*

# “ৱাহৈ অমনিদং”

শ্রীভগবান্না মহাক্কী অনিংবা মতুং ইন্না, ধর্ম্মবু ঙাকপিবা মনাই ওইবশিংবু থৌজানবীবা কলিগী অবতার শ্রীসত্য সাই বাবা ওইনা পোকপিররে। চহি লিশিং কয়াগী মমাংদগী তাকপিরম্বা কয়াগী মতুং ইন্না, চাননা ভগবান বাবানা অরেপ অখম লৈতনা লিলা কয়া কয়া সান্নবিরি। মীওইববু অরাম্বা, অরেম্বা লম্বী থাদোক্তুনা অচুম্বা, কান্নবা লম্বীদা চৎননবা অরেপ অখম লৈতনা মমল নাইদ্রবা পাওতাক কয়া কয়া পিনবিরি। অসুম্না পিনবিরিবা পাওতাক কয়াসি পৃথিবী সিম্বা থুংনা তোংঙান তোংঙাম্বা লোন্দা লাইরিক লিশিং কয়া ফোংনখ্রে। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা ভগবানগী বানীশিং অসি লাইরিক কুপ্পু নিফুদগী ফজ-ফজবা, নিংথিজবা খনগৎপিরগা হিন্দি-ইংলিস পাবা ঙমজদবা মীওইশিংগীদমক্তা ইমালোন্দা হন্দোকপিদুনা শ্রীনোংথোম্বম শামু সিংহনা “সাই অমৃত বানী” ওইনা পুথোকপিবসি মণিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা লৈরাং অমা ওইনা তম্বদা নত্তনা ঈশ্বরবু নুংশিজবা অচুম্বা লম্বীবু পাম্বীবা মীওইশিংগী মফমদদি মমল নাইদ্রবা খুদোলনি হায়জনিংই।

লাইরিক অসি পাবিবদা ঐখোয় ঐখোয়গী থম্মোয়নুংদা ফোংঙমদনা মতম কুইনা লৈরকপা, থাজবা ৱাখললোন কয়া অদুগা চানবা য়ানিংবা তত্তনা ফাওবিগনি মরমদি শ্রীসাইদি (ঈশ্বরদি) থম্মোয়নুংদা লেংদনা লৈবনি। মতম কয়া ৱানা থিবা ফংলক্তবা কয়াসু ফংবিগনি। হান্না হন্না হন্না পারুরগসু খঙবা ভাব তাবা ঙমদবা ৱাফম কয়া য়াম্না চন্না লাইনা তাকপিবসু থেংনবিগনি মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি সৎ-গুরুনি।

হন্দোকপা লাইরিক অহাম্বা হৌরকফম ওইবা লোন্দা ফজবা নিংথিজবা অদু য়ৌবা ৱানা থোক্লে। তেলেগুদগী ইংরাজি, ইংরাজিদগী মণিপুরি তারকপা অসিদা অৱাৎপা অহোবা খরা মখৈদি ময়াওরম্বা য়াই অদুবু তোইনা লাইরিক ইবা মী অমা ওইদ্রবসু হান্না “মীওইবা জাতি কদোমদা” ইবদা Soviet Land Nehru Award Committee এৱার্ড ফংখ্রবা মথংদা “সাই লিলা ১০৮” ফোংবিখ্রবা শ্রীশামুনা ফনদি নিংথিজনা, থৱাই হকচাং অমদি ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা হোৎনবিরে হায়জনিংই।

অইবনা ভগবান শ্রীবাবাগী বানীশিং খরা থম্বীরবা মতুংদা ঈশ্বরবু ফংজগে তাল্লিবা মীওই অমনা (সাদক) করি খনগনি-ঙাংগনি-চৎকনি হায়বা শ্রীবাবানা তাকপিবা খরা থম্বীবা অসিমসু থোইদোক্লা থাগৎনিংঙাই ওই। অইবা মশাগী ওইনা থোৎপা নৌবা খরা ব্রাৎচবগী মথক্তা শ্রীভগবাননা তাকপিবা বানীশিংসিনা কন্না কন্না সেংনা তাকপিবা ওইবনা হন্দোকপদা কন্না অদুম হন্দোক্তবা য়াদবা ওইবনা পাবিবা মতমদা লোনসি খরা . . . নিংবা থুংবিদবা য়াওবিবা য়াই মদুসু অইবনা ঙাকপিনবা হঙ্গৎচরি।

নিংতম্বা লৈবাক ১৫০ হেন্বদা লৈরিবা মীওই করোর কয়া কয়ানা মা মানা নিংজবা লাৎচরিবা ঈশ্বরদুনি নিংদুনা ঈরাৎ-পুজা তৌদুনা লাৎনরিবা, অঙক অঙকপা ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি কয়া খঙহন উহন্বীদুনা ঙসিগী ওইবা ২০ শুবা সতাব্দি লোয়রমদাই অসিদা ফাওর ফাওরবা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং, ডাক্তরশিং, সাইন্সটিষ্টশিং, জুরিষ্টশিং, জর্নেলিষ্টশিং, আর্টিষ্টশিং, প্রসিডেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর কয়ানা ঈশ্বরনি হায়না খন্নদুনা লাৎনরবা শ্রীভগবান বাবাবু মহাক্কী আশ্রমদা অহুমলক চৎচদুনা নুমিৎ কয়ানি লৈদুনা পৃথিবীগী মীওই শুনা ধর্ম্ম-জাৎ-পাৎ কি খেন্নবা অমত্তা থমদনা চামিন থকমিন্নদুনা লৈমিন্নরিবা নুংশিরবা নিংথিরবা কয়া উরুরবা, লাইরিক কয়া নৈনরুরবা মতুংদা শ্রীশামুনা হোৎনজরিবা অসি থাগৎচনিংই। অইবা অসিনা হোৎনজবা অসিদা ইবুংঙো মহাক্লা কৃপা দয়া পিনবিনবা ইবুংঙো মহাক্কী শ্রীচরন্দা হন্না হন্না প্রার্থনা কৎচরি।

**জয় সাই রাম**

*থৌবাল*

২১-০৭-৯৮ **ব্রিং কমান্দর অকোইজম দেবেন্দ্রা সিংহ**

# "থাগৎচবা"

কলিগী শারবা মৈশানা য়ৈবদগী ধর্ম্মনা লৈখা তাশিল্লকপগা ঈরোইননা লমচৎ-ব্যাবহার ব্রৎনরকপা, মশা-মশাগী ওইজবা থিবগী ব্রাখলতনা মাংওইনখিবনা পুন্সিগী পান্দম থৌওইনরক্কবা অমদি পৃথিবীদা অসান্তি ওইরকপনা হিংবগী মরেক মহাও য়াওরক্রবা তাঞ্জা অসিদা মীওইবা জাতিবু লমজিংবিরিবা, পৃথিবীগী লৈবাক ১৫০ গী মীওই করোর কয়া কয়ানা ঈশ্বরগী অবতারনি হায়না ঈরাৎ পুজা তৌনরক্লিবা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী মপাল নাইদ্রবা থৌজাল ঈপাক্তগী, অতৎ অখম লৈতনা চেন্থরক্লিবা গঙ্গা অসিদগী খুজোক অমা-অনিদং সাই ভক্তশিংগী মফমদা লাস্থোকচরিবা "সাই অমৃত বানী" অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তত্তনা পুক্লিং থৌগৎপিখিবা, প্রুফ পাবিবগী অরাবা শরুক য়াবিখিবা, অমদি কোবর দিজাইন পুথোকপিখিবা ঐগী ইনাও ব্রিং কমান্দর অকোইজম দেবেন্দ্রা সিংহবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি। চহি নহা ওইরিবা সাধকা অসিনা মশাগী ওইজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা সাই-নিতিবু মণিপুরগী কাচিন কোয়া য়ৌহন্দুনা, বিস্ব-শান্তি পুরক্লবা, মীওইবা জাতি অমত্তনি ইচিল-ইনাওনি, ঈশ্বর অমত্তনি তোংঙান তোংঙান্বা মিং কৌনবনি অপাম্বা মওংদা লাৎনবনি হায়বা শ্রীসত্য সাই বাবাগী পাওজেলবু য়েন্বা হোৎনজরিবা ষ্টেট অসিগী লমজিং পুরেলনি। জগৎ গুরু ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা কয়া মরাং কাইনা ফংজরবা ইনাওসিগী মনাক্তা চংউ চংউবা খুদিংদা হরাও-হরাও, তরাম-তরাম খঙদবা চিংনবা পুন্নমক খন্ন-নৈনা সাই-প্রেমবু মরাং কায়না পিনবিরকপা ফংহন্বীরকপগীসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা পুক্লিং থৌগৎপিবা ওইনা শেলগী মতেং পাংবিখিবী কুমারি অথোকপম্ সন্ধ্যাপ্যারি দেবী ক্লকৈথেল্ ময়াই কোইবিবুসু হন্না হন্না থাগৎচরি।

**জয় সাই রাম**

*থৌবাল, কিয়াম সিফাই*
*তাং ২১-০৭-৯৮*

*অইবা*
শ্রীনোংথোম্বম শামু সিংহ

# য়াওফম তাকপা


| *হিরম* | | *লমায়* |
|---|---|---|
| ১। ৱাহৌদোক | ......... | i – v |
| ২। সাই অমৃত বানী - ১০৮ | ......... | ১ |
| ৩। ৱাহং-পাওখুম - ৮১ | ......... | ২৯ |
| ৪। সাই ভক্তশিংগী মথৌ - ৮১ | ......... | ৬০ |
| ৫। গীতাগী ৱাফম - ৪১ | ......... | ৭৫ |

# “ꯋꯥꯍꯩꯗꯣꯛ”

শ্রীসত্য সাই বাবা কনানো, মহাকপু মতৌ করম্না ঈশ্বরগী অবতারনি হায়রিবনো, অবতারনি হায়রিবা মীশকশিং অদুনা করম করম্বা থাক্কি মীওইশিংনো, করম্বা লৈবাক্তগীনো . . . হায়বনচিংবা ৱাহং খরসিগী পাওখুমদি শোক ১৯২৬ কী নভেম্বর তাং ২৩ দা পুত্তপার্তি কৌবা পিকখ্রবা খুঙ্গং মচা অমদা অবতার ওইনা লেঙথবিরকপদগীনা ঙসি চহি ৭৩ ফাওবসিগী মনুংসিদা মফম, মতম অমসুং তাঞ্জাগী মতুংইন্না মশাগী পোকপদগী লোয়নরকপা গুণশিং/শক্তিশিং তত্তনা উৎলকলিবা, (মীনা হৈরে, খঙলে, ঙমলে, হায়ননবা উৎপা নত্তবা) মীওইপোক কনানা নিংথিনা, মপুংফানা শিংথাবা ঙম্লরোইদবা গুণ কয়াগী মনুংদগী ঐনা থেংনজরুবা খজিক্তুং লৌখৎচরগা, শম্লপ্পা সাই জীবন-চরিত মতেক অমতংগা লোয়ননা৭২ শুবা মপোক কুমওন্দা হায়বদি নভেম্বর ২৩, ১৯৯৬ তা খুদোল তমজখিবা **“সাই লীলা ১০৮”** মিৎয়েং তাবিরম্লগদি ইশা-ইশাগী ওইবা চাওরাকপা মোত খরদি লৈবিরম্লগনি নিংজৈ। অওইবমক্তি নৌনা খোংদাজরক্লিবা সাই ভক্ত অমদদি মথক্কী ৱাহংশিংসি মতম চুপ্পগী ওইনা লৈরগদবা ৱাফমনি। ঙসিগী কলি যুগ লোইরমদাইসিদা সাইবাবা কনানো, করিনো, কমদৌবা মীশক্লো . . . হায়বনচিংবা হিরম অসোমদা খোঙ খজিক্তুং থাংজিনবিরক্তুনা খরদংদা ওইরবসু খন্ন-নৈনবা য়াওবিরক্লিবা ইচিল-ইনাও, অমদি ইচে-ইচল, পুম্নমক শ্রীভগবানগী মপান নায়দ্রবা থৌজালগী সমুদ্রদগী কৃপা ফংবিবা হৌরবনি হায়না হঙ্গৎচনিংই।

শ্রীসত্য সাই বাবাবু ঈশ্বরগী অবতার পুরুষনি হায়বসি তাং ১-১-১৯৯৭ ফাওবগী প্রশান্তি নিলয়মদা লৈরিবা রেকোর্দ অসিগী মতুং ইন্না ভারতকী ৱাংমদা লৈবাক ১৪৫ শুখ্রে। পৃথিবীনা শকখঙলবা লৈবাক ১৯৭ কী মনুংদা লেমহৌরিবা লৈবাক ৫১ সিসু য়াম্না থিম্মদনা অবতার অসিগী মালেমগী মখা তানা লৈবিখিগদৌরিবা চহি ২৩ গী পুন্সি অসিগী মনুংদা শিনবা থুংখ্রগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। সাই নিতিবু য়াখ্রবা লৈবাকশিংদা কনাগুম্বা ধর্ম্ম

শন্দোকপা মীশক অমতনা বাবাগী মহুত শিন্দুনা লৈবাকশিং অদুদা চত্তুনা সাই নিতিবু পামহন্নবা নত্রগা য়াহন্নবা হোৎনরুবা নত্তে; শোক ১৯৬৮ গী জুন তাং ৩০ দা নোংপোক আফ্রিকাদা নুমিৎ ১৪ নি রোমদং লেঙঙুবদু নত্তনা মীরৈবাক্কী করিগুম্বা মফম অমদা বাবা মশা চৎখিবা লৈত্রি; (অদুবু পৃথিবীগী মফম কয়াদা শক্লাইনা দর্শন পিরুবদি য়াম্না তোয়না য়াওই); নত্রগা কনাগুম্বা অমতবু বাবাগী আশ্রম-প্রশান্তি নিলয়মদা লাক্লবা বার্ত্তন তৌখিবা ঙসি ফাওবদা লৈখিদ্রি। অদুবু শ্রীসত্য সাই বাবাদি পৃথিবী শিনবা থুংনা মিকুপ্তা য়ৌবা ঙমই, থৌদোক খুদিংমক খঙবা ঙমই; হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা খুদিংমক মাংজৌননা লোয়না খঙই; প্রকৃতিগী খুৎশেমদা লৈবা পোৎশক খুদিংমক বাবাগী অনিংবগী মখাদা থম্বা ঙমই; হকচাং পোলাং থাদোক্তুনা চৎখ্রবা আত্মা কয়া অমুক হন্না কৌরগা হিংগৎহনখিবা মীওই কয়া লৈখ্রে। ৱাফম অসিমক মীপুম খুদিংমক্কী ওইবা থবক্তি নত্তে। হৌখ্রবা মপোক কয়াদা তৌজরকপা অফবা থবক কয়াগী তুংশিনজরকপা পুন্যাগী ফল অদুদা শ্রীভগবানগী অখন্নববা থৌজাল ফংজখ্রবা অশেংবা ভক্ত খরগী ৱানি।

পোকপদগী ঈশ্বরগী খুৎশেমদা নামা শোয়রক্লবা কয়াসু বাবাগী থৌজাল ফংজদুনা মশিং লাকঙমদনা মরাইবক ফবা ওইখ্রে। অহল-নহা, নুপা-নুপী, লাইরিক হৈবা-হৈতবা, লাইরবা-ইনাক খুনবা, জাতি-বিজাতি নায়দনা, থম্মোয়শেংনা অমদি খোঙজং চুম্না চংজরবদি অসিগুম্বা কৃপা অসি ঐখোয় খুদিংমক্না শোয়দনা ফংজবা য়াই হায়না শ্রীসত্য সাই বাবানা তত্তনা তাকপিরি। শ্রীসত্য সাই বাবাগী অসিগুম্লবা শক্তিশিং অসি তাবদগী মশা-মশানা খঙনিংদুনা নত্রগা চাংয়েং তৌনিংদুনা অরাপ-অরাপ্পা মফম কয়াসিদগী লুপা লাক্ষ কয়া-কয়া খরচ তৌরগা লাকখিবা শকনায়রবা মীশক ঙাক্তনি। চহি কয়া চঙনা, মথম্মোই পেন্না, কয়ারক হন্না চাংয়েং তৌজরবা মতুংদা মশানা য়ানা ঈশ্বরগী অবতারনি থাজখিবগা লোয়নননা মানা-মানা পামজবা মিংখৈরোল নত্রগা মুর্ত্তিদা ইরাৎ-পুজা তৌনখিবনি। নুংশিবা লৈনম চেনবা লৈনা মীগী থম্মোয়বু ইরায়-লায়না শুমহৎপা ঙম্বগুম বাবাগী অশেংবা শক্তিশিং, মগুণশিং অদুনা তত্তনা শন্দোরকপনা মথন্নতা তপ্না-তপ্না পৃথিবী শিনবা থুংখিবগী ৱানি। অবতার অমনা মশা হিংলিঙৈদা পৃথিবী শিনবা থুংনা ঈরাৎ-পুজা তৌনবা অমদি আর্শিবাদ পিনবিবসি সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর যুগকী অবতার অমতগী হাক্তক্তা থোকখিদ্রি। থংনবা দ্বাপর যুগকী পুর্ন অবতার-ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা

ভক্ত পঞ্চ-পান্দব মচিন-মনাও মঙাদা পিনবিখিবা কৃপা অদুদগী তাদনা ঙসিগী কলি যুগ অসিদসু পৃথিবী শিনবা থুংনা শ্রীভগবানগী কৃপা অসি পিনবিরি। শ্রীরামগী, শ্রীকৃষ্ণগী, যিসু খ্রাইসকী, লক্ষ্মীগী, . . . অতৈ মুর্তি কয়াদগী অতৎ-অখম লৈত্রবা বিভুতি, অমৃত, শিতামিস্রি, কুম-কুম, কেসরি চন্দন, শিন্দুর . . . নচিংবা মালেমসিগী পোৎথোক নত্রবা মমল নায়দ্রবা থৌজালগী পোৎশকশিংসি পিনবিরি। মীওইবগী ৱাখল্লা লাম্বা ফংঙমদ্রবা অসিগুম্বা অখন্নরবা কৃপা অসি মণিপুরদসু য়াম্না মরাং কায়না পিনবিরে। অহানবমক্তদা মমাংগী চেফোং/লাইরিক কয়াদসু পঞ্জখ্রবা, উরিপোক সোরবোন থিঙেল লৈরক্তা লৈবী কুমারী কেঃ পুর্নিমাসি দেবীগী য়ুমদা, অনিশুবদা, বিষেনপুর বাজারগী মখা হেক থংবদা লৈবা শ্রীকোংগ্রাইলাৎপম শঙকর শর্ম্মগী য়ুমদা, ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী কৃপা অসি ওহ্লোক্লা মরাং কায়না পিনবিরি। পুম্নমক্লা মফমশিং অসি দর্শন তৌবিরগা ফংঙমদ্রবা সাই থৌজালগী প্রসাদি খজিক্তং ফংবিদুনা মীওইপোক্তা লঙশিনখিবা দোষ-পাপ পুম্নমক কোক্লনবা হোৎনবিয়ু। অসিগুম্বা কৃপা অসিদি হৌখ্রবা মপোক কয়াদগী তুংশিঞ্জরকপা পুন্যগী ফল অদুদা হন্দক মপোকসিদা শ্রীভগবানগী থৌজাল/কৃপা খরদং পিবিবনি তাকপিরি। অদুম ওইনমক থম্মোয় শেংনা, পুক্লিং চপ য়ুংনা চংজবা ভক্তশিংসু কৃপা অসি হেক্তা ফংবা য়াগনি তাকপিরি।

থম্মোয়শেংনা ঈশ্বরগী মফমদা চংজরবা মনায় ভক্তশিংবু কনবিনবা অমদি লম্বী ককঙাওনরবা কয়াবু অচুম্বা মায়কৈদা লমজিংবিদুনা অরান-খুভম ফংহনবিনবা শীব-শক্তিগী পুর্ন-অবতার ওইনা লেঙথবিরকপনি হাযনা তাকপিরি। কলি যুগ লোয়শিল্লকপগা ঈরোয়ননা অবতার অসিনা মালেম অসিদা মখা তানা চহি ২৩ অমগা (২০২১ ইং) ফাওবা মীওইবা জাতিবু ৱাখলগী মঙাল পিবিবগা লোয়ননা লমজিংবিখিগদৌরি। শোক ২০২৯-২০৩০ দা অমুক হন্না "প্রেম-সাই" ওইনা কর্নাতকাগী মন্দয়া জিলাগী গুনপার্তি খুঙ্গংদা অবতার তৌবিরক্লগা লাক্কদৌরিবা সত্য যুগতা পৃথিবীগী নিংথৌরেল ওইনা মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী মপু ওইনা লমজিংবিরখিগনি, লৈবাক মরা তপ্না, শান্তি পুর্ন ওইনা পাল্লখিনি তাকপিবি। অসিগুম্বা শেংলবা অবতার পুরুষ অসিনা ঙসিগী কলিগী মীওই অমনা করম্না অরান-খুভম ফংগদগে হাযবা হিরম অসিদা য়াম্না চম্না, পুম্নমক্লা খঙবা ঙমগদবা মওংদা চৈশাং শিংনা চহি ৭৩ সি

তাকপিদুনতা লাক্লি। মমল নায়দ্রবা পাওজেলশিংদু তোঙান তোঙানবা লোন ১০০ গী মথক্তা পৃথিবী শিনবা থুংনা ফোংদুনা মীওই লাক্ষ ৮০০ দগী হেনবনা পানখ্রে, নৈনখ্রে; কয়া অমনা অরান-খুভম ফংনখ্রে। লাইবক থিবদগী হায়গদ্রা ইমারোল মণিপুরিদদি ঙসি ফাওবদা হিরম অসোমদা খোঙ ইথাং থাংজিন্নদবগুম উবদগী, ইবগী শক্তি মচেৎ অমা ফাওবা পক্লবা ঐহাক্না থেংনজবা খরদং খোমজিনজরগা, অৱাংপা মচেৎ খজিক্তং মেনখৎচবা ঙমলগদি খঞ্জদুনা ঙসিগী য়াইফরবা পুংফম অসিদা অদোমগী খুত্তা লাম্থোকচরি — **"সাই অমৃত বানী"**। চাংজৌ নায়দ্রবা মহাসমুদ্রবু খুত্তা চামচ অমা পায়রগা কংনবা ঈশিংকে থৌরাংবদি মায়া-মরিচিকা ফাগে তান্নবগুম্বনি, মীওইপোক কনানা ঙম্নরোইদবা পান্দমনি। অরেপ্পা লৈতনা চহি ৭৩ সিদা শ্রীভগবানগী মফমদগী চেন্থরকখিবা মমল নায়দ্রবা পাওজেল কয়াগী মরক্তগী থেংনজবা খজিক্তং লৌখৎচরগা ইমালোন্দা লাম্থোকচবতনি। শোক্তোক্লিবমখৈ ময়েং তাবা লৈত্রবা মহাসমুদ্রগুম, শিংথারিবমখৈ লোয়বা নায়বরোইদবা শ্রীবাবাগী পাওজেলনি। অশোয়বা অমদি অৱাংপা কয়ানা থল্লগদবা খুদোল অসি মীরোলগী খুদোংচাবা ফংদ্রবা/ফংদ্রবী কয়াগী মফমদা কংচরিবা সেবা মচা অমনি খনবিদুনা অরান-অহুই পুম্নমক ঙাকপিনবা নোল্লুক্লা ভক্তি কংচরি।

পাঠক ! অদোমগী খুত্তা লৈরবা **"সাই অমৃত বানী"** লমায় মথং মথং অমুক্তং হাংদোকমিন্নরসি। মীওইবা জাতিগী য়াইফনবতা পিবিরিবা মমল নায়দ্রবা, য়াম্না চম্লবা পাওজেল ঙাক্তনি। অমৃতগী ঈচেল অদুদা তাওথমিন্নদুনা ইশা-ইশানা ঙমগদবা ৱাফম খরদং লৌখৎপিরগা মদু থবক ওইনা ওম্থোক্লবা হোৎনবনা অরান-খুভম ফংনবা শোয়দ্রবা লম্বীনি, উপায়নি তাকপিরি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরম্বা গীতাগী শ্লোক পুম্নমক চিনফা পুবনা করিসু কান্নরোই, খৌরাংই হায়দুনা গঙ্গা তুরেলগী ঈশিং পুম্নমক থক্কদবা নত্তে, খুজোক অমতং থক্লগা খৌরাংলম্বা অদু কোকখিবগুম ইশানা ঙম্বিগদবা ৱাফম খরদং থম্মোয় শেংনা হোৎনদুনা থবক ওইনা পাংথোকপনা শোয়দ্রবা লম্বীনি তাকপিবগী ৱানি। ঈশ্বরগী হেক ঙমথংদা পোক্লবা মমল নায়দ্রবা মীওইবা মপোক অসিগী পান্দম মুন্না মশক খংমিন্নদুনা পোকপগী মহৈ য়ান্নবা অমদি অরান খুভম ফংনবা হোৎনমিন্নরসি।

*চত্তবা য়াররোইদবা পুন্সিগী খোংচৎনি। বিশ্ব-জগৎকী লম্বীদি নুংশিরবা ইমা, ইপা, ইতু-ইচা নত্রগা মরুপ-মপাংগী মতেংনা চৎমিন্নবা য়াই। আত্মা লোক্কি লম্বীদদি পুন্নমক অসিগী মতেং করি অমতা লৈররোই। শ্রীভগবানগী থৌজাল ফংলবতদা লম্বী অদু মশক খঙগদবনি। মতম লৈরিঙেদা লম্বী অদু থিহৌরসি। তাইবং সংসার থাদোক্লবা অরোইবা য়াথং পিরক্লবদা কনা অমুক হন্না য়েংলমদনা থৱাই চেক্লা পায়খিগনি। তাঞ্জা অদু খঙহৌদনা য়ৌরক্লবদা লম্বি লম্মুক্লগনি। মতম অদুদদি শ্রীভগবানগী থৌজাল নত্তনা অতৈ উপাই অমমুক লৈররোই।*

*মরম অসিনা মতম লৈরিঙেদা হিরম অসোমদা শ্রীভগবানগী লমজিং মখাদা খোঙ থাংজিন্নরসি। মপাল নায়দ্রবা থৌজালগী ঈরিক্লা মনায় ভক্ত পুন্নমক্তা খিকথবিদুনা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লেঙদ্রবা আত্মানা মতম চুপ্পগী ওইনা তিলহনবিরসনু।*

***জয় সাই রাম***

***ওঁ শান্তি, ওঁ শান্তি, ওঁ শান্তি!***

**এনঃ শামু সিংহ**
রিতায়ার্দ প্রিনসিপাল
কিয়াম সিপাই, থৌবাল।

# “সাই অমৃত বানী”

(১) মী হায়বসে য়াম্না শাংনা চৎলক্লবা যাত্রিক অমনি; মহাক্না নৃঙদগী হৌরক্লগা মনা-মশিং, উপাল-ব্রাপাল অমসুং শাগী মপোক লাল্লক্লগা মীওইবগী থাক্তা য়ৌরক্লবনি। ঈশ্বরগী মনাক য়ৌনা চৎকদবা শাংলবা লম্বী অমা ব্রাৎলি, অদুনা মহাক্না অমুক পন্থবা তৌরোইদবনি। মিকুপ খুদিংমক মমল য়াম্লবনি, খোঙকাপ খুদিংমক্না অসুম-অসুম ঈশ্বরগী মনাক্তা নকশিনহনগদবনি।

(২) মী ওইনা হন্না হন্না পোকপগী মরম অহুম লৈ। মরমশিং অদুদি — i) মানা তৌখিবা পাপ, ii) মমাংগী মপোক্তা পামজরগা থুংখিদবা অপাম্বশিং অমসুং iii) পঙবদগী।

মীওইবনা ফত্তবা থবক কয়া তৌখি। মদুগী পাপকী ফলশিংদো মশানা ফংজনবগীদমক মীওইনা পোক্লে। মমাংগী মপোক্তা ফংঙমখিদ্রবা অপাম্বশিংদো ফংজনবা নিংখিবা ব্রাখলদুনা মী ওইনা পোক্লে। মীওইপোক্কি পান্দম করিনো খঙদবদগী মী ওইনা অদুম হন্না-হন্না পোকই। ঈশ্বর ফংজগে হায়বা ব্রাখলসি লৈত্রবদি আত্মাসিনা হন্না-হন্না মপোক কয়ারক পোক্লবা মতুংদা ঈশ্বরগী নাক্তা থেঙনা য়ৌরকই।

(৩) নহালমুক্কী মপোক্কি ফত্তবা কর্ম্মগী ফলশিংদো হন্দক্কি মপোক্তা ফংগনি, নাম্বোকপা য়ারোই হায়খ্রে। অদুবু ঐগী (ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী) থৌজালনা নঙগী কর্ম্মগী ফত্তবা ফল পুম্নমক্কু কোকপিবা ঙমই। শ্রীভগবান্না মনায় ভক্ত অমগী মমাঙগী মপোক্কি কর্ম্মগী ফত্তবা ফল পুম্নমক লৌশিনবিদুনা কোকপিবা ঙমই। ঈশ্বরগী থৌজালনা খুদিংমক কোকহনবা ঙমই। ঈশ্বরগী থৌজালগী মমাংদা লেপকদবা, খাঙগদবা অমতা লৈতে।

(৪) নহাক্না নশাগী নথৌ তৌজনবগীদমক মীওইবা মপোক্তা পোক্লরবনি। নথৌ তৌদনা মতম খর চুম্না হিংনবগী নত্রগা নুংঙাইনা হিংনবগী

ওইরবদি নঙগী আত্মা অদু শা-উচেক্কী ওইনা অদুম পিরম্বা য়াবনি। ৱাখল খনবা ঙম্বগী লৌশিংগা লোয়ননা মীওইবগী হকচাং অসি নঙগী আত্মাগা পরমাত্মাগা অমতনি হায়বা খংজনবগীদমক পিরমলিবনি।

নহাক্কি নথৌদি — অহানবদা, তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা ভক্তি অমসুং নুংশিব-প্রেমনা নমা-নপাগী সেবা তৌ।

অনিশুবদা, অচুম্বদা ঙাংউ, ধর্ম্ম লৈনা থবক তৌ।

অহুমশুবদা, নহাক্না মতম হেক ফংবগা নথম্মোয়দা নিংজবা মুর্ত্তি অদু থাগোন্নরগা ঈশ্বরগী মিংথৈরোল শোল্লু।

মরিশুবদা, মীগী মরমদা ফত্তবা শুকঙাং ঙাংগনু।

অরোইবদা, মওং অমা নত্রগা অমদা মীগী ৱানবা নত্রগা নুংঙাইতনবা তৌগনু হায়বদি থবক্না নত্রগা ৱাঙাংনা নত্রগা মীৎয়েং-নায়েংনা নত্রগা ৱাখলনা মীগী ৱাননবা তৌগনু, খনগনু।

(৫) মীওইবা খুদিংমক্না শিনিংদে, পুন্সি নুংশাংবা পামই। মীওইবনা পুন্সি শাংনবা থিগদবা নত্তে; পুন্সিবু ঈশ্বরগী থাক্তা ওনশিন্নবা থিগদবনি। মদুগীদমক মশাদা য়াওজরিবা অফবা মগুণ পুম্নমক মপুংফানা ফোংদোরক্নবা তত্তনা হোৎনগদবনি। পুন্সি নুঙশাংবা হায়বসে চারিবা চিঙ্গাক অদুগী মখা পোন্দে। পুন্সি অদুবু শেম্বিরক্লিবা ঈশ্বর অদুগী অনিংবগী মখা পোল্লি।

(৬) মীওইবা অমগী অচৌবা/অৱাংবা গুণ চেনবগী থবক্তি মীনা তৌরকপা অফবা থবক অদুগী লমন অদু মাগী অফবা থবক্না শিংদোকপা অদুনা ওইদে; মদুদি মীনা মঙোন্দা তৌরকপা ফত্তবা থবক অদুগীদমক মানা মীদুদা অফবা থবক্না লমন শিংবদুদা লৈ।

(৭) মীপুম খুদিংমকসে নোংমদি সংসারসি থাদোক্কদবা ঙাক্তনি। তাঞ্জা অদু লাক্লবদা য়াম্না চীংলেম্না থাদোক্লবা থৌরাং তৌগদবনি। আধ্যাত্মিক্কী খোঙজং খুদিংমক মওং চুম্না শিবা তম্বনি। মওং চুম্না শিবা ঙম্লবদি অরান-খুভম ফংলগনি; অমুক হন্না পোক্লরোই। মওং অদু খুদক্তা ফংবা ওইথোক্তে। মতম চঙনা হোৎনবগী দরকার লৈগনি। মসিগীদমক নোল্লুকপা, হায়বা-ইনবা অমসুং মিনুংশি চাউনবা শাজেল তৌ।

(৮) মীওইবনা হেক পোকপগা অমুক হনখিনবগী লেঙডরবা টিকেৎ অমা লোয়নরকই। মদু খুত্তা চেৎনা পায়রগা মঁহে-মশিং তমই, মরল-মথুম তানশিল্লি, খরচ তৌই, অমুক কাখৎলি, অমুক নাঁহুে, অমুক কপই, অমুক নোকই, জগোই শাই, হরাও-নুংঙাইবগী ঈঁশৈ শকই, খুত্তা পায়রিবা টিকেৎ অদুগী পম্বুংফমদি কাওথোকই। অদুবু পুন্সিগী ঈচেলদি লেপ্লা লৈতনা পম্বুংফম তান্না চেম্বুরমই। পোকপা-শিবগী চক্রদা অদুম লৈরবদি কান্নদ্রবা মপোক্লি। মীওইবগী মগুন্দি চক্র অসিদগী নানথোরকপা অদুতনা ওইগদবনি। অদুসু অশেঙবা মফমদা লাইফম চৎপনা নত্রগা পুজানা নত্রগা মিংখৈরোল শোনবতনা নত্রগা বেদ শাস্ত্র হৈবতনা য়ারোই। ওইজবা থিদ্রবা সেবা খক্তনা ঙমগদবনি। মসিনা ভজন শকপা, ধ্যান তৌবা অমসুং যোগ পাংথোকপদগী হেনবা আধ্যাত্মিকী খুমাং চাওশিলহন্নবা উপাইনি।

(৯) সমাজদা নহাক্লা ৱাংলিবা থাক, লৈরিবা নরল-নথুম, অমদি হৈরিবা বিদ্যা অদুগীদমক কারিবা নাপল অদু থাদোকউ। মদু মতম খরতগীনি। নহাক্লা হেক শিবদা পুম্নমক লোয়না মাঙগ্রগনি। পুন্সিগী মপুদি ঈশ্বরনি। পুন্সি চুপ্পদা ঈশ্বরবু কাওদনবা হোৎনৌ। পোকপা মতমদা ঈশ্বরগা শাগোন্নরম্বদগী কায়নরকপদা অনুতাপকি খোল্লাও (হংঙা হায়না কপ্পা) অমগা লাকখি, হনখিবা মতমদা মোমোন মিনোক্কা লোয়ননা হনগদবনি। পোকপা অমসুং শিবা অনিগী মরক্তা লেল্লিবা পুন্সিগী পান্দমদি ঈশ্বরবু কাওদবদুবুনি।

(১০) মী ওইনা পোক্লিবা খুদিংমক্লা নোংমদি শোয়দনা শিরগদবনি হায়বসি নিংশিংগদবনি। অদু ওইরবদি পোলোয় অদু নিংথিনবগীদমক অফবা থবক অমসুং ৱাখলতমক খন্ননবা হোৎনগদবনি। উ পাম্বী অমা থাবগা খুদক্তা মঁহে য়াল্লু য়ারোই। মতম চঙনা সেবা তৌদুনা মপুং ফাহনখিগদবনি। মতৌ অদুগুম্না নহাক্লা ফংনিংলিবা পান্দম অদুগীদমক্তা চাং নায়না, মরক্তা তৎহন্দনা, মতম চঙনা নিংথিনা হোৎনবগী মথৌ তাই হায়বসি সাধকা খুদিংমক্লা মতম চুপ্পদা কাওরোইদবা ৱাফমনি। করম্না অফবা মপোক্তা পোক্কদগে হোৎনবগী মহত্তা করম্না অফবা মীশিদা শিবা ঙমগদগে হায়বা ৱাখল অসোমদা হোৎনগদবনি। মরমদি পোকপা হায়বসিদি শিথ্রিবা মওং অদুগী মখা পোল্লি। শিবনা অহানবা খোঙথাংনি, পোকপনা কোন্না লাকপনি। মীওইবনা শিনবা পোকপনি খল্লি অদুনা মখোয়না হন্না পোক্লবগী মওংদা অদুম শি। মসি অরানবা

ৱাখলনি। নহাক্না পোক্লিবসে অমুক হন্না পোক্তনবনি; নহাক্না শিরিবসে অমুক হন্না শিদনবনি। অদু ওইরবদি অরান-খুভম ফংদুনা মতম চুপ্পদা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা শ্রীভগবানগী নাক্তা লৈজরগনি।

(১১) মীওইবগী মরায়বক্তি মানা মানা পাঙথোক্লিবা থবক্কি মওং, খল্লিবা ৱাখল অমসুং অপাম্বদুগী মখা পোল্লি। মহাক্না সংসারসিদা হিংলিঙৈদা পামজখিবা ফিভম অদু মানা শিরবা মতুংদা ফংজে। অদুনা মমাংগী মপোক্তা মানা তৌজরকখিবা কর্ম্মগী ফলনা হন্দক্কী মপোক্তা ওইরিবা নুংঙাইবা, অৱাবা, ইনাক খুনবা, লায়রবা, লমচৎ-শাজৎ, লৌশিংগী থাক পুম্নমকসি ফংজরিবনি। মসিনা তাক্লিবদি হন্দক্কি মপোকসিদা পাঙথোক্লিবা কর্ম্মগী ফল অদুনা মথংগী মপোক্তা ফংজগদৌরিবনি। ইশানা ইশাগী তুংগী লাইবক লেপচগদবনি। মরম অসিদগী অফবা কর্ম্ম খক্তা তৌবা তাই, অফবা মী ওইবা তাই, ফত্তবা মী ওইদুনা ফত্তবা থবক তৌরগা মদুগী ফত্তবা ফল ফংবদা ঈশ্বরদা নিন্দা তৌগনু। নঙনা মী ওইনা পোক্নরিবসি নশা খক্তং কনজনবগী পোকলকপনি, কনা অমতনা মাঙগদবদগী কনবিবা ঙমলোই।

(১২) ওইনিংবা মী অমা ওইসনু – ঈশ্বরবু থাজবা, নত্রগা থাজদবা; মহাক্কি লমচৎ-শাজৎনা, তৌথোরকপা থবক্না মানা ফংগদবা মহৈ নত্রগা দন্দি অদু অদুম লেপচরবনি। নহাক্কী অফবা কর্ম্মনা নশাগী ঙাক্লৌ ওইজগদবনি।

(১৩) জগত্তা লৈরিবা জীব খুদিংমক কর্ম্ম অমা নত্রগা অমদি তৌদবা য়ারোই। মসি প্রকৃতিগী খুৎশেমদা য়াওখ্রবনি। নহাক্না চেকশিনগদবা হায়ববু নশানা পাঙথোকলিবা থবক অদুদা হৈনিংনা, নুংশিনা, নশাগী কান্নবা খক্তা য়েংদনা, সমাজগী কান্নবা ওইরসনু হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা পাঙথোকউ। অদু ওইরবদি নঙনা তৌরিবা খুদিংমক অফবা ঙাক্তা ওইরে। অদুগুম্বা থবক অদু পাঙথোকপদা ভক্তিনা থলহল্লু হায়বদি নোল্লুকপা, নুংশিবা, প্রেম অমসুং অহিংশাগা লোয়ননা পাঙথোকউ।

(১৪) কর্ম্ম তৌবা মতমদা ফলগী খক তান্নগনু। ফবরা ফত্তবরা ফলদি নঙতনা অদুম ফংজরগদবনি। অদুনা কর্ম্মগী ফলদগী নাম্বোক্লবা খ্বাইদগী ফবা উপায়দি ফলগী মরমদা খল্লুদনা তৌফম থোকপা ইথৌ ওইনা কর্ম্ম তৌবনা ওইগনি। অদুম তৌরবদি পাপ অমসুং পুন্যগী পোৎলুমদু নথক্তা তাররোই।

(১৫) অফবতা উনবা হোৎনৌ, অফবতা তানবা হোৎনৌ, থোৎনা-মেঙনা, নুংশিনা ঙাঙনবা হোৎনৌ, ঈশ্বরবু নঙগী থম্মোয়দা চেৎনা কোল্লু। হৌজিক অমসুং মমাংগী মপোক্তা তৌখিবা কম্মগী ফল ফংই হায়বসি থাজৌ। কনা অমতনা মশানা তৌখিবা থবক্কী ফল নাম্বোকপা ঙমদে, মদুগী ফল মশানা অদুম চাজগদবনি।

(১৬) নহাক্লা করিগুম্বা অফবা খুদোংচাবা অমা ফংজবা মতমদা মদু নশাগী বুধি-লৌশিং, খুজিল-থৌরাং অমসুং হোৎনবদগী ফংজবনি খল্লি। মদু অরানবা ব্রাখলনি। কনাগুম্বা অমতনা মানা হোৎনজবদা ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনা মায় পাকপা ঙম্লোই। ঈশ্বরগী থৌরাঙনা মী অদুনা মায় পাকচবনি। মী অদুনদি মানা হোৎনজবগী ফংবনি হায়না নাপল তৌজে। মীওইবনা তাইবং পুন্সি অসিগী পান্দম করিনো হায়বসি মশাবু ঈশ্বরনি খঙজরবা মতুংদদা খঙলক্কনি। নশানা নশাগী দোষ মশক খঙজরবদতা ঈশ্বরগী থৌরাংশিংসে খঙবা হৌরক্কনি।

(১৭) মীপুম খুদিংমক্লা মশাগী মরাল কুপশিন্নবা হোৎনৈ অদুগা অতোপ্পগী মরাল পুথোক্লবা হোৎনৈ। মসি মশাগী ওইজবা থিবা অমসুং মানা তৌবনা মফরে খনবগী ব্রাফম্লি; তশেংনা ঈশ্বরবু নুংশিবা মীশক অদুদি মশা ফাওবা কাওথোক্কনি। ইশাগী সুবিধাগী কনাগুম্বা অমবু নুংশিববু 'অনুরাগ' কৌই। ঈশ্বরতবু ফংজগে খনবা নুংশিবা অদুবুনা 'প্রেমা' – অশেংবা নুংশিবা কৌই। নুংশিবা ব্রাখল মপুং ফানা ফাওহন্দুনা মীয়ামদা চাইথোকউ, মদুগী ফলদু ফংজৌ। মদুদগী হেন্না ফবা, ব্রাংবা ধর্ম্ম অমমুক লৈত্রে।

(১৮) ধর্ম্ম-শাস্ত্র পুম্নমক্কি নুংগী ওইবা মরুওইবা ঈচেলদি নুংশিবা – প্রেম পোকহনবা, ফাওহনবা অদুবুনি। ঈশ্বরগী মফমদা নুংশিবা প্রেম পোকহন্নবগী খ্বাইদগী ফরবা উপায়দি জীব পুম্নমকপু চপ-মান্ননা নুংশিবা ঙস্বা ব্রাখল অদুনি। নুংশিবা হায়বসিনা ভক্তি মপুং ফাহন্নবা অমদি অরান-খুভম ফংনবা উপায়নি। মসিনা মীওইবগী মশাদা অমসুং মীপুম খুদিংদা য়াওজরিবা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ অদু খঙজনবগী অখন্নরবা, অথোইবা লম্বীনি। নুংশিবা - প্রেমতনা থল্লবা ভক্ত অমগী ব্রাখলদি মতম চুপ্পদা ঈশ্বরদা ওনশিন্দুনতা লৈগনি। মসিবু "পরমা-প্রেম" কৌই। অসিগুম্বা প্রেমতদা ঈশ্বরনা পাওখুম পি।

(১৯) কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা অমবু নুংশিদনবগী মরম শুকলৈ লৈতে। নহাক্না মহাকপু নুংশিনবগী নত্রগা সেবা তৌনবগী অধিকারদি চপ চানা লৈ, নত্রগা মঙোন্দগী লাপথোকপামখৈদি য়াই। নুংশিবা হায়বসিনা ঈশ্বর ফংনবগী খ্বাইদগী হকথেংনবা লম্বীনি, খোঙজং অসিদা খুরৌ চেনবা পোৎশক অহুমখক থেংনগনি – অপাম্বা, মীহৌবা অমসুং অশাওবনি। মখোয় অসি মপান-মরা তাখ্রবা মীওইবগী য়েক্লবনি। ঈশ্বর ফংগে হায়রবদি মখোয় অসি মরু ফংনা মাংহনখিগদবনি হায়বদি ঈশাদা শুংপক পকহল্লোইদবনি । পুম্নমকপু নুংশিবনা, পুম্নমকপু ব্যবহার তৌবনা, পুম্নমকপু সেবা তৌবনা ঈশ্বর মশক খংনবা অমসুং থৌজাল ফংনবা খুরুমজবগী সাধনানি। থম্মোয় হায়বসিদি কংবা নায়দ্রবা ঈফুৎ কুম্বনি; মসিদগী নঙনা নুংশিবা প্রেম শোক্তোক্লিবমখৈ মথন্নতা অদুম নুংশিবা প্রেমতনা থঞ্জরক্কনি। মিনুংশিনা থল্লিবা থম্মোয় অদু ঈশ্বরগী লৈফমনি। নুংশিবা প্রেম পোকহন্নবা ঙন্না হোৎনরো। খোঙথাং অদু তপ্পা থাংউ। তেক্ত-কাযদনা পঙ্খুংফম য়ৌরো।

(২০) নঙনা তশেংনমক 'প্রেমা' করিনো হায়বা নশানা খঙনিংলবদি অহানবদা শান্তি করিনো খঙবা তাই; নঙনা শান্তিগী লম্বী চৎনিংলবদি ধম্মগী লম্বী য়াবা তাই; নহাক্না ধম্মগী লম্বী চৎপা তারবদি অচুম্বগী লম্বী য়াবা তাই। নুংশিবা হায়বসি ঈশ্বরনি, ঈশ্বর হায়বসি নুংশিবনি। নুংশিবা লৈরবা মফমদুদা শোয়দনমক ঈশ্বর লৈরে। নুংশিবা অদু সেবাদা ওহ্লোকউ। সেবা অদু পুজানি হায়না খল্লু। অদু ওইরবদি খোঙথাং অদু খ্বাইদগী ৱাংবা সাধনানি।

(২১) মবুক লাম্লবা মীদা পীজৌ; শেৎনিংঙাই লৈজদ্রবা মীদা ফি পিয়ু; কনা লৈজদ্রবা মীগী মরুপ ওইয়ু; অনাববু সেবা তৌ; মমিৎ উদ্রবা মীবু লমজিংবীয়ু; মখোঙ তেক্লবা মীবু থাঙ্গৎপীরমউ; লম্মাংনববা মীবু লমজিংবিরম্মু, মরোল থোক্ত্রবা মীগী (খঙজদ্রবা মীগী) মতেং পাংবিরমউ, উপাই লৈজদ্রবা, নিংবা কায়রবা মায়থোং চামবু মোমোন নোকহল্লমউ। অসিগুম্বা মখলগী সেবা অসিনা পরমেশ্বর ভগবানগী থৌজালগী মিৎয়েং অদু শোয়দনা নঙোন্দা য়েংবিরক্কনি।

(২২) মীবু পুজা তৌ, লুনা তৌ, মদুনা ঐগী নাক্তা য়ৌরকই। মীবু থৌশাদ্রবদি ঐবু (সত্য সাই বাবাবু) থৌশাদবনি। ঈশ্বরগী মশক ওইবা মীবুদি থৌশাবিদ্রগা ঈশ্বরতমক পুজা তৌবনা করি কান্নগনি। ঈশ্বরগী সেবাদগী

মীওইবগী সেবানা হেন্না মরু ওই। ঈশ্বরদি নঙগী সেবাগী দরকার লৈতে। নঙগী সেবানা মীবু পেলহল্লু, অদু ওইরবদি ঈশ্বরবু পেলহল্লবনি। মীনা নঙোন্দা তৌখিবা ফত্তবা পুম্নমক কাউথোকউ, নঙনা মীঙোন্দা তৌখিবা অফবা পুম্নমকসু কাউথোকউ। ঈশ্বরদা খুরুম্জরগা নঙনা হেক ঙমলিবর্মখে নথৌ তৌ। মদুগী ফল পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নথোকউ। ঈশ্বরনা করম্বা মতমদা নত্রগা মফমদা করি সেবা তৌরুবগে খক হংলোয়। ঈশ্বরনা হঙ্গদবদি করম্বা ৱাখলদা সেবা তৌখিবগে হায়বদুতনি। নঙনদি সেবা য়াম্না তৌখ্রে হায়না চাউথোকচবা য়াই। ঈশ্বরনদি থম্মোয় কয়াম শেঙনা সেবা তৌখিবগে হায়বা মগুণ অদুদা য়েংগনি। ঈশ্বরদি মানা অপাম্বা থবক অদুতা তৌরগা পেনগদবনি। নত্রবদি করম্না মাগী থৌজাল ফংগনি। নহাক্না সেবা তৌনিংবগী অপাম্বা ৱাখল অমসুং সেবা তৌরিঙৈদা ফাওখিবা হৈনিংবা ৱাখল অদুতনা ফত্তবা পুম্নমক্তগী কনগদবনি। মসি ঈশ্বরনা লেঙদবা শাক্ষি ওইদুনা লৈরবনি।

(২৩) চানিংঙাই লৈত্রবা, শেৎনিংঙাই লৈত্রবা, লায়থুং পাল্লবা অতোন-অভাশিংদুদা আধ্যাত্মিক্কী পাওজেল পিরুগনু, মখোয় লৌশিনবা ঙমলোয়। মখোয়দা চাননবা চিঙ্গাক, শেৎননবা ফি, লায়েংনবা হিদাক পিয়ু, মদুনা মখোয়গী ঈশ্বরনি। অসুম্না তৌবা ঙম্লবতদা নহাক্কী থম্মোয়দা আধ্যাত্মিক্কী ৱাখলতনা পিক থল্লক্কনি, থুমহৎলক্কনি।

(২৪) পুন্সি হায়বসি লানফম অমনি। মসিদা ইথৌগা (Duty) অপাম্বগা (Desire) অরেপ্পা লৈতনা লান শোক্লরিবনি। পুন্সি হায়বসি কৈথেল অমসুনি। পিথোকপা, লৌশিনবা, মনতিক্লবা, অমুক কান্নবা, অমুক মাঙবা, অমুক হেক হরাওবা, অমুক হেক ৱাবা, অমুক মীনা নিন্দা তৌবা, অমুক হেক মীনা থাগৎপা, সম্মান তৌবা। কৈথেল অসিদা তৌগদবা খ্বাইদগী ফরবা কারবারদি ভক্তি পিথোকলম্লগা মুক্তি পুরকপনা ওই।

(২৫) মীওইবা খুদিংমক্কী অপাম্না অচৌবা অহুম লৈ। মখোয় অদুদি – লন-থুম, নুপি অমসুং অঙাংশিংনি। মসি অনেম্বা থাক্কি অপাম্বশিংনি। মসিনা ফত্তবা পুম্নমক্কী হৌরকফমনি, মরুনি। মসিনা আধ্যাত্মিক্কী খোঙজংদা হেক-হেক খুরৌ থাংহল্লি। হৌজিক্তগী অপাম্বশিংসি খর-খর থাদোকপা তমউ। মরমদি নহাক্না পামজনা, নুংশিনা থম্লিবা খুদিংমক থাদোকপা নুমিৎ অমা শোয়দনা লাক্কনি।

(২৬) মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা ইন্দ্রিয় পুন্নমক অসিবু চলায়রিবসি পুক্লিংননি। পুক্লিংবু খুদম চল্লবদি ইন্দ্রিয় পুন্নমক খুদুম চনবদা য়াম্না লায়রে। আধ্যাত্মিক সাধনাদা মায় পাক্কে। অদুনা ঈশ্বর ফংনবগী লম্বিদা য়াম্না মরু ওইরিবসি পুক্লিংবু খুদুম চনশিনবনি।

(২৭) মীওইবগী খ্বাইদগী তমথিরবা য়েক্লবসি মশাগী ঈগো (Ego) – অহম্কার অদুনি। মসিনা পুক্লিংবু মতম্ পুন্নমক্তা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনৈ। মসি মাঙহন্দ্রবদি ঈশ্বর ফংবা ওইথোক্তে। {ঈগো হায়বসি ৱাহৈ অমনা চপচানা ফোংদোকপসি খর ৱানা থোকই। নাকোয়ননা হায়রবদা – ঐ মঙাইরে হায়না ফাওরকপা ৱাখল অদুবুনি। "হেরা ঐনা তৌবা থবকপু শোয়বা হৌনব্রা ?", "মাগুম্বা খুমিৎ-খুদাংদগী হৌরকপনা ঐগা লম্বা তৌবা ঙমগদ্রো ?", "ঐনা হায়রকই হায়য়ু, মরায়না য়াজরক্কনি", "মসিগী থবক অসি ঐতনা ঙমগনি, অতৈনা ঙমলোই" ... নচিংবা ৱাঙাংশিংসি শিজিন্নবদা মশাদা মথন্তা নুঙদা ফাওখ্রিবা ৱাখল অদুবুনি।} ঈগোবু মাঙহনখিবা ঙম্বা মীদি য়াম্না তাঙলি। ঈগো হায়বসিগী মরুপ – কল্লক-মীহৌবা হায়বসিনা পুক্লিংবু তত্তনা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনৈ। সাধারন মীদি লায়রদনা, পণ্ডিৎ কয়া, মুনি কয়া, হৈরবা ওজা কয়া, অমদি য়াম্না মপুক্লিং লুপচরবা আধ্যাত্মিক্কী মীওই কয়া ফাওবদা অহমকারনা হেক-হেক খুদুম চনশিল্লকই। মখোয় ঈশ্বরগা খ্বাইদগী নক্লরবা মীনি, মঙাল ফংলবা মীনি হায়না মখোয়না লাওরক্লিবদু মখোয়গী ঈগো অদুননি। অপাম্বা কয়াগী, আশা কয়াগী ঈথক-ঈপোম কয়া মথং-মথং ঈগোনা পুশিল্লকই। ঈগো - হায়বসিনা মীওইবদা হেক চংখিবদা কল্লকপা হায়বসিনা থিম্বদনা তুং ইন্নরকই।

(২৮) ঈশ্বর ফংগে হায়রবদি মরু ফংনা মুথৎকদবা য়েক্লবা তরুকখক লৈ। মখোয় অদুদি –

i) কাম ঃ– শেল য়াম্না পায়গে, সম্পতি য়াম্না লৈগে, ইজ্জৎ-সম্মান তানশিনগে, মিংচৎ তানগে, ইচা য়াম্না পোক্কে . . . হায়বনচিংবা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা পামশিনবা।

ii) ক্রোধ ঃ– অশাওবা, মীগী মাঙনবা তৌগে খনবা; কামগী পান্দম ফংনবা হোৎনরকপদা অপনবা পিরকপা মতমদা ক্রোধ অসি হেক্তা চোংথোরক্কনি।

iii) লোভ ঃ— মানা লৈজরিবা মরল-মথুম অদুদগী শম্না অমা ফাওবা মীঙোন্দা পিজনিংদবা, খায়দোক্লিংদবা।

iv) মোহ ঃ— অচান-অরাক নায়বা, খর হেন্না চানবা নত্রগা নুংশিবা মীদুদা খর হেন্না পেলহন্নবা হোৎনবা।

v) মদ ঃ— ঐনা অতোপ্পদগী মহেল্লে খনবা — পাঙ্গলদা, লৌশিংদা, ফজবদা, ইনাক খুনবদা, মিংচত্তা . . .।

vi) মাত্‌র্সজ্য ঃ— মানা নুংঙাইরিবা অদুম হায়না মীনা নুংঙাইরকপদা খাওবা ঙমজদদুনা মথন্তা ব্রাজবা।

(২৯) আধ্যাত্মিক্কী সাধনা — শাজেল পুন্নমকসি পুক্লিংগী অমোৎপবু শেঙদোক্কবা হোৎনবনি। পুক্লিং অসিদা য়াওশিনখ্রিবা অমোৎপা ব্রাখল পুন্নমকসিবু শেঙদোকপা ঙম্লবদি অরান-খুভম ফংনবগী পাম্বে অমা ওইরগনি।

(৩০) সাধনাগী খোঙজংদা ইহান-হানবা খোঙথাংদি ব্রাঙাং লুহনবা, শেংদোকপনি। য়াম্না নুংশিনা, থোৎনা-মেঙনা, অশাওবা য়াওদনা ব্রা ঙাংউ। অতোপ্পবু ব্রারৌহন্নবা খ্বাইদগী চাউবা খুৎলায়দি নহাক্কী নরৈদুনি। লৈ-না মীওইবগী পুন্সিবু তেক-কায়দনবা ঙাক-শেল্লিবনি। ব্রা য়াম্না ঙাংদনবা হোৎনৌ। তুমিন্না লৈবনা নঙোন্দা অনৌবা শক্তি হাপকৎলক্কনি। থোৎনা-মেঙনা ঙাংবা ব্রাঙাংদি তশেংনা নুংশিবগী খুদম্নি।

(৩১) নখোয়না ঈশ্বরদা নত্রগা ঐঙোন্দা (সাই বাবাদা) থাজদ্রবসু করিশু থোইদোক্তে। নশানা নশাবুদি থাজজৌ। মদুনসু অদুম য়ারে। মরমদি তশেংনা নহাক অসি কনানো ? নখোয়না খঙলবসু নত্রগা খঙদ্রবসু নখোয় খুদিংমকসে ঈশ্বর ঙাক্তনি। থাজৌ। থাজবনা ঈশ্বর ফংনবগী লেঙদ্রবা য়ুম্ফম্নি।

থাজবনা অঙক-অঙকপা থবক ওইহনবা ঙমই। থাজবনা নমদুনা পরমেশ্বর ভগবানবু মশামক চোংথোকহন্দুনা নঙনা পামজরিবা অপাম্বদু পিহনবা ঙমই। ঈশ্বর ফংদবা য়াদে, মশক খঙদবা য়াদে হায়না মপুক্লিং চেৎনা, চপয়ুংনা হোৎনজবা খুদিংমক শোয়দনা পনথুংফম অদু য়ৌগনি। অচেৎপা থাজবা অদুমক্তা অরোইবা মায়পাকপা ওইগনি। নিঙবা খক কায়গনু, চিংনগনু। মসিনি ঐনা (বাবানা) পুন্নমক্তা পিরিবা পাওতাকসি।

(৩২) আধ্যাত্মিকী হিরমদা খুমাং চাউশিল্লকপা হায়বসি লৌশিং নত্রগা জ্ঞান খর শিজিন্নবতনা ওইবা য়াবা নত্তে। পুন্সি নিয়ম চুম্না হিংবা, লমচৎ ফজবা, শাজৎ-নিতি চুম্বসু দরকারনি। ৱাফমশিং অসিদি য়াম্না থৌজাল হৈবা, মিনুংশি চাউবা ঈশ্বরদা থাজবদগী ফংলকপা ফল ঙাক্তনি। ঈশ্বরনা নহাক্কি থবক থৌরম খুদিংমক্তা নিংথিনা শেন্নদুনতা লৈরিবনি। মরম অদুনা মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈরিবা, শক্তি পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা, পুম্নমক খঙবা ঙম্বা ঈশ্বর অমদা থাজবা থম্বা হায়বসি য়াম্না ফরবা পুন্সি খুৎলেন অমগীদমক্তদি তঙাইফদনা মাংওইননা চংদবা য়াদ্রবা মচাকশিংনি।

(৩৩) মীপুম খুদিংমক পরমেশ্বর ভগবানগী অখন্নরবা থৌজাল ফংজনবগী অধিকার লৈ; অদুগা শ্রীরাম কৃষ্ণগুম্বা মশানা মশাবু য়াম্না থাজবা মীশকশিংদদি অসিগুম্বা থৌজাল অসি থুনা অমদি মরাং কায়না ফংবা ঙমই। মশানা মশাবু থাজজবা, মশাগী মথৌনা লৈজবা অমসুং খুদোংচাবা হেক ফংবদা মশাগী আধ্যাত্মিক্কী থাক খুমাং চাউশিন্নবা হোৎনজবা খুদিংমকপু ঈশ্বরনা নুংশি।

(৩৪) নশাবু থাজজবা হায়বসিগা ঈশ্বরদা থাজবা হায়বসিগা অনি অসি অমতনি, মান্নে। মপান্দগী য়েক্লবা অমগা মায়োক্নরবা মতমদা নশাদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদুনা থেংননবা হোৎনৌ। থাজবা হায়বসি চাংজৌ নায়দ্রবা আনন্দ ফংজনবগী চেৎলবা য়ুম্ফম্নি। শ্বোর হোনবনা হিংনবগী থাদোকপা য়াদবগুম থাজবা হায়বসি আত্মা আনন্দ ফংনবগী তঙাইফদ্রবা পোৎচং অমনি।

(৩৫) নহাক্কি থম্মোয়নুংগী অপাম্বদু তঙাইফদবা লাক্লবদি শ্রীভগবান্না খুদক্তা ফংহল্লি, থুংহল্লি। চিংনবা অমসুং নিংবা কায়বনা নপুক্লিংদু তয়াং-তশোয়রোইদবনি। পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নথোকউ অদুগা ঈংনা, নুংঙাইনা লৈয়ু। থাজবা লৈত্রবা মীদুদি নোঙলৈ-নুংশিৎ মরক্তা সমুদ্রদা হোনবা জহাজগুম মায়কৈ খঙদনা অৱা-অনা নঙগনি। ভক্ত অমদদি পুন্সিগী অৱা-অনা, অকা-অকুম খদিংমক্তা পুক্লিং লৈতানা খাঙবা ঙমই।

(৩৬) আত্মা হায়বসি সমুদ্রনি; প্রকৃতি হায়বসিনা অদুগুম্বা চাংজৌ নায়দ্রবা, চহি খংদ্রবা, লৈশেমঙৈদগী লৈরল্লবা সমুদ্র অদুগী ঈথক অমনি; থৱাই হায়বসিনা ঈথক অদুগী ঈশিং ঈরিক অমনি। নঙনা ঈথক নত্রগা সমুদ্র অদুবু খক থাদোকপা ঙমলোই। ঈরিক অদুগী মমিং অমসুং মওং অদুতং

পুনশিনখিবা/তিনশিনখিবতং ঙমগনি। নঙনা অমুক্তং সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা চংখ্রবদি পুমচিক চিক্লগনি, পুন্নমক শান্তি ওইরগনি; নিন-খোংবা, লাঙবা, মথুম-মরাং হৌবা-নচিংবা পুন্নমক অসিদি মথক থংবা ঈশিংগী লৈমায়দদা তৌজবনি। মতৌ অসুন্না থম্মোয়গী মনুংদসু য়াম্না মরুম থুপ্না শান্তিগী তুংনফম লৈরি, মদুদা নহাক্না চংজফম থিগদবনি।

(৩৭) মীওইবদা লৈরিবা অশাওবা, নাপল, তুক্কচবা অমসুং মীহৌবগী মৈরিশিংসে অতৈ অতোপ্পা মৈরিদগী হেন্না শাথিনা মাঙ-তাক্লবা ওই; মখোয় অসি তুমিন্না খঙহৌদনা শং লাউনা মীওইবগী পুক্নিংদা লাক্কনি; মখোয়দি অপেনবা লৈতে; হেন্না-হেন্না সুম চাকশিল্লক্কনি। অসিগুম্বা তমথিরবা মৈরিশিং অসি মতৌ করম্না মুথৎকনি ? চাংয়েংদা মায় পাক্লবা, মুনি-ঋষিশিংনা য়ারবা মৈ মুথৎনবা উপাই খর লৈ; মখোয় অদু — সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি অমসুং প্রেমনি। নহাক্কি থম্মোয়দু ৱাখলশিং অসিনা মপুংফানা থলহল্লু, অদু ওইরবদি মৈরিশিং অসিনা চাকপা ঙম্লরোই।

(৩৮) মী অতোপ্পা অমবু ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়না নিন্দা তৌবা; মখোয়গী দোষ পুথোক্লবা হোৎনবা . . . নচিংবা পুন্নমকসি ঈগোদগী থোরকপা ৱাখল ঙাক্তনি। অতোপ্পবু ভজন য়াওদে হায়দুনা খক হস্থনা খনগনু। মপানথোংগী শকওংদা মী অমগী আধ্যাত্মিক্কী থাক লেপ্পদা নহাক য়াম্না লানবা য়াই। থম্মোয়গী য়ৌথ্রিবা অশেংবা থাক অদু মপাম্থোংগী শক্তম্না শেংনা ফোংদোকপা ঙমদে।

(৩৯) মীওইবগী থম্মোয়দা য়াম্না মরুম থুপ্না "অপাম্বা" হায়বসিনা মনিগী মশক ওইরবা লৌশিংবু শুমহৎলগা মাঙহনগদবগী হুরানবগী মতৌগুম লুমদুনা লৈ। মাগী অপাম্বদু হেক থুংবগা মাগী মরুপ "মীহৌবনা" চোংথোরক্তুনা হেন্না অমুক্কা পামহল্লি; মীওইবগী অপাম্বদু হেক ফংদবগা মাগী মরুপ "অশাওবনা" ফন্ চোংথোরক্তুনা অপাম্বা ফংহনখিদ্রিবা মীশক অদুবু হেন্না তুক্কচবা অমদি অশাওবা পোকহল্লি। অমুক্তং অশাওবা পোকখিবদা থা অহুমগী পাঙ্গল মাঙহল্লি। মীওইবনা খাঙবা কনবনা অশাওববু খুদুম চন্নবা হোৎনগদবনি; নুংশিবনা তুক্কচববু জয় তৌনবা হোৎনগদবনি। অশাওববু অশাওবনা পাওখুম পিগনু; তুক্কচববু খঙশাও-শাওবনা তেংবাংগনু।

(৪০) ঈগোবু জয় তৌবা হায়বসি য়াম্না লুবা থবক অমনি। মসিদা মায় পাক্কে হায়রবদি মতম শাংনা তত্তনা হোৎনবা চণ্ডই। ঈগো হায়বসিনা থবক মচা অমতং মায় পাকপদা চাউনা হেক উহনবা, করিসু লৈতবা খুদোংচাবা মচা অমা ফংবদা য়াম্না হেক নুংঙাইহনবা, মীওোন্দগী খজিক্তং হেক লাকচবদা য়াম্না হরাওহনবা ঙমই। মসি য়াম্না শাথিবা য়েক্লবনি, মসিবু খুদুম চন্নবা তত্তনা চেকশিন্না হোৎনগদবনি। মসিবু মাঙহনখিগদবদি "মসি ঐনা নত্তেকো, ঈশ্বরননিকো, ঈশ্বরগী শক্তিননিকো, ঐদি চুম্নগী মাগী য়াথংতবু পাঙথোকপনিকো" হায়না নথক্তা তত্তনা শোঞ্জরবদি মাঙখিগনি।

(৪১) ফত্রবা গুণ পুন্নমক্কি অফাওবা লুচিংবা ওইরিবসি মশাগী ওইজবা থিবা হায়বসিননি। লুচিংবা অসিগী মতুংদা অশাওবা, পামশিনবা অমসুং মিহৌবা অহুমসিনা তুং ইল্লকই। তশেংবমক্তি, কামঃ হায়রিবা ওইজবা থিবগী মবুংঙো অসিনা ঐখোয়বু শিহন্নবগী দায়িত্ব ওইরি। মসিনা ঐখোয়গী অপাম্বদু সুম-সুম হেনগৎহন্দুনা ঐখোয়গী লৌশিংবু শোম্বহল্লি অমসুং অতোনবা থাক্তা হম্বহল্লি। মরমদি নাপল, ওইজবা থিবা অমসুং মশাগীতা খনবা মী অদুদি মী ওইদ্রে, হম্ববা থাক্তা লৈখ্রে।

(৪২) ঙা অমনা ঈশিংদা ঈরোইজরগা নুংঙাইবগুম মী অমনা জ্ঞান অমসুং ভক্তি লাক্লবতদা নুংঙাইজগদবনি। কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তি অহুম অসি ঈশ্বর ফংনবগী লম্বী ঙাক্তনি। অদুবু অপাম্বা হায়বসিনা পোকহনবা অশাওবনা কর্ম্মগী লম্বী পুন্নমক মাঙহল্লে, জ্ঞান পুন্নমক লৈচিন্না কুপশিনবদৌনা মমহল্লে, লোয়ননা মিহৌবনা ভক্তি পুন্নমক মাঙহল্লে। অদুবু প্রেমঃ হায়বা ৱাখলসি নিংথিনা নহাক্লা পোকহল্লবদি অশোনবশিংসি জয় তৌবা ঙমই।

অশাওবনা নত্রগা তুক্কচবনা নত্রগা অৱাবা ৱাখল অমনা নপুক্লিং অদু পুম্লাঙ লাঙলবদি ঈশিং অইংবা গ্লাস অমা থকউ, তুমিন্না হিপথৌ, ভজন্ ঈশে খর ঙংউ, নত্রগা নথন্নতা খর য়াঙনা শাংলপ্পা চৎলু, অদু ওইরবদি নঙোন্দা ৱাহল্লম্বা ৱাখল পুন্নমক্কু ঈংথখিগনি।

(৪৩) কনাগুম্বা মী অমনা হিরম কয়াদা লৌশিংগী, জ্ঞানগী মবুংঙো ওইজবা য়াই; নত্রগা সংসারগী ওইবা পোৎশক কয়াগী মরমদা হৈথোয়-শিংথোইবা য়াই, অদু ওইরবসু থম্মোয়বু তরু-তনান্দ্রবদি হায়বদি শেংদ্রবদি

মাগী মাথা (কোক) অদু কান্নদ্রবা মরুভুমিগুম্বনি নত্রগা শম্না অমগী নুংশিবা প্রেম পোক্রুবা, থৌজালগী ঈরিক অমা চেন্দ্রবা কান্নদ্রবা নুংজাও অমগুম্বনি হায়বদি করিসু কান্নদ্রবা মপোক্লি।

(৪৪) করিগুম্বা অমা চারুবদগী, থক্লুবদগী নত্রগা তিন্নরুবদগী নুংঙাইবা (pleasure) অমা ফংজরে হায়না মীওইবনা খল্লি; অদুবু তশেংনা হায়রবদি নুংঙাইবা অদুনা মী অদুবু ফংজগ্রবনি; মরমদি 'নুংঙাইবা' অদুনা য়াম্না লোন্না মী অদুগী শক্তি মাঙহনগ্রবনি, অফ-ফত্ত অমদি অচুম-অরান খম্ন্থনবগী লৌশিংগী চাং অদু শোম্থহনগ্রবনি, ঈশ্বরনা পিবিরকপা পুন্সিবগী মতম অদু চাথোকখ্রবনি, অদুগা মাগী পুক্লিং অদুদা য়াম্না তুমিন্না, মদ-কাবা, মীহৌবা, য়েংথিবা, ওইজবা থিবা, অমদি ঈগোগী ৱাখল কয়া অসিনা চংশিনখি হায়বদি প্লেজর থিবনা মীগী থাক অসি য়াম্না হম্থহল্লি।

(৪৫) মীওইবগী অপাম্বদি ঙমখৈ লৈতে, অরোইবা নায়দে। অপাম্বনা মীওইববু মরুভুমিদা ময়া-মরিচিকা তান্নহল্লি; অহাঙবা অতিয়াদা ভাবকী ফজরবা দলাল কয়া শাগৎহল্লি। ৱাখল অসোম্দা লুপখ্রবদি পেন্দবা অমসুং নিঙবা কায়বতমক থেংনগনি। পেম্থোকপনা শ্বর্গনি। কৃষ্ণ ফংনিংবগী খৌরাংবা মৈচাক ফাওহনবা তমউ। অদু ওইরবদি য়াম্না ঈংলবা নুংঙাইবগী ঈফুৎ অমা নশাদা য়াওজরিবদু থেংনগনি; কৃষ্ণগী মিংখৈরোল শোনজবনা নহাকপু য়াম্না অকনবা অমদি পুক্লিং লৈতাবা মীশক অমা ওইহনগনি; মদু য়াম্না থুম্বনি, থৱাইবু য়োকপিবনি।

(৪৬) মীওইবদা তৌবা সেবানা ঈশ্বরগী মফমদা তৌবা সেবাদগী হেন্না মমল য়ামই। ঈশ্বরদি নঙগী সেবাগী দরকার লৈতে। মীবু পেলহল্লু, অদু ওইরবদি ঈশ্বরবু পেলহল্লবনি। সেবা হায়বসিমক ঈশ্বরনি।

(৪৭) অহানবদা নশা হান্না চুমথোকখো, নশানা নশাবু তম্বীখো। অদুগী মতুংদা অতোপ্পগী সেবা-মতেং পিনবা হোৎনৌ। পুন্সিগী অফবা ফলদি মশাগী ওজবা থিদনা, কথোকপগা লোয়নন্না মীগী সেবা তৌবনা ফংগনি। ঐখোয় খুদিংমক ঈশ্বরগী মফমদগী লাকখিবনিনা মীগী সেবা তৌগে হায়বা ৱাখল, ৱারেপ লৈগদবনি। অতোপ্পা মীবু নুংশিবা ঙমদ্রবা কাংবু অদু "মীওইবা" হায়বদু নত্রে।

(৪৮) ব্রাফম অহুমখক্তং নঙগী থম্মোয়দা কাওদনা হক্কুনা থমউ। i) ঈশ্বরবু কাওগনু, ii) নঙগী অকোয়বদা লৈরিবা মতম চুপ্পদা অহোংবতা ওইরিবা সংসারগী ওইবা পোৎশকশিংদা থাজরুগনু, মখোয়দি ওমর নত্তে। iii) কিগনু।

অদুগা ব্রাফম অনি অমনা থম্মোয়দা মমি তাহনগনু, তাম্ভোকখো ঃ i) মীনা নঙোন্দা মাঙনবা তৌরকপা খুদিংমক কাওথোকউ, ii) নঙনা মীগী ফনবা তৌখিবা খুদিংমক কাওথোকউ।

(৪৯) মীওইবনা সমাজগী য়াইফনবা সেবা – কর্ম্ম তৌরকপা মতমদা খুরৌথাংবা য়াম্না থেংনগনি। মরমদি সংসার অসি গুণ অনিনা লৈতেংবনি – অফবা-ফত্তবা, নুংঙাইবা-অৱাবা, ফজবা-ফজদবা, চাউখৎপা-হন্থবা, মঙাল-অমম্বা . . . । পুম্নমক অসিনা নপুক্লিং ওলহনগনু। ঈশ্বরদা খুরুমজরগা নঙনা হেক ঙম্বমখৈ নথৌ তৌ। থম্মোয় শেংনা কন্না হোৎনৌ অদুগা মদুগী মখা তারকপা ফল পুম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নথোকখো।

(৫০) সেবা কদায়বু কৌবগে হায়বদু য়েংসি। মসিদি ভক্তিগী নুংদা চেল্লিবা মরুওইবা রস–মচং অদুবুনি; ভক্ত অমগীদি থাদোকপা য়াদ্রবা শ্বরনি, মাগী চপচাবা নিতিনি। থৱাই পানবা জীবা পুম্নমকসি ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি, হকচাং হায়বসি ঈশ্বরনা লেঙশিল্লিবা অশেংবা লায়শঙনি অমদি মফম পুম্নমকসি ঈশ্বরগী লৈফম্নি হায়না মশানা ফাওজরকপা ৱাখল অদুদগী পোকলকখিবনি।

সেবাগী সাধনা – খোঙজং অসিদি পুমতোপ-তোপ্পি।

নহাক্কি শক্তি অমসুং পুক্লিং পুম্নমক নমাংদা লৈরিবা থবক অদুদা পুমলুপ লুপশিনখ্রবনি; পুরা কৎথোক্লবনি; নশাগী থাক, ইজ্জৎ-সনমান পুম্নমক থাদোক্লবনি; নশাগী অহম্কার মরু ফুক্না মাঙহনখ্রবনি; . . . । নঙনা ঈশ্বর হায়বা পোৎশক অমা মপান্দগী পুশিল্লক্কদবা নৎত্রে; ঈশ্বরদি মতম পুম্নমক্তা নশাদা অদুম লৈরবনি; চুম্নবা ৱাফম অসি নশানা পুথোকচবা, নশাগী নরল অমসুং পাঙ্গল ওইজগদবনি। মীওইবনা ওমর পদবি ফংজবদি মাগী কৎথোকপগী থৌনা, লিংজেল অদুননি; মাগী মরল মথুম্না নত্রগা অতৈ থবক্লা য়ারোই। সাই সেবক অমগী ৱাখল্লোন্দি – পিথোকপা – পিথোকপা – পিথোকপতনা ওইগদবনি, মদুগী তৌবিমল শম্না অমা ফংদ্রবসু।

(৫১) মীওইবনা মালেম পৃথি অসিদা পোকলকপগী পান্দম করিনো হায়বসি অতৈ পুন্নমকপুসু ঈশ্বরনি হায়না য়েংবা ঙমলক্লবা মতমদতা খঙলক্কনি। মীনা ঈশ্বরবু মীগী শক্তমদা পুজা তৌগদবনি । ঈশ্বরনা নঙগী নমাংদা মমিৎতাঙবা চাক্লিবা ওইনা, অপঙবা বুদু অমা ওইনা, লায়থুং পকপা মী ওইনা, অঙাং ওইনা, উপায় লৈজদ্রবা অহল অমা ওইনা, মরাল লৈরবা মী অমা ওইনা নত্রগা অঙাওবা অমা ওইনা উহল্লক্কনি, থোরক্কনি। মখোয় অদুবু নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা সেবা তৌবনা মায়খুম কয়াদুগী মরুমদা লৈরিবা ঈশ্বর অদুগী সেবা তৌবা ওইগনি।

(৫২) নঙগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়াম অদুদা ঈশ্বর লৈ; মীয়াম অদুগী য়াইফনবা খুরুমজবা, খনজবা ঙমদ্রিবা নঙনা মতৌ করম্না মশক উদবা ঈশ্বর অমবু খুরুমজবা, পুজাতৌজবা ঙমগদৌরিবনো ? অদুনা, নঙনা ইহান হান্না তৌগদবা থবক্তি নঙগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদুগী য়াইফনবা হোৎনবনা ওইগদবনি।

(৫৩) মীগী সেবা তৌবনা নশাদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী ওইবা গুণ অদু মপুং ফাহনগনি; মরমদি মদুনা নঙগী থম্মোয়দু হেন্না হরাওহন্দুনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে খলহনগনি। মীওইবদা তৌবা সেবাদি ঈশ্বরদা তৌবা সেবাগা অমতনি। মরমদি -- ঈশ্বরদি মীপুম খুদিংদা লৈ, থৱাই পানবা জীবা খুদিংমক্তা লৈ, নুঙদা, উখোংদসু লৈ। করম্বা মতমদা নত্রগা মফমদা করি সেবা তৌরবগে হায়না ঈশ্বরনা হংলোয়। করি ৱাখলগা লোয়ননা সেবা তৌখিবগে হায়বদুদি হংগনি; সেবা কয়াম তৌখ্রবগে হংলোয়, কয়াম নিংথিনা তৌখিবগে হায়বদুদি হংগনি। নঙনদি থবক অমসুং সেবা য়াম্না তৌখ্রে খনদুনা চাওথোকচগনি। ঈশ্বরনা য়েংলিবদি সেবাগী মগুণ, থম্মোয় শেংবা, পুক্নিং শেংবা, অমদি সেবা তৌখিবগী ৱাখল্লোন অদু কয়া ফজনা লৈখিবগে হায়বদুদা য়েংগনি।

(৫৪) নহাক্কি থাজবা অদু অচেৎ-চেত্ত য়েংনবগীদমক শ্রীভগবান্নসু মখল-মথেলগী চাংয়েং কয়া তৌরক্কনি; সেবাগী ৱাখলদু কয়াম মপুংফানা অমদি পুন্নমক্কি ওইবা ৱাখল্লোন্দা তৌখিব্রা হায়বদু য়েংগনি। ৱাখল মরা চেৎফাত্রিবা কাংবুদদি চাংয়েং অদুদা খাঙবা ঙমদবদগী সেবাগী সাধনা অদু থাদোক্কুনা অচুম্বা লম্বী অদুদগী থৈদোকখিগনি।

(৫৫) তীর্থ চৎপতনা হায়বদি ধর্ম্মগী অশেঙবা মফমশিংদা খুরুমজবতনা নত্রগা ঈশ্বরগী মিংখৈরোন শোনবতনা অমসুং শাস্ত্র নৈনবা, তম্বতনা সংসারগী পোকপা-শিবা চক্র অসিদগী নাহোকপা ঙমলোই। নিংথিনা তৌবা সেবাতনা পোকপা-শিবা চক্র অসিদগী নাহোকপা ঙমগনি। সেবানা মীওইবগী মশাদা লৈবা অচৌবা গুণমখৈ ফোংদোরক্কনি।

(৫৬) নহাক্না ফাওরিবা সেবা তৌনিংবগী ৱাখল অমসুং সেবা তৌরিঙৈদা ফাওখিবা হৈনিংবগী ৱাখল অদুনা নঙবু অৱা-অনাদগী কনবিরিবনি। মসি ঈশ্বরনা লেঙদ্রবা শাক্কিনি। ঈশ্বরনা আশির্বাদ পিনবগী অপাম্বা লৈতে; দন্দি পিরগে হায়বগী অশাওবসু লৈতে। সেবাগী মতমদা নঙোন্দা লৈথ্রিবা ৱাখল অদুগী মতুং ইন্না আশির্বাদ নত্রগা দন্দি ফংজবতনি।

(৫৭) মীওইবনা নুংঙাইবা পান্নবদি মানা ইহান-হান্না হোৎনগদবা শাজেন্দি মশাগী পুক্লিংদগী ফত্তবা ৱাখল অমসুং শাজৎ-নিতি লৌথোক্কদবনি। অপাম্বা হেনগৎলিবমখৈ নুংঙাইবগী চাং হহুরক্কনি। পেনথোকপা তমউ। পেনবা হৈতবা মীনা পুন্নমক মাঙগনি; পেনবা হৈবা মীনা তশেংনা নুংঙাইবা মশক খংগনি। সংসারগী ওইবা নুংঙাইবশিং অসি ফংনবা হোৎনবদা ঐনা য়াদবা তৌদে। নখোয় ময়াম্না নুংঙাইরগা ঐসু হরাওই। সংসারগী নুংঙাইবশিংসি ফংনবদা চংলিবা লৌশিং অমসুং বিজ্ঞান অদুদি তানশিনগদবনি। অদুগা মসিদা ফংলিবা নুংঙাইবা অসিদি লেঙদবা হায়বদুদি নত্তে।

(৫৮) নখোয় খুদিংমক্না খ্বাইদগী হেন্না দরকার ওইরিবসি অতৎ-অখম লৈতনা নুংঙাইবা – আনন্দ অদু ফংবদুনি হায়বসি নখোয় পুন্নমক্না চিংনবা লৈতনা য়ানিংগনি। মসি হুকুম তৌরগা দুকান্দগী ফংবা য়াবদি নত্তে। য়াম্না কন্না হোৎনরগা, অফবা থবক তৌরগা, অফবা শঙ্গ তিন্নরগা অমদি ফত্তবা ৱাখল, শঙ্গ পুন্নমক থাদোক্লগা পুক্লিং অদু ঈশ্বরগী মরমদদা ফাজিন্দুনা থমলগা আনন্দ অদু ফংনবা হোৎনগদবনি। পাত্র অমতদা অফবগা ফত্তবগা পুন্না থম্মিন্নবা য়ারোই। অফবদু ফত্তবা ওল্লক্কনি। মঙালগা অমম্বগা পুন্না লৈমিন্নবা য়াদে। থাজবা খক্তনা আনন্দ ফংবা ঙমই। থাজবা হায়বসি নুংঙাইবা পুন্নমক্কী হৌরকফম ঈফুত্তুনি। মশানা মশাবু থাজনা হোৎনরবতদা থৌজাল অসি ফংগদৌরিবনি।

(৫৯) সংসার অসিদা মরাল নত্রগা দোষ লৈতবা পোৎশক অমতা লৈতে; অৱা-অনা লোয়নদবা নুংঙাইবা অমতা লৈতে; ঈগো – অহম্‌কার য়াওদবা থবক অমতা লৈতে; অদুনা অশেঙবা ওইয়ু, অপাম্বা থাদোকউ। অদু ওইরবদি মদুনা নঙবু অৱা অনাদগী কনবিগনি। খুদোংথিবা, খুরৌথাংবা অমা লাকপদা থৌনা ফনা থেংনৌ। মদুনা মথং অমুক থেংনরকপদা হেন্না থৌনা পিরক্কনি। হিংনবগীদমক অফ-ফত্ত, অচুম-অরান হায়বা ৱাখল অসি থৱাই পানবা জীবা খুদিংমক্তা মশানা অদুম মথন্নতা পোকচরকই। অদুবু মীওইবগীদমক্তদি মসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কি হৈশিংবা হায়বদু ওইরে। মরমদি মানা কান্নদ্রবা মকু অদু মরুদগী করম্না খাইদোক্কদগে হায়বসি খঙগদবনি অমসুং অচুম্বা অমসুং ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎননবা মশানা লেপচগদবনি; সতসঙ্গনা হিরম অসিদা অচৌবা মতেং ওইগনি।

আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল্লোন ফাওরক্কবা অমদি মদু ফংগে হোৎনহন্নিংনবা, ঈশ্বরগী লম্বী থিরক্কবা ময়ামগা তিন্নবা – সতসঙ্গ অসি তঙাইফদনা চংই। মসিনা য়াম্না তললম্বা মী ফাওবা আত্মাগী মরমদা থুনমক খঙনিংবা, হৈনিংবা পোকহনগনি।

(৬৪) ফোটো অমা নত্রগা মুর্ত্তি অমা, দরকার লৈবা পোৎচং খরগা লোয়ননা ইরাৎ-পুজা তৌরিবা কাংবু অদুতবু ভক্তনি খনগনু। মশাগী চৎফম থোকপা লম্বীদা চুম্না চৎলিবা মী, মচিন্না ঙাংথোকখিবা ৱাফমদু থবক ওইনা পাঙথোক্লিবা মী, মমিৎনা উবা অদুতমক ঙাংজরিবা মী, অতোপ্পগী অৱা-নুংঙাইতবদা পিরাং শিঙ্গুরিবা মী, অতোপ্পগী নুংঙাইবা পাও তারগা মশাগী ওইনা চপচানা নুংঙাইবা ঙম্বা মী, ......... অদুসু ভক্ত অমনি; অশেংবনি, হেন্না চাউবা, মগুণ-ৱাংবা ভক্ত অমনি।

(৬৫) নহাক্না য়াম্না মরু হক্না, পুক্লিং চংনা জপ তৌজবা – ঈশ্বরগী মিংখৈরোল তত্তনা শোঞ্জবা য়াই, নত্রগা খ্বাইদগী অকনবা ব্রতগা লোয়ননা ঈশ্বরদা চংজবা য়াই, পুম্নমক অদু নশাদা ধর্ম্মবু য়াওদ্রবদি অরেম্বনি, কান্নদ্রবনি। লমচৎ-নিতি ফবা, ধর্ম্ম লৈবা মী ওইয়ু। ৱাখলদা, থবক্তা অমসুং ৱাঙাংদা পুক্লিং চংউ। নশানা নশাবু নমথাক তৌগনু, থম্মোয় শেংউ। শেলদি লাকপনি, চৎখিবনি। মোরেলিতিদি লাকপনি, অসুম-অসুম চাউখৎলকপনি, মগুণ ৱাংখৎলকপনি। মীওইবনা শেলখক্তা তান্নবসি থাদোক্তুনা মোরেলিতি

হেন্না ফগৎনবা হোৎনবা তাই। ধর্ম্ম লৈবা লমচৎ-নিতি অসি থম্মোয়দা নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা মপুং ফানা লৈহনগদবনি। মদুত্তদা সমাজদা অচুম্বা নিত্তি, তেক-কায়দবা, অমসুং থকসি-খাসি লৈগনি। মীওইবা জাতি মরক্তা নুংশিবা প্রেম লৈনরক্রুবদা, হৃত্বরক্লবদা জাতিদু মপাঙ্গল শোম্থরক্তুনা তুম্না মাঙথ্রগনি।

(৬৬) দরকার লৈবা মীদা, লায়রবদা পিবা তেংবাং অদুবু খ্বাইদগী ব্রাংবা ধর্ম্ম (পুন্য) নি হায়না শিংথানৈ; অদুগা অতোপ্পগী মাঙ-তাক্লবা তৌববুনা পাপনি হায়না নিন্দা তৌনৈ। ধর্ম্ম লৈবা শাজত্তি অমম্বদা থাওমৈ লোয়নবগুম্বনি, মদুনা শান্তি অমসুং নুংঙাইবগী লম্বীদা পুমঙাল ঙালহনগনি। ধর্ম্ম লৈবা মীতনা ঈশ্বরগী থৌজাল হেন্না ফংবা ঙমই।

(৬৭) ঙসিগী সমাজদা য়াম্না মরাং কায়না ফংলিবা, থেংনরিবা "তৌবিমল খঙদবা" হায়বসি ঐনা নিন্দা তৌই। মসিদি মীগী লমচত্তা য়াওফম থোক্তবা, শাগী ওইবা শাজৎনি। সাদকা খুদিংমক্লা মখোয়দা মীনা তৌবিরকখিবা অফবা থবকশিংবু কাওদনা, মতম চুপ্পদা থম্মোয়দা তৌবিমল খংবগী ব্রাখলদু লৈগদবনি, অমসুং তেংবাংবিরকখিবগী মওং-মতৌদু নিংশিংদুনা লৈগদবনি।

(৬৮) ধর্ম্ম হায়বসি সমাজ লৈতাহন্নবা, তং-তানবা, অমদি লন্নায়গী য়াইফনবা তঙাইফদনা দরকার ওইরিবা নিয়মশিং অদুবুনি। মসিদি লেঙদ্রবা, তঙাইফদনা চংদ্রবা য়াদ্রবনি। মসিগী নিয়মশিং অসি মী অমগী অপাম-পামদগী মোত মতুং ইন্না হোংদোক-হোংজিন য়াদ্রে। ঐগী ইমাবু পামই-পামদে হায়দুনা হোংবা য়াদবগুম, ধর্ম্ম হায়বসিসু হোংবা য়াদ্রে।

নহাক্লা শন্দোক্লিবা, ঙাংলিবা ব্রাফম অমা নশানা থবক ওইনা ওম্থোকপা, তাঞ্জা হেক ফংবদা মীগী মতেং পাংগে খনবা, অশেংবা পাম্বৈনা লন থুম তানবা, অরানবা থবক তৌরুরগা পাপ ফংগনি খন্না ঈশ্বরবু কিবা, ঈশ্বরগী থৌজাল ফংদবা য়াদবনি খন্না হিংবা, . . . ; মসিবুনি ধর্ম্ম হায়রিবসি।

(৬৯) মশাগী ঈগো – অহম্কারবু খুদুম চনবা ঙমলিবা, মরন্নাইগী অপাম্ববু জয় তৌবা ঙমলিবা, অনেম্বা থাক্কী ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিং থাদোকপা ঙমলিবা, হকচাংবু আত্মানি খন্নিংলিবা ব্রাখলবু থাদোকপা ঙমলিবা মহাক অদু ধর্ম্মগী লম্বীদা লৈরবনি, চৎলবনি। ধর্ম্মগী পান্দমদি ঈথক্লা সমুদ্রদা তিনবগুম আত্মানা পরমাত্মাদা তিন্নবনি হায়বসি মানা খঙলবনি।

(৭০) মীওইবা হায়বসে মী, শা অমসুং ঈশ্বর হায়বা মচল্ – গুণ্ অহুমসিনা শাবনি। অহুম অসি মতম পুম্নমক্তা অমনা অমগী মকোক থোংনবা লয়াই তৌদুনতা লৈ। মী অমসুং শাবু মায়থিবা পীরগা ঈশ্বরনা শোয়দনা মায় পাকহন্নবা হোৎনগদবনি।

(৭১) ঈশ্বর হায়বসি অচুম্বতনা তাশিল্লগা শাবা পোৎশক অমগুম্বনি; অচুম্বতা ঙাংউ, তাবা য়াবা অচুম্বতা ঙাংউ। অচুম্বা ওইরবসু সমাজদা তাবা য়ারোইদবদি ঙাংথোক্লোইদবনি। অচুম্ববু থবক ওইনা ওনথোকপবু ধর্ম্ম কৌই। অচুম্বদগী হেন্না ৱাংবা ধর্ম্ম লৈত্রে।

(৭২) নশাগী অশেংবা চপচাবা মওং (true nature) খঙনিংলবদি থবক অহুমদি তৌবা তাই ঃ

১বা ঃ নশাদা অহম্কার অমতা পোকহনগনু; নোল্লুকপা তমউ; নশাগী নথৌ পুক্লিং চংনা, থৱাই য়াওনা তৌ।

২শুবা ঃ ইন্দ্রিয় পুম্নমক অরানবা লম্বীদা চৎখিদনবা নিংথিনা খুদুম চন্দুনা থমউ।

৩শুবা ঃ অহোংবা অমসুং অওনবদা নায়বা পুক্লিংনি; অদুবু হোংদুনতা লৈরিবা হকচাংগী মনুংদা শুকহোং হোংদনা লেঙদনা লৈরিবা ঈশ্বরবু ফংননবা, থেংননবা হোৎনৌ।

(৭৩) থৱাই পানবা জীবা খুদিংমক্তা শিনথুংনা চেল্লিবা অমদি মথৌ তৌহল্লিবা ঈশ্বরগী ঈচেল অদু জগৎ পুম্নমক পুমশুপ শুপলিবা শ্রীভগবান অদুনি হায়বসি খঙনবা হোৎনগদবনি। নহাক্না ঈশ্বরগী লৈফমদা চংনিংলকপা মতমদা থিংজল্লবা থোঙ অনিখক থেংনগনি। অমনা নশাবু থাগৎনিংবগী অদুগা অনিশুবনা অতোপ্পবু চৈনিংবা - হুন্নিংবগী। থোঙশিংদু "কল্লকপা" হায়বা পোরোন অদুনা লোনশিনখিবনা অদুগা "মদ-কাব" গী চাউরবা শো অমনা লোনশিনখিবনা চংবা য়ারোই। অদুনা নঙনা তশেংনা চংনিংলবদি "প্রেম" হায়বা শোঁজে অদুগী মতেং লৌবা তাই অদুগা শো অদু হাংবা তাই; অদুদগী পোরোন অদু লৌথোক্লুনা থোঙ অদু লাওনা হাঙদোক্লুনা থমউ। অসিগুম্বা য়াম্না লুরবা খোঙজং অসি চঙবা ঙম্নবা নঙগী বিদ্যা অদুনা শেম-শাগদবনি।

(৭৪) ঈশ্বরদগী হেন্না নক্লবা অতোপ্পা পোৎশক অমা লৈত্রে হায়বসি মীওইবনা তঙাইফদনা খঙগদবনি। মীপুম খুদিংমক্না মশাদা লৈজরবা, য়াওজরবা ঈশ্বরসে খঙনবা হোৎনগদবনি। অয়াম্বা মীনা মপাম্থোংগী লাইসোন্স-তিনসোল অমদি আজা-পুজাদা মতম মাঙহল্লি। মপাম্থোংগী ওইবা থৌরম অসিগা লোয়ননা নুংগী অশেংবসি ফংনবা হোৎনগদবনি।

ঙসিদি মীওইবসে মতম অমতদা শগোল্ অনি তোংবা মীশক ওইরে; ঈশ্বরবুসু ফংনিংই লোয়ননা সংসারগী নুংঙাইবসু পাম্মই।

(৭৫) পোৎশক খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ, থৱাই পানবা জীব খুদিংদা লৈ, জীবশিং অদুগী মখোংদসু লৈ, মখোঙদা পকলিবা উফুল অদুদসু লৈ। নঙনা হুরানবনি খল্লিবা মহাক অদুদসু লৈ। অসিগুম্বা থাজবা অমসুং ঈশ্বরবু নুংশিবা প্রেম য়াওরবতদা নহাক্কি আধ্যাত্মিক্কী ৱাখল অদু হেন্না মপুং ফারক্কনি, চাউখৎলক্কনি।

(৭৬) ঐখোয়না লৈরিবা সংসার অসিগা অতোপ্পা অমগা পোৎশক অনি লৈ হায়না খনগনু। সংসার অসিগী মনুংদা ওইরক্কদবা সংসার অদু অদুম লৈরবনি হায়বসি ভাব তাও। ঐখোয়না লৈরিবা সংসার অসিগা মথংগী সংসারদুগা অদুম তোৎশিন্দুনা লৈরবনি।

(৭৭) মীওইবনা বস অমা তোংনবা নত্রগা সিনেমা টিকেৎ অমা কক্লবা হোৎনবদদি পরেং লেপ্তুনা পুং কয়া ঙাইবা ঙমই; ঈশ্বরগী মরমদা খন্নবগীদমক্তদি মিনিৎ মঙা ফাওবা কায়থোক্তে। {কয়াদা ইকায়নিংঙাইনো}

(৭৮) ঈশ্বর ফংনিংবগী মৈচাক কনখৎহন্নবগীদমক আধ্যাত্মিক্কী নিয়ম খরদি তঙাইফদনা চংই। খোঙথাংশিং অদু ইরায় লায়দে। মরমদি খুদিংমক্না মশা-মশাগী য়াম্না মরুম থুপ্না, নুংদা লৈথ্রবা ঈগো অদু খুদুম চন্নবা হোৎনবগী মথৌ তাই। খোঙথাংশিং অদুদি –

i) থবক খুদিংমক ঈশ্বরদা কৎথোকপা।

ii) কাংলুপ নায়না খৎনবনা থকসি-খাসি মাঙহল্লোইদবনি।

iii) আধ্যাত্মিক্কী খোঙজং চৎথরকপদা য়াম্না খঙ-হৈবা অমদি হৈথোয়-শিংথোয়বগী মওং থাদোকউ।

iv) অথোইবা মপু ফংনবগীদমক্তি প্রেমঃ পোকহল্লু।

(৭৯) মীওইবদা য়াওরিবা শাগী ওইবা গুণশিং অসি জয় হেক তৌবদা অমসুং ঈশ্বর ফংবা য়ারে হায়বগী থাজবা ৱাখল অমা ফাওরকলবা মতমদুদা ধর্ম্মগী চৎলুরিবা খোঙচৎ পুম্নমক মশাগী মনুংদা লৈরে/ওইরমলে হায়বসি খঙজবা ঙমলগনি। থাক অসিদদি মহাক্লা মন্দির অমদগী মন্দির অমদা চৎপগী দরকার লৈত্রে। মসিগী মায়পাকপা পান্দম অসি ফংদ্রিবমখৈ নঙনা রামগী নত্রগা কৃষ্ণগী নত্রগা অবতার অমগী ভক্তনি হায়জবগী অধিকার লৈতে। আধ্যাত্মিক্কী চপচাবা খুমাং চাওশিনবা হায়বদু মসিনি।

(৮০) খঙনা নত্রগা খঙদনা হৌখ্রবা মতমদুদি হৌখ্রসনু। হৌজিক্তি নশাদো আধ্যাত্মিক্কী খোঙজংদা, ৱাখলদা অমদি সঙ্গদা লৈননবা হোৎনরো। হৌজিক্কগীদি য়ামদ্রবদা নশাতং কনবা ঙম্নবা হোৎনরো। খোঙজং অসিদা চীংনবা নত্রগা পুক্লিং তয়াং-তশোয়বা তৌরগনু।

(৮১) ঈশ্বর হায়বসি তোঙানবা পোৎশক অমা নত্তে। মীওইবসি ঈশ্বরগী মমিনি হায়বসি ঈশ্বরনা মীওইবগী শকওং-শক্তমদা ফোংদোরকই। মাগী তোঙানবা মওং লৈতে। মীওইবগী পুন্সিসি মতৌ করম্না ঈশ্বরগী থাক্তা পুখৎপা য়াবগে হায়বদু মীওইবা সমাজদা তম্বিনবা, লমজিংনবা মরক-মরক্তা অবতার হেক-হেক লাক্লিবনি।

মীওইবা ওইনা পোকপগীদমক্তদি মাগী মমাংগী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্মগী ফলনা ফংবনি, অদুগা অবতারগীদমক্তদি কর্ম্মগা মরী লৈনদে। ফত্তবা কাংবুনা তৌবা ফত্রবা থবকশিং অমদি ধর্ম্ম লৈবা অফবা মীওইশিংনা তৌবা অফবা থবকশিং অদুনা অবতার লাকহন্নবগী মরম ওই। ফত্তবা ময়ামগী মীওৎ-মীনৈদগী কনবিনবা, তেক্ত-কায়দনা শেনবিনবা, মনায় ভক্তশিংবু নুংঙাইহনবিনবা ঈশ্বরনা অৱাংবা থাক্তগী কুমথরগা অবতার ওইনা লাকপনি। মসিগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি মীওইবনা খঙননবা হোৎনদে। অবতার পুরুষ অদুদি মরুওইনা মীওইবা জাতিবু কনবিবা লাকপনিনা লম্বী অদু অমসুং য়ৌগদবা পম্বুংফম অদু খঙই। খুৎশেম পুম্নমক অসিগী মবুংঙোনি। মহাক্তি হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা ওইরক্কতবা পুম্নমক লোয়না খঙই। মহাক্লা লমজিংবি অমসুং অরান খুভম ফংহনবি।

(৮২) অবতারশিংনা লাক্লিবসে মাঙ-তাকপা লোয়দ্রিঙৈদা, অফবা মীওই খরা লৈরিঙৈদা, ধর্ম্মগী ৱাখল্লোন খর লৈরিঙৈদা, ফত্তবশিংগী মখুত্তা

অফবা পুন্নমকসি লোয়না মাঙথ্রগদরনে হায়না ব্বারক্লবা মতমদা, অদুগুম্বা নিংহন্নরক্লবা থম্মোয়বু নৌহৌনা ময়োল চোংহন্দুনা, থাজবা অমসুং থৌনা হাপ্পিনবা লাকলিবনি।

(৮৩) নহাক্না ঈশ্বরগী মফমদা চংজদুনা মতেং নিজবা অমসুং লমজিংবিনবা হায়জবা হেক হৌবদা নশাবু কনজনবা অহানবা খোঙথাং থাংজিল্লবনি। পঙ্খুংফম ওইরিবা ঈশ্বরদুবু নহাক্না নিংশিংদ্রবদি "পোকপা-শিবা" গী চক্রদা তাদুনা কুইনা লৈখিগনি অদুগা য়াম্না থেঙনা য়ুমদা য়ৌরক্কনি হায়বদি ঈশ্বরগী নাক্তা থেঙনা য়ৌরক্কনি।

(৮৪) ভক্তি কদায়বু কৌবগে ?

ব্যাস মুনিনা তাকপিবদি – পুক্লিং মকালাম্না, হরাওনা ঈশ্বরগী সেবা তৌজববু ভক্তি কৌই;

গার্গ মুনিনা তাকপিবনা – ঈশ্বরগী মরম অমসুং মতিক-মগুণগী মরমদা তানিংবগী অপাম্বা অদুবু ভক্তিনি;

সন্দিল্য মুনিনা তাকপিবনা – ঈশ্বরগী ব্বাখল হেক তৌবগা অতৎ-অখম লৈত্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওজবা অদুবু ভক্তিনি।

সংকরাচার্জনা তাকপিবনা – মশা মশক খঙলবা মতমদা ফাওরকপা মঙাল অদুবুনি।

নারদ মুনিনা তাকপিবনা – ঐখোয়না পাঙথোক্লিবা কর্ম্ম পুন্নমকসি শ্রীভগবান্দা কৎচবনি খলহল্লিবা গুণ, নত্রগা ব্বাখল অদুবু ভক্তিনি।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা তাকপিবনা – মিচং-মিখায় নায়দ্রবা, নুংশিহৈবা ব্বাখলতনা পিক থল্লবা শ্রীভগবান্না পিবিরিবা অব্বাবা, নুংঙাইবা পুন্নমকসি অফবা বর ঙাক্তনি খন্দুনা পুক্লিং লৈতানা লৈজবা ঙম্বা ব্বাখল অদুবু ভক্তিনি।

(৮৫) ভক্তি কৎপা হায়বসি চুন্নগী লাইশোল ঈশৈ নত্রগা পুজা খর তৌবা অদুদসু নত্তে। মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরতবু খঞ্জবা অদুবুনি। মীওইবনা ঙাল্লিঙৈ মতমদা ঈশ্বরবু হেক কাউথোকই অদুগা মল্লবা মতমদা ঈশ্বরবু হেক নিংশিংই। ভক্তি কচ্চবা হায়বসিদি অতৎ-অখম লৈতনা পাঙথোক্কদবনি। মফম,

মতম, তাঞ্জাগী মখা পোলহল্লোয়দবনি। তশেংবদি পুক্লিং চপযুংনা, অনি লোণ্ডদনা, ভক্তি কচ্চরবদি অরান-খুভম ফংনবগী খ্বাইদগী লায়বা লম্বীনি। অওইবমক অসিগুম্বা ভক্তদি অনন্য ভক্তনি, মানা হিংলিঁগুদা জীবন মুক্ত – অরান খুবম ফংলবনি। ভক্তিনা মদ-কাবা অসি য়াম্না ৱাদনা মাঙহনবা ঙমই।

(৮৬) আত্মা মশক খঙলগা ওইরকপা চাংজৌ নায়দ্রবা আনন্দ অদু ফংগে হায়রবদি ভক্তি হায়বসি তঙাইফদনা চঙই। মীওইবগী অশেংবা শক্তিগী হৌরকফমসু ভক্তিদগীনি। অসিগুম্বা শক্তি অসিনা মীওইববু ঙাইহাক্কি ওইবা অপাম্বদগী থাদোকপা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা থাদোকপগী ৱাখল অসিনা হেন্না মপুং ফারক্লবা মতমদা মীওইবনা মুক্তি ফংই হায়বদি মায়াগী ওইবা অপাম্বা পুম্নমক সুম-সুম থাদোকপা ঙমহল্লি। নহাক্না ঈশ্বর থিজরকপগী লম্বীদা করিগুম্বা পোৎশক অমতনা অপনবা ওইহল্লোয়দবনি। ঈশ্বর ফংনবগীদমক্তদি নহাক্না দরকার লৈবা কৎথোকপা নত্রগা মায়োক্লবা খুদিংমক্কী থৌরাং তৌদুনা লৈগদবনি।

(৮৭) থৱাইগা হকচাংগা কায়নরমদাই অরোইবা মীকুপ্তা নঙনা পামজবা ঈশ্বরগী মিংলেন অদু নঙগী লৈতোন্দা পকচবা, শোঞ্জবা ঙম্লবদি মদু করিশু লৈতবনি, ইচম-চম্বনি খনগনু। মদু ঙম্নবগী চেৎনা থাজবা অমসুং মতম শাংনা হোৎনবা চংবনি। মসিগীদমক কল্লকপা, মীহৌবা, য়েংথিবা লৈতবা অফবা লমচৎ দরকার লৈ; মরমদি অসিগুম্বা ৱাখলশিংগী মরক্তা ঈশ্বরগী ৱাখল লৈবা ঙমদে। করম্বা মিকুপ্না নঙগী অরোইবনো করম্না খঙগনি ? যমরাজনা মানা থুংলগদবা মতম কনাদসু মাংজৌননা পাও পিদে।

(৮৮) ঈশ্বরদা থাজবা থমউ। অকিবা, লাঙতক্লবা, পুক্লিং তয়াং-তশোয়বদগী লাপ্না লৈরো। মঙোন্দা চংজরো। মাগী থৌজালনা নঙবু কনবিগনি; মাগী লৌশিংনা নঙবু ঙালহনবিগনি; মাগী শক্তিনা নঙগী খুরৌচেনবা খুদিংমক জয় তৌগনি। থাজবা অমসুং চংজবা হায়বসি ভক্তি লৈবগী শকওংনি, খুদম্নি, শাক্ষিনি। নহাক্কি অশেংবা ভক্তি অদুতনা নঙগী লাইশোল্ অদু ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌহনবনি; নহাক্না কৎলিবা হৈ-লৈ, লৈতেং, উৎসব-নচিংবা অদুনা নত্তে। অচম্বা, অশেংবা, চপযুংবা থম্মোয় অদুতনা নঙগী লাইশোল্ অদু য়াঙনা ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌহনবনি।

(৮৯) ভক্তি হায়বসি ফংবদা য়াম্না ৱাবা পোৎশক্নি; ভক্ত অমা ওইবসি অরায়বনি খনগনু। তশেংনা হায়রবদি মসি জ্ঞান ফংনবা হোৎনবদগী হেন্না লুই; মরমদি মসিদি পুরা চংজরবনি, ওইনিংবা ফিভম অমা ওইরকপদা পেন্দুনতা নৈরগদবনি। ভক্ত অমনা খ্বাইদগী অহানবদা ঈশ্বরগী মরমদা খনগনি, মথংদা সংসারগী, অরোইবদা মশাগী খনগনি। অদুবু মীওইবনা মসি মথক-মখা ওন্থোক্লুনা — অহানবদা মশাগী, অনিশুবদা সংসারগী, অরোইবদা ঈশ্বরগী খল্লি। ঈশ্বরদা চেৎনা কোল্লো, মদুনা নঙগী তেক-কায়দবা ওইরগনি।

(৯০) ঐদি নখোয়না কৎপা খুইথখিগদবা লৈ, পুমখিগদবা উঁহে, লৈবাক্কী সিমানা ৱাংমদা চৎনরোইদবা শেল লৌদে। নঙগী শেঙলবা, লূরবা পুক্নিংগী লৈকোন্দা শাৎলিবা থম্বাল, উঁহে অমসুং নিংহন্নবা লৈত্রবা সাধনা — খোঙজং অদু কৎলু। অহল অমগী মনাক্তা চৎপদা হৈ-লৈ পুনরিবা সংসারগী চৎনরোল অসিগী ৱাংমদা ঐহাক লৈ। ঐগী সংসারদি আত্মাগী সংসারনি। মফম অদুদদি মমলগী খেন্নবা লৈ। নহাক্না পাপপু কিরবা অমদি ঈশ্বরদা থাজবদগী নুংঙাইজরবদি মদুনসু অদুম য়াররবা সেবানি।

(৯১) ঙসিগী মী অয়াম্বনা ভক্তি করিনো অমসুং আধ্যাত্মিক্কী সাধনানা — খোঙথাংনা করিনো হায়বসি খঙনদে। নহাক্না ঈশ্বর হায়বসি নশাগী ৱাংমদা, মপান্দা করিগুম্বা মফম অমদা লৈ হায়না খল্লিবমখৈ ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবগী মতিক চাদ্রি। ঈশ্বরদি নঙগী নশাদা, নঙগী অকোয়বদা, মফম পুন্নমক্তা লৈরবনি হায়না খঙবা ঙল্লবা মহাক অদো ভক্তি লৈবগী, চেনবগী অশেঙবা খুদম্নি। নঙ নশামক ঈশ্বরগী শকলোন অমনি হায়বা থাজবসি ফাওনবা হোৎনগদবনি।

(৯২) নহাক্না পামজবা অমসুং নুংঙাইজবা মওংদা ঈশ্বরবু ইরাৎচবা য়াই। মহাক্তি হোংদোক-হোংজিন তৌদে। নঙনা মাবু শোনজবা মিং অদু হোংদোক্লবসু মাদি হোঙদে; নত্রগা নঙনা লাৎচরিবা মওং অদু হোঙদে। কান্নহল্লিবা অদুদি নঙনা শোঞ্জরিবা মন্ত্র নত্রগা মমিং নত্রগা মওং (শক্তম) অদুনা নত্তে; মদুদি নঙগী থম্মোয়দা, অপাম্বদা খৌরাংবদা লৈ। ঈশ্বরদি নঙনা খৌরাংজরিবা মমিং অমসুং শক্তম অদুদা অদুম আর্শিব্বাদ পিনবিগনি। মসিনি মাগী থৌজালগী ঙমখৈ লৈতবা হায়বদো।

(৯৩) সংসারগী ওইবা পোৎশক্তা নিজবা লায়শোন্দি পরমেশ্বর ভগবানদা য়ৌদে। অকক্লবা শক্তি খর লৈবা মরী লৈনবা লাইশিং অদুদা য়ৌগনি। অদুগা অশেঙবা প্রেমদগী ফাওরকপা, মশাগী ওইজবা থিবা নত্তবা, মীওইবা সেবাগীদমক্তা শেঙনা লাকপা লায়শোল্ পুন্নমক্তি ঈশ্বরগী মনাক্তা য়ৌই।

(৯৪) ঈশ্বরদা নিজবা, হায়জবা অসি নঙগী নথৌনি, থম্মোয়দা পামলিবদু ৱাহৈনা চপচানা ফোংদোক্কদবনি। ঈশ্বরনা লোয়না খঙই হায়বসি অচুম্বনি, অদুবু পামলিবা অদুগী চপচাবা ৱাহৈ অদুদি মহাকসু দরকার লৈ। পুন্সি হিংনবগীদমক চিঞ্জাক দরকার লৈ হায়বসি মমা অমনা খঙলবসু মচানা শঙ্গোম থক্কে হায়রক্লবদি মমানা শঙ্গোম পিথকই।

(৯৫) সাধকা অমনা কাওরোইদবা ৱাফম অহুমথক লৈ ঃ i) "ঐনা ঈশ্বরগী মরমদা নত্তনা অতৈ হিরম অমদা খল্লরোই", ii) "ঈশ্বরগী য়াথং য়াওদনা ঐ করিগুম্বা অমতা তৌররোই", iii) "ঐগী ৱাখল পুন্নমক ঈশ্বরতা খন্দুনা লৈগনি।" ৱাফম অহুমসিবু নঙনা য়ারবা অমসুং নশানা থবক ওইনা পাঙথোক্লবদি ঈশ্বরনা নঙগী য়াইফনবতা য়েংবিরগনি।

(৯৬) ঈশ্বরদি নঙনা হেক পাম্বা মতমদা শক উৎথোরক্কনি। মহাক্তি মতম পুন্নমক্তা উৎপিগদবগী থৌরাং তৌদুনতা লৈরিবনি; নহাক্তনা নথম্মোয়দা ঈশ্বরবু বার্তন তৌনবগী থৌরাং লৈতবগী ৱানি। নহাক্তি নথম্মোয় শেঙদোক্ত্রি; কল্লকপা, মীহৌবা, তুক্কচবা অমসুং অপাম্বগী তিঙ্খংশিংদু লৌথোক্ত্রি।

(৯৭) ঈশ্বরনা মাগী ভক্তশিংবু ঙাকপি-শেনবি। মাগী ভক্তশিংসি মাগী য়াম্না নক্লবা মরী-মতানি। মহাক্লা ভক্তশিংবু পুন্সিচুপ্পা তেক্ত-কায়দনা পুবি। ঐখোয়গী থম্মোয়দা ফমজিন্দুনা মপঙ ওইনা লৈথ্রবা ফত্তবা ৱাখলশিংসি কোকহনবা হেক ঙম্বা নুমিত্তুদা ঈশ্বরগী শকওং অদু উবা ঙমগনি।

(৯৮) মী অমনা ঈশ্বরদগী কয়াম লাপ্পা লৈবগে হায়বসি মশানা মশাদগী লাপ্পা অদুগা চপ মান্নে।

(৯৯) মিকুপ অসিদগী অফবা ওইরগে, মিনুংশি চেনবা ওইরগে হায়না নপুক্লিং লেপলো। নঙবু য়াইফনবা খল্লিবা ময়ামদুগী পেন্নবা নথৌ হরাওনা, নিংথিনা তৌরো। নঙনা তৌখিবা অরানবা থবকশিংদুগীদমক নঙনা অনুতাপ

তৌরবদি মদুমক্না ঈশ্বরবু পেলহনগনি অমসুং মহাক্না নঙবু ঙাকপিগনি। নহাক্না হেন্না ফবা অনৌবা পুন্সি অমা ওইনবা হোৎনরবদি ঈশ্বরনা নঙোন্দা মাগী থৌজাল পিনবিগনি।

(১০০) প্রেমগা লোয়নননা লৈয়ু; প্রেমদা লৈয়ু; প্রেমগীদমক লৈয়ু। অদু ওইরবদি প্রেমশ্বরুপ ওইরিবা শ্রীভগবান্না নঙগী দরকার ওইবা পুম্নমক নঙনা হায়জদ্রবসু পিরক্কনি।

(১০১) নঙনা চহি অহল ওইরবা মতমদা অপান্বগী চাং হন্থনবা অমদি ইন্দ্রিয়শিং খুদুম চন্নবা হোৎনবদা নহাক্না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা য়াই, নত্রগা ফংদবসু য়াই। অমরোমদনা, চহি অঙাং ওইরিঙৈদগী ইন্দ্রিয় খুদুম চন্নবা হোৎনরবদি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবা হায়বসি শুকসোই শোয়দ্রবনি। নঙনা হেক ঙমজবর্মখে হোৎনবদা ঙমদ্রবদি ঐবু কৌরকউ। ঐহাক মতম পুম্নমক্তা ঐগী থৌজালনা নঙনা হোৎনজরিবদুদা নপাঙ্গল, নথৌনা হাপ্নবা থৌরাং তৌদুনা লৈরিবনি। ঈশ্বরগী থৌজালদা থাজবা থমউ; তানশিল্লু, তুংশিল্লু। কন্নিংবা মপাঙ্গল কল্লবা নোংলৈ-নুংশিৎ লাকপদা অমাঙ-অতা লৈতনা, অশোক-অপন য়াওদনা হিংহৌবা ঙমগনি। ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বসিনা খ্বাইদগী চাউবা নরলনি। পুন্সিগী পান্দমদি ঈশ্বরগী থৌজাল তানশিনবনা ওইগদবনি। মশানা হোৎনজবগা ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবগা অনি অসি অমনা অমগী মথা পোন্নে। হোৎনদ্রবদি থৌজাল ফংলোয়, থৌজাল য়াওদ্রবসু হোৎনবদু মপুং ফাবা ঙমদে। থৌজাল ফংনবগীদমক 'থাজবা' অমসুং 'ধর্ম্ম লৈবা' চঙই।

(১০২) ঈশ্বরগী থৌজাল ফংনবা খ্বাইদগী ফরবা অমসুং শোয়দ্রবা লম্বিদি ঈশ্বরগী মিংথৈরোল শক-শোনবনি — নাম-স্মরন্ তৌবনি। মীওইবগী পুক্লিংগী অমাংবা, অমোৎপা, ব্রাখল পুম্নমক চুমথোক্নবগী অমসুং শেঙদোক্নবগী খ্বাইদগী ফরবা উপায়দি মীওইবগী ব্রাখলনা নত্রগা লৌশিংনা পুথোকচবা ঈশ্বরগী মমিং লিশিং কয়াগী মরক্তগী অমতংবু তত্তনা শোনজবনা ওইগনি।

(১০৩) ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিক — শাস্ত্রদা হৌজিক্কি মতম হায়বদি কলি-যুগ অসে অরান খুভম ফংনবা লম্বি থিজবগী খ্বাইদগী ফরবা মতম্নি হায়না ইরি। হৌথিবা মমাংগী যুগ কয়াদদি অরান-খুভম ফংনবগীদমক মরু হকপা,

অকনবা লায়নিং-লায়শোল্ তৌহল্লমই; ঙসিগী নঙনা লৈরিবা কলি যুগ অসিদদি পুক্নিং চঙনা, থৱাই য়াওনা, নাম্-স্মরন্ তৌজবা খক্তনসু অরান্-খুভম্ ফংবা ঙমলে। নহাক্না তৌজরিবা সাধনা পুন্নমক অদুগী ফলদি মিংথৈরোল শোঞ্জবা অদুতনসু অদুম ফংজরগনি।

(১০৪) ঈশ্বরবু য়াম্না থাপ্না থন্নগা হায়বদি য়াম্না লাপ্পদা লৈবগুম খল্লগা, "ইবুংঙো নহাক্তি পুন্নমক খঙবি-উবিবনি, শক্তি পুন্নমক্কি তুংনফমনি, মফম পুন্নমক্তা শিন-থুংনা লৈবনি" হায়না থাগৎপতনা মহাকপু পেলহনবা ঙমলোই। ঈশ্বরদি য়াম্না নক্না, হেক হকথেংননা, অমতা ওইনা লৈরিবনি হায়বা ৱাখল অসি ফাওহল্লু/পোকহল্লু।

(১০৫) ব্রাহমম, – ঈশ্বর মশক খঙজনবা, নূংগী মিৎয়েং ঙমজনবা অহুমশুবা মিৎ ওইনা গায়ত্রি মন্ত্রসি পিনরিবনি। মীওইবগী খ্বাইদগী লীরবা, কুইরবা অশেঙবা লাইরিক - বেদ-দা ইবিরম্লবা জগৎ পুন্নমক্না শোঞ্জবা য়ারবা মন্ত্রনি, লায়শোন্নি। মহৌশানা ত্রি-সনধ্যাদা হায়বদি অয়ুক অঙনবা, নুমিৎ য়ুংবা অমদি য়াচংবদা শোন্নে। অদুবু ঈশ্বরদি মতমগী ৱাংমদা লৈবনি। শোন্নিংবা নফমদা, মতমদা শোঞ্জবা য়াই। ঈরুজবা অমসুং তুমলমদাইদাশোনবসু ফৈ। মশিং লৈতে, ঙমলিবমখৈ শোল্লু, মদুনা হকচাংগী, পুক্নিংগী, অমসুং আত্মাগী ঈংনা লৈনবগীনি।

গায়ত্রি মন্ত্রসে শুকথা থাদোক্কনু, অতৈ মন্ত্রদি নঙনা খর নাকোয়নবা নত্রগা থাদোকপা য়াই, অদুবু গায়ত্রি মন্ত্রসিদি নোংমদা য়ামদ্রবদা তঙাইফদনা খরদি শোল্লু। মসিনা অকায়-অতোয়দগী কনবিগনি – নঙনা চৎলবসু, থবক তৌরবসু নত্রগা য়ুমদা লৈরবসু। উচ্চারন চুন্না শোঞ্জরবদি নঙগী অকোয়বদুদা মঙাল অমা ফাওরক্কনি; ৱাফমসিমক নোংচুপ লৈবাক্কী সাদকাশিংনা মশানা থেংনজখ্রবনি।

(১০৬) ভক্ত অমনা ঈশ্বরবু থিজরকপদি মফম খুদিংমক্তা য়াম্না ৱাদনা ফংবা ঙমই। তশেংনমক ঈশ্বরনা ভক্ত অমা থিরকপদি ফংবদা য়াম্না ৱাই, নিংহন্নবা লৈতনা ঈশ্বরদা চপচানা থাজরবা, পুরা কৎথোক্লবা, চংজরবা ভক্ত থিবদা ৱাই। শ্বোর হোনবনা অরেপ্পা লৈতনা চত্থবগুম অমসুং হিংনবগী লম্বিদা তঙাইফদবা ওইবগুম, তত্তনা থৱাই য়াওনা, পুক্নিং চংনা নাম-স্মরন্

তৌবা খক্তনা অসিগুম্বা থাজবা অমসুং পুরা কৎথোকপগী, চংজবগী ব্রাখল্লোনসি ফাওহল্লকদবনি।

(১০৭) মীওইবগী থম্মোয় মনুংদা অহাণ্ডবা অতিয়া অমা লৈ। ঐখোয়না উরিবা মপানথোংগী সংসারগী অতিয়াদা নুমিৎ অমসুং থাবু লৈচিন মপৈনা লোৎশিনবগুম মনুংগী সংসারদসু নুমিৎ (লৌশিং) অমসুং থা (পুক্নিং) বু পাপ অমসুং ফত্তবা ব্রাখলগী থারবা লৈচিন্না লোৎশিন্দুনা থমই। অসিগুম্বা লৈচিন মপৈ অসিবু ঈশ্বরদা লৈজবা অকনবা ভক্তিগী ঈচেল অদুনা হুমদোকহনখো।

(১০৮) নাম স্মরন্ তৌবগী সাধনা – খোঙজং অসি অহল ওইবা ঙাইগনু। নাম স্মরন্ তৌবা অসিদি অহল ওইরগা তৌগদবনি হায়না মচাশিংদা তাকপিবা মপা-মমা খর লৈ। চুম্না হৌবা পাম্বি মচানা অচুম্বা উজাও ওইরকই, খোয়না হৌখিবা পাম্বি মচানা অচুম্বা উ খক ওইরক্তে। অদুনা সাধনা অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌগদবনি।

ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি ওঁ শান্তি

## সাধকা অমনা পুক্লিংগী চিংনবা অমসুং অমম্বা কোক্লবা হংলকপা ৱাহং খরগী পাওখুম ঃ—

***১বা ৱাহং ঃ ওইদবা-মীনম্বতনা থল্লবা ঙসিগী সংসার অসিদা কনাবু অশেংবনি হায়না থাজগনি ? কনাবুনা থাজরোই ?***

***পাওখুম*** ঃ হৌজিক্কি সংসার নত্রগা অতোপ্পা সংসার অমদা কনাবু অমুক থাজরুবগী দরকার লৈখিগনি। অহানবদা নশাবু চপচানা থাজরো। মদু ওইরবদি অফবা নত্রগা ফত্তবনা নহাকপু করি অমতা শোকহনবা ঙম্লরোই।

***২শুবা ৱাহং ঃ ঈশ্বরদা লৈরম্বা থাজবসি করিগুম্বদা হেক হেক হন্থরকপসি করিননো ?***

***পাওখুম*** ঃ সংসারগী ওইবা করিসু লৈতবা পোৎশক অমদা হেক পামশিল্লুরগা মদু হেক ফংলক্তবদা ঈশ্বরদা থাজরম্বদু হন্থরকই। অদুনা মসিগুবা অপাম্বসি থাদোকউ। ঈশ্বরগা আধ্যাত্মিক্কি মরী লৈননবা অপাম্বদু লৈয়ু।

***৩শুবা ৱাহং ঃ কনাবু গুরুনি হায়না খল্লগা সংসারগী ঈপাকসিদা মাগী য়াথংবু ইল্লগা চৎকনি ?***

***পাওখুম*** ঃ গুরু থিবদা তহা-তহাগনু। পরমাত্মাবু গুরুনি অমসুং ঈশ্বরনি হায়না নিংজৌ। নঙনা য়াম্না অচেৎপা থাজবগা লোয়নননা পরমাত্মাবু গুরুনি হায়না অশেংবা প্রেমগা লোয়নননা সাধনা তৌজরবদি ঈশ্বর মশামক্লা নমাংদা থোরক্তুনা দর্শন পিবিবগা লোয়নননা গুরু অমগুম্না পাওতাকসু পিবিরগনি; নত্রগনা মহাক্লা আর্শিবাদ পিবিদুনা অথোইবা গুরু-সদগুরু অমগা উনহনবিগনি।

***৪শুবা ৱাহং ঃ*** অশেংবা ভক্ত অমনা করম্বা শাজৎ চৎকনি ?

***পাওখুম*** ঃ অশেংবা ভক্তদি তুমিন্না লৈগনি। মীগা চিন্দা-পৌদানবা তৌরোই। মতম খুদিংমক্তা মাগী মরৈদা (Tongue) শ্রীভগবানগী মতিক মগুন্তবু শোনগনি। মমল য়ামদবা ধাতুতনা হায়বদি পিত্রাইগুম্বতনা মখোল হৌগনি, মমল য়াম্বা সনাগুম্বা ধাতুনা মখোল হৌরোই। অদুনা মমল

য়াওদবা মীনা ঙাঙবা তারুগনু, মদুগী মহুত্তা ঈশ্বরগী মিংখৈতনা ননাকোঙ অদু থলহল্লু।

*৫শুবা ৱাহং ঃ অকক্লবা শকওং নত্রগা মমিং লৈতবা পরমাত্মানা মশিং লাকঙমদ্রবা শক্তমদা অমদি মমিংদা দর্শন পিবিরি অমদি কৌনরি। শক্তম পুম্নমক অমসুং মমিং পুম্নমক চপ মান্নব্রা ?*

*পাওখুম* ঃ মমিং পুম্নমক অমসুং শক্তম পুম্নমক চপ মান্নে। মানা-মানা পামজনা ঈরাৎচরিবা শক্তম অমসুং মমিং অদুদা দর্শন অদুম পিনবি। ঐনা কৌজরিবা মমিং অমসুং লাৎচরিবা শক্তম-মুর্ত্তি অদুদা মহাকপু ফংজবা ঙমই। তৌবদদি অরান-খুভম নত্রগা মুক্তি ফংজগে হায়বা ৱাখল অদুমতংদি চপচানা লৈগদবনি; ঈশ্বরতবু নুংশিগদবনি; ঈশ্বরতবু খনগদবনি; ঈশ্বরদা তিনজগে হায়বা অরেপ্পা ৱাখল - পুক্লিং লৈগদবনি।

*৬শুবা ৱাহং ঃ শ্রীভগবানগী অখন্নরবা থৌজাল, কৃপা অমদি শেঙলবা চরন-থম্বাল ফংজগে হায়রবদি ঐখোয়না করি গুণ, করম্বা লমচৎ-ব্যবহার অমদি করি থবক তৌবা তাবগে ?*

*পাওখুম* ঃ ৱাহং অসিদা তোঙান তোঙানবা ৱাফম কয়া য়াওখ্রবনিনা ৱাহৈ অমতনা পুম্নমক শুপচিনবদি য়াররোই। অদুনা য়াম্না মরুওইবা, মণিগুম্লবা ৱাফম খর হায়গে, মুন্না তাও, নশানা থবক ওইনা পাঙথোক্কুনা নিংথিরবা মণি পরেং অসিনা নশাবু ফজহল্লু ঃ

১) প্রেম – নুংশিবা হায়বসি নশাগী থৱাইমক্লি (lifebreath) খল্লু।

২) জীবা খুদিংমক্তা চপ মান্ননা লৈরিবা প্রেম অদুমক পরমাত্মানি থাজৌ।

৩) পরমাত্মা হায়বসি অমখক্তনি, মদু জীবা খুদিংমক্তা প্রেমগী মশক ওইনা লৈ।

৪) প্রেমগী তোঙানবা শকলোন কয়াগী মনুংদা মীওইবগী ইহান হানবা খোঙথাংদি মাগী প্রেম অদু ঈশ্বরদা লেঙদনা থম্বা অদুনা ওইগদবনি।

৫) ঈশ্বরগী মফমদা থল্লিবা অসিগুম্বা প্রেম অসিবুনি ভক্তি হায়রিবসি।

৬) আত্মাগী চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা ফংনিংলিবা কাংবুনা ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইনবা তান্নরোইদবনি।

৭) শ্বর হোনবনা পুন্সি হিংনবগী থাদোকপা য়াদবগুম 'অচুম্বা' হায়বসি থাদোকলোইদবনি।

৮) শ্বর হোন্দ্রবা হকচাংনা কান্নদ্রবগুম হায়বদি নমথিবা, পুমথরকপা ওইরকপগুম, 'অচুম্বা' য়াওদ্রবা পুন্সিদুদি কান্নদ্রে, অৱা অনা পুম্নমক্কি তুংনফম্ ওইরে।

৯) অচুম্বদগী হেন্না চাউবা, হেন্না মমল য়াম্বা, হেন্না থুম্বা অমসুং হেন্না তুংকোইবা পোৎশক অমা লৈত্রে হায়বসি থাজরো।

১০) অচুম্বা হায়বসি পুম্নমকপু কনবিরিবা ঈশ্বরদুনি। মসিদগী হেন্না মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা গারদিয়ান অমমুক লৈত্রে।

১১) খম্মোয়দা নুংশিবা-প্রেম চেল্লিবা অমসুং অচুম্বা ঙাঙ্লিবা মনায় ভক্তশিংদা সত্যশ্বরুপ ওইরিবা শ্রীভগবান্না মাগী দর্শন পিনবি।

১২) জীব পুম্নমক্তা হঙ্বা লৈত্রবা মিনুংশি লৈয়ু, কৎথোকপগী থৌনা লিংজেল লৈয়ু।

১৩) ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনশিল্লু, মক্রবা লমচৎ চৎলু, মীগী পোৎশক্তা পামশিনগনু (non-attachment)।

১৪) লৈনা (tongue) তোয়না হৈনজবা পাপ মরিদগী ঙাক শেন্দুনা লৈয়ু ঃ– ওইদবা ঙাঙ্বা, অতোপ্পবু ফত্তবা ঙাঙ্বা, মীৱা ঙাঙ্নবা অমসুং ৱায়াম ঙাঙ্বা।

১৫) মীওইবগী হকচাংনা পাঙথোকলিবা পাপ মঙাদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনরো। – (১) জীবা হাৎপা, (২) মীগী নুপি নত্রগা নুপা ঙাংনবা, (৩) হুরানবা, (৪) ময়াইকাবা নিশা থক্পা অমসুং (৫) শদুম চাবা।

১৬) পুক্লিং অসিনা পামজদুনা, মিতাদুনা লৈরিবা পাপ নিপাল অসিদগী লাপথোক্লা লৈনবা, তাখিদনবা, মিকুপ-নাহুম শিংনা লৈগদবনি। (১) কাম (অপাম্বা), (২) ক্রোধ (অশাওবা), (৩) লোভ (মিহৌবা), (৪) মোহ (পামশিনবা, ঐগী ওইগে খনবা), (৫) ঙাইঙমদবা, (৬) তুক্কচবা, (৭) অহম্কার অমসুং (৮) নাপল।

পাপশিং অসিদগী লাপথোক্লা লৈনবা হোৎনবনা সাধকা অমগী অহানবা মথৌ ওইগদবনি।

১৭) মীওইবগী পুক্লিং অসি য়াম্না য়াঙই। অরানবা থবক্তা য়াঙনা তান্নে। তাঞ্জা অদুদা অসিগুম্বা অরানবা থবক্তা চৎহন্দনা ঈশ্বরগী মিংখেরোল শোনবা, নত্রগা অতোপ্পা অফবা থবক খর পাঙথোক্লবা হোৎনৌ। মদু ঙম্লবা মীওইশিং অসি ঈশ্বরগী থৌজাল ফংবদা মতিক চারবা ঙাক্তা শোয়দনা ওইরগদবনি।

১৮) মীগী নুংঙাই য়াইফবা উরগা ফাওরকপা কল্লক-মিহৌবা, অমদি মাঙনবা তৌগে খল্লকপা ব্রাখল থাদোকউ। মীগী নুংঙাই-য়াইফবদা নঙসু হরাও-তয়ামউ; অৱাবা তারবশিং উরগা মিনুংশি লৈয়ু; মখোয়দ নুংঙাই-য়াইফরসনু খল্লু। ব্রাখল অসি ঈশ্বরদা নুংশিবা-প্রেম পোকহন্নবগী উপাই অমনি।

১৯) মীওইবনা দরকার লৈরিবসে 'খাঙবা কনবা' হায়বা পাঙ্গল অদুতনি।

২০) হরাও-তয়াম্না লৈনিংবা কাংবুনা মতম পুম্নমক্তা অফবা থবক খক্তা তৌদুনা লৈগদবনি।

২১) অশাওববু নুংশিবনা, পামশিনববু ব্রাখলগী বিচারনা ওইদববু অওইবনা, ফত্তববু অফবনা, পিথোক্লিংদববু দান তৌবনা . . . জয় তৌবসিনা হেন্না অরায়বা থবক্নি।

২২) ফত্তবা মীনা ঙাঙলকপা ব্রাঙাংগী পাওখুম পিরুনু। মখোয়দগী লাপ্না লৈয়ু; মরী লৈনকনু, মদুনা নঙগী অফবা ওইগনি।

২৩) নঙগী ইজ্জৎ-সনমান অমসুং পুন্সি কৎথোকপা দরকার লৈরবা ফাওবদা অফবা মীগা তিন্ননবা হোৎনৌ, তৌবদদি অফবা মীশক অদু চুম্না খনবা ঙম্নবা ব্রাখল অচুম্বা পিবিনবা ঈশ্বরদা মঙ্গল নিজৌ। নঙোন্দা লৈজরিবা লৌশিং অদুনসু মদু খংনবা হোৎনগদবনি।

২৪) লৈবাক য়াম্না জয় তৌবগী মিংচৎ চাউনা ফংলবা কাংবু অদুবু মথৌনা লৈরবা - "হেরো" - হায়না ব্যবহার তৌনৈ। অদুবু ইন্দ্রিয়বু খুদুম চনবা ঙম্লবা মীশক অদুদি জগৎ অসিবু জয় তৌরবা মীশক্নি হায়না পুম্নমক্না ব্যবহার তৌনগনি।

২৫) অফবা ওইরো, ফত্তবা ওইরো মীওইবনা তৌরিবা থবক খুদিংমক্কি ফলনা মাবু কোয়তান তান্নরক্কনি, খক থাদোকলোই।

২৬) মিহৌবনা – করাম চাউবনা অৱাবা খত্তা পিগনি, পেন্‌থোকপনা খ্বাইদগী হেন্না ফবনি।

২৭) মীগী ফত্তনবা তৌগে খনবা ৱাখলদু মরু ফংনা ফুক্তুনা মাঙহনখিগদবনি। নত্রবদি মদুনসু পুন্সিবু মমল হন্থহনগনি।

২৮) অমাঙবা অমসুং অৱাবা অনিমক্তা উইন-কনবগা লোয়ননা খাঙনবা হোৎনরো; নুংঙাইবা অমসুং অতোংবা ফংনবগীদমক অতোপ্পা থৌরাং থিরো।

২৯) নহাকপু অশাওবনা লান্দারক্লবা মতমদা ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈনবা হোৎনৌ নত্রগা ঈশ্বরগী মমিং নিংশিংউ। অশাওবদু হেনগৎনবা মচাকশিংদু নিংশিংলুরগনু, মদুনা য়াম্না শাথিবা অমাঙ-অতা থোকহনগনি।

৩০) মিকুপ অসিমক্তদগী ফত্তবা লমচৎ পুম্নমক থাদোক্লো অমুক তপথবা নত্রগা য়েথোকপা তৌরগনু, মদুনা শম্না অমগী নুংঙাইবা পিরোই।

৩১) নহাক্লা হেক ঙমজবা শক্তিগী মনুংদা লায়রবশিংগী মতেং পাংনবা হোৎনৌ, মখোয় অদু তশেংনমক লায়রবা হায়বা ঈশ্বরদুমক্লি। নঙগী লৈজরিবা খরদু মখোয়দুগা চামিন্নদুনা ঙাইহাক্তংদুদা ওইরবসু পেলহল্লু, নুংঙাইহল্লু।

৩২) মীনা নঙোন্দা তৌহন্নিংদবা থবক অদু নঙনা মীঙোন্দা তৌরুগনু।

৩৩) নঙনা খঙদনা তৌখিবা অরানবা অমসুং পাপশিং অদুগী থম্মোয় শেঙনা অনুতাপ তৌ; মদু অমুক হন্না তৌদনবা হোৎনরো; অচুম্বা লম্বিদা তেক্ত কায়দনা চৎচবা ঙম্নবা পাঙ্গল থৌনা পিবিনবা ঈশ্বরদা হায়জৌ।

৩৪) নহাক্লা ঈশ্বর ফংনিংবগী হৈনিংবা অমসুং থৌরাংলিবা অদু মাঙহনখিবা য়াবা পোৎশক অমতা নশাদা নকশিনহনগনু। থৌরাংবা অদু মাঙখ্রবদি মীওইবগী পাঙ্গল পুম্নমক পৎথখ্রগনি।

৩৫) পাঙদবা মীতমবান ওইগনু; নুংঙাইবা থাদোক্কনু।

৩৬) মীনা থাগৎলগা ৱাংখৎকনু, চৈরগনা নিংবা কায়গনু।

৩৭) নঙগী মরুপশিংগী মরক্তা খৎন-চৈনবা য়াওরবদি হেন্না শাওহন্নবা, হেন্না তুক্কচহন্নবা তৌগনু; মদুগী মহুত্তা মখোয়গী হান্নগী মরুপ ওইবগী নুংশিনবা অদু হনজিনহন্নবা তৌ।

৩৮) মীগী মরাল থিবগী মহুত্তা নশানা নশাগী মরাল থিজৌ। মদু মরু ফুক্তুনা হুন্দোকখো। মীগী মরাল কয়া পুথোকপগী মহুত্তা নশাগী মরাল অমতং পুথোকচরবদি মদুনসু য়ারে।

৩৯) নঙনা পুন্য চেনবা নত্রগা অফবা থবকমক তৌবা ঙমদ্রবসু ফত্তবা নত্রগা পাপকী থবক তৌগনু, তৌগে হায়বসু খনগনু।

৪০) নশানদি লৈতে হায়না খনবা দোষ কয়া মীনা হায়রক্লবসু মদুগীদমক থোইনা নাচুংলুগনু; নশাদা লৈবা দোষকিদমক্তি মীনা হায়রক্ত্রিঙৈদা নশানা চুমথোক্লবা হোৎনৌ। নঙগী দোষ পুথোরকপা মীদুদা অশাওবা নত্রগা মলোম থমগনু, মদুগীদমক লমন শিংগনু, মদুগী মহুত্তা মঙোন্দা থাগৎপিয়ু। মীদুগী মরাল পুথোক্লবা হোৎনবনা নঙগী হেন্না চাউবা মরাল ওইগনি; নশাগী দোষতমক খংজবা, মীগী দোষ থিজিনদবনা ফৈ।

৪১) নহাক্কি অহাঙবা মতম খজিক্তং ফংবদা মদু কান্নদবা ৱারেম ঙাঙদুনা মাঙহনগনু, ঈশ্বরগী মরমদা নিংজদুনা নত্রগা মীগী কান্নগদবা থবক তৌদুনা মতম লেন্নবা হোৎনৌ।

৪২) ঈশ্বরদি মাগী ভক্তদনা খঙই অদুগা ভক্তশিংবুনা ঈশ্বরতনা খঙই, অতোপ্পনা খঙলোই। ঈশ্বরগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংসি ভক্তি লৈতবা মীশিংদুগা ৱারি শাগনু; মদুনা নঙগী ভক্তি অদুমক মযেং তাহল্লকপা য়াই।

৪৩) কনাগুম্বা অমনা হিরম অমদা নঙোন্দা ৱাফম খর হায়বদা মদু নঙনা লাল্লে খঙলবদি মাগী অরানবা ৱাখল অদোমদা চৎখিগনু; মানা ঙাঙলিবা অদুদগী লৌবা য়াবা অফবা ৱাফম খরতমক লৌশিন্নবা হোৎনৌ।

৪৪) মীয়াম তিনবা মফমদা নহাক্লা নপুক্লিং অনি লোঙদনা চাংয়েং তৌনিংলবদি অতৈ কনা অমতদা হন্না য়েংলুরনু, নঙগী খুদোংথিবতং থোক্তনবা নমাংদা লৈরিবা লম্বি অদুতমক য়েংউ।

৪৫) নঙগী গুরু অমসুং ঈশ্বরদা চিংনবা পুম্নমক থাদোকলো। সংস্যারগী ওইবা নঙগী অপাম্বা থুংলক্ত্রবদা নঙগী লায়নিংদা – ভক্তিদা মরাল পিগনু; অপাম্বা অদুগা ঈশ্বরদা লৈরিবা ভক্তি অদুগা মরী লৈনদে। সংসারগী ওইবা অপাম্বশিংসিদি নোংম নত্রগা নোংমদি শোয়দনা থাদোক্লরগদবনি; অদুগা ভক্তিগী ৱাখল অসিসু নোংম নত্রগা নোংমদি শোয়দনা পোকলকখিগদবনি। মসিমদি চপচানা থাজরো।

৪৬) নঙনা ধ্যান তৌজবদা নত্রগা ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোঞ্জবদা মতিকচানা খুমাং চাওশিল্লক্তে হায়দুনা নত্রগা নঙনা পামজবা ফল অদু মপুং ফাদে হায়দুনা নিংহন্নগনু। ধ্যান তৌরিঙৈদা অমদি মিংখৈরোল শোল্লিঙৈদা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লবদি মদু নঙগী সাধনাদা অকায়বা লৈবননি খল্লগা চুমথোক্লবা হোৎনৌ।

অসুম্না নঙগী নুংতিগী লেল্লিবা পুন্সিদা অমদি তৌথোরকপা থবক খুদিংদা মথক্তা পিখ্রিবা ৱাখল্লোন অসিগী মতুংইন্না চৎথরবদি লায়না ঈশ্বর ফংগনি। ৱাফমশিং অসি চেৎনা পায়রো। নিংথিনা শায়রো; ৱাহৈগী মিথাইশিং অসি তুমহল্লো, পুন্সিদা নুংঙাইরো।

***৭শুবা ৱাহং ঃ*** *ঐখোয়না অরানবা থবক অমা তৌখিবগীদমক ঙাকপিনবা হায়জগদ্রা ?*

***পাওখুম*** ঃ হায়জরোই। অরানবা তৌখিবগীসু হায়জরোই, অচুম্বা তৌখিবগীসু মহৈ নিরোইদবনি। অচুম্বা তৌবা হায়বসিদি মীওইবগী মথৌনি; মদুগীদি মশাগী ফল অদুম লৈজরবনি। মদুদগী হেনবা অতে মহৈ করি অমুক লৈরিবগে ? তৌফম থোকপা নথৌ তৌখিবগী নুংঙাইবা অদুমক নঙগী মনানি। অরানবা তৌবা হায়বসি মীওইবগী মথৌগী ৱাংমদনি, মদুগীদমক মতুং অমুক তৌদনবা অশেংবা লৌশিং, পাঙ্গল পিবিনবা ঈশ্বরদা অনুতাপকা লোয়ননা প্রার্থনা তৌজগদবনি। মসিগী ৱাংমদদি ঈশ্বরগী থৌজালদা লৈরে, — দন্দি পিবা, কনবিবা, ঙাকপিবা নত্রগা চুমথোকপিবা।

***৮শুবা ৱাহং ঃ*** *প্রকৃতিবু কমদৌনা পরমাত্মানি হায়রিবনো ? নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক, চীং, লৈবাক, উনচিংবা ময়াম ওইনা উরিবা — প্রপঞ্চ ওইনা উরিবা, সংসার অসিবু থাদোক্লবা হায়বিরগা করম্না পরমাত্মানি হায়গদৌরিবনো ?*

***পাওখুম*** ঃ অচুম্বনি, চিংনফম থোকই। অদুবু মুন্না খন্থরবদি নহাক্না উরিবা পুম্নমক্তু পরমাত্মাগুম ওইনা নিংগনি। ফি হায়বসি লং য়াওদ্রবদি শাবা য়াদে, অদুনা লং হায়বসি তঙাইফদনা চংই। তশেংবমক্তি পুম্নমক লংগাক্তনি, অদু ওইরবসু ফিবু লং কৌবদি য়াদে, লংবু ফি কৌবদি চুমদে। অনিসিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অদুমক্তি প্রকৃতিগা পরমাত্মাগা লৈনরিবা মরীসি। পরমাত্মানা লংনি, প্রকৃতিনা ফিনি। পরমাত্মানা প্রকৃতি ওইখিবনি। অনি অসি তোঙান্নদে।

*৯শুবা ৱাহং : লাইবক্নবু তমখ্রবদি পুম্নমক মশানা অদুম লাকচরগদবা নত্রা ?*

*পাওখুম* : ৱাফম অদু য়াম্না চাউবা অরানবা অমনি। নখুত্তা উঁহে অমা পায়রগা তুমিন্না ফমদুনা লৈরবদি করম্না উঁহেদুগী মহিদু নয়াদা য়ৌরক্কদৌরিবনো ? উঁহে অদু শুমদুনা থক্লবা হোৎনদ্রগা লাইবক্না থক্কনু তমখ্রবনি খল্লবদি অপংবগী ৱানি। লাইবক্না উঁহে অদু নখুত্তা ফংহনবিখ্রে, মখাতাবা মহি থকপগী থবক অদুদি নঙগী কর্ম্মগী ফলনা ওইগদবনি। কর্ম্ম হায়বসি তৌফম থোকপা নথৌনি, লাইবক হায়বদুনা মদুগী ফলনি। থবক তৌদনা ফল তাহনবা ঙমদে। ওইনিংবা থাক্কি মী ওইসনু, মহাক কর্ম্ম অমা নত্রগা অমদি তৌদুনা লৈগদবনি। কর্ম্ম হায়বসি প্রকৃতিগী মগুণ (characteristic) অমনি।

*১০শুবা ৱাহং : মোক্ষ কদাইবু কৌবগে ? অদুগা মুক্তি হায়বসিনা করিনো ?*

*পাওখুম* : অনিমক অমতনি। থৱাই হায়বসি পুক্লিংনা পোৎলুম অমা ওইনা ননশিনদুনা লৈ। পুক্লিং অমসুং মশাদগী পুথোকচবা মমিং অমসুং শকওং কয়াবু মাঙহল্লবা মতমদা থৱাইনা মোক্ষা ফংই। অদুদগীদি ব্রহমম্‌গা অমতা ওইখ্রে। গঙ্গা নত্রগা গোদাবরি তুরেলনা সমুদ্রদা তিনখ্রবদা মাগী তোপ-তোপ্পা লৈজরম্বা মমিং, মওং, মহাও-নচিংবা পুম্নমক মাঙখিদুনা সমুদ্র মশাগী মমিং, মওং, মহাও লৌখ্রে।

থৱাই – জীব, অসিনা পুক্লিংগী অরোইবা থাক অদু য়ৌদ্রিমখৈদি "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা মমিং, মওং, মতৌ কয়া লৈরম্বদু চাংজৌ নায়দ্রবা সমুদ্রগী মনাক য়ৌশিল্লকপদগীদি খর খর তপ্না তপ্না মাঙশিল্লকই। মশাগা লোয়নজরম্বা সত, রজ, তম - গুণ অমদি পুক্লিংগী লৈকোন্না লৈরক্ত্রবদা থৱাইগা ব্রাহমম্‌গা তিন্নখিবদু মপুং ফাখ্রে হায়না লৌগনি। মদুবু সায়ুজ্যমুক্তি হায়না খঙনৈ।

*১১শুবা ৱাহং : মথক্কি ৱাফম অসিনা তাক্লিবদি "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ৱাফম অসি পুক্লিংদগী লৌথোকখিগদবনি হায়বা নত্রা ?*

*পাওখুম* : নঙনা থৌজালগী ঈরিক অদুবু থিজরবদি মদুগী লম্বিদা লৈরিবা অপাম্বা খুদিংমক লৌথোক্লবা হোৎনগদবনি। নঙনা

নিংশিংগদবদি — মদু নওনা হৌজিক লৌথোক্লবা হোৎনদ্রবসু মতুংদা নোংমদি শোয়দনা হোৎননিংলকখিগনি, অনিংবা অদুদগী নঙ নাম্বোকপা ঙমলোই। নোংমদি শোয়দনা থোক্লরগদবনি, ময়াগী পোৎলুম ময়ামসে নোংমদি লোয়না লংথোরকখিগদবনি, থাদোরকখিগদবনি। অদুগুম্বা নুংঙাইরবা তাঞ্জা হায়বদি অরান-খুভম ফংজনবা তাঞ্জা অমা ফংগদবদু করিগী অমুক পম্বগদৌরিবনো, য়েথোকখিগদৌরিবনো ? পম্বরনু, ঙসিদগী হৌরো, নত্তে, মিকুপ অসিমক্তগী হৌরো। অদুগনে, য়াম্না কা হেনবা খোঙজংদা চংশিনগনু, চাং নায়না, খাঙবা কনবগা লোয়ননা হোৎনগদবনি।

***১২শুবা ৱাহং*** : *পোৎশক খুদিংমক্তা আত্মা লৈ হায়বিরবনিনা অশিবা হকচাং অমদা আত্মা লৈব্রা ?*

***পাওখুম*** : নহাক্লা 'ঐ' হায়বা পোৎশক অমা লৈ হায়বা খঙলিবসি তুম্বদগী হেক হৌগৎলক্লবা মতমদতনি, য়াম্না নুংঙাইনা তুমলিঁঙৈদদি খঙদে। মতৌ অসুম্না অশিবা হকচাং অমদসু আত্মা লৈ।

***১৩শুবা ৱাহং*** : *অদু ওইরবদি আত্মা অদু লৈরিঁঙৈদা করম্না শিবা হায়বদু ওইগদৌরিবনো ? অশিবা হকচাং কৌগদৌরিবনো ?*

***পাওখুম*** : নহাক্লা মুন্না থিরবদি খঙগনি মদুদি অশিবা অমসুং অহিংবা হায়বসি লৈতে। চৎলি-লেঙলিবা পোৎশক অমবু অহিংবা কৌই। অদুগা লেঙদনা লৈরবা অমবু অশিবা কৌই। মঙদা ঐখোয়না অহিংবা অমসুং অশিবা কয়া উই; হৌগৎলকপদা অমতা লৈরমদে। মতৌ অসুম্না সংসার অসি অহিংবসু, অশিবসু অমতা লৈতে। শিবা হায়বসি 'ঐ' হায়বা পোৎশক অমা লৈরম্বদগী সুম-সুম মমি শামথখিবা হায়বদি মাঙথখিবা অদুবুনি; পোকপা হায়বসিনা 'ঐ' হায়বা ৱাখলদু খর খর সুম অমুক ফাওরকপা অদুবুনি।

***১৪শুব ৱাহং*** : *সৎচিদানন্দ হায়বসি করিনো ?*

***পাওখুম*** : আত্মা মশামক অসিবু সৎচিদানন্দা কৌই; মরমদি মাগী মওং-মতৌসি "অস্তি - ভাতি - প্রিয়ম" ওইবননি। ৱাফম অসি খর শন্দোক্লা হায়রগনা — নংনা সিনেমা য়েংবদা পিকচর পুম্নমক স্ক্রিন মথক্তা লৈ, মদু "অস্তি" নি, মদু কনানা উই, কনানা খঙই ? "নঙ" ননি, মদু ভাতিনি; পিকচর-দৃশ্য অদুদা থোরকলিবা, চৎথ্রিবা শক্তম - মমিং মওং পুম্নমক প্রিয়মনি। মতাং অসিদা নঙনা নিংশিংগদবা ৱাফম অমনা উরিবা দৃশ্য পুম্নমক্তু

পিক্লবা মখুল মচা অমদগী থোরকপা মঙালননি; মঙাল্ অদু মায়গৈ পুন্নমক্তগী চংলক্লবদি মদুনা থুমহংখিদুনা উবা ফংলোই।

মতৌ অসুম্না নহাক্না সংসার অসিবু নঙগী পুক্নিংগী খুরবা মখুল অমদগী য়েংলবদি মখল মথেল কয়াগী মচুশিংদু উবা ফংগনি। নঙগী আত্মাজ্ঞান অদুনা আত্মা ফাওনা য়েংলগদি মপাল নায়দ্রবা মঙাল অমা উগনি, তোঙান-তোঙানবা পিকচরশিংদু অমতা উররোই, হায়বদি পুন্নমক অমতা ওইখ্রবা, খাইদোক-খাইজিন য়াদ্রবা ব্রাহমম্ অদু ওইনা উরগনি।

*১৫শুবা ৱাহং - ব্রাহমম্বু অস্তি-ভাতি-প্রিয়ম-নি হায়রিবসি করম্ননো ? করম্না লৈনরিবা মরীনো ?*

***পাওখুম*** : অস্তি হায়বদি ওইরিবদুবুনি, ভাতি হায়বদি ঙাল্লিবদুবুনি, প্রিয়ম হায়বদি হরাও-নুংঙাইবা পাম্বা, পেলহনবা ঙম্বা অদুবুনি; নঙোন্দা প্রিয়ম ওইরিবা পুন্নমক অদু ব্রাহমম্-নি।

*১৬শুবা ৱাহং : ঈশ্বর ফংনবা লম্বিদা হৌজিক্কি অপনবা ওইরিবসি করি-করিননো ? করম্না কোকহনগনি ?*

***পাওখুম*** : ঈশ্বর ফংনবগী লম্বিদা হৌজিক খুরৌ থাংহল্লিবসি মখাগী মরি অসিননি।

১) ইন্দ্রিয়গী পোৎশিংদা পামশিনবা – attachment to sense objects, – পোৎশক খর উরুবদগী মদুনা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মিহৌহন্দুনা পোৎশক অদুবু ফংনবা তান্নহনবা।

২) গুরুনা পিবা পাওতাকশিংদা হঙ্গোয়নিংঙাই ওইবা নত্রগা তুক্কচনিংঙাই ওইবা মোত পিবা।

৩) ভাব তাবা ৱাৎপা হায়বদি গুরুনা তাকপিবা ৱাফমশিংদা মপুংফানা অর্থ লৌশিনবা ঙমদবা,

৪) কান্নদবা নাপল – হায়বদি ঐদি হৈরবনি, পাণ্ডিতনি, অৱাংবা থাক্কি লাইনিংবনি . . . হায়বনচিংবা কান্নদবা নাপলগা লোয়ননা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিং অসিবু আত্মা ওইনা খনবা অসিননি।

তুংগী ওইনা অপনবা ওইগদবসিনা পাপকি থবক তৌবনা ওইগনি। ঐখোয় খঙহন্দনা লাক্কনি, লম্বি অদুদা অকায়বা পিরগনি।

সাধনা অসিগা হায়বদি খোঙজং অসিগা চুনবা কর্ম্ম খর তৌরগা খুরৌ চেল্লিবশিংসি কোকহনবা ঙমগনি। ইন্দ্রিয়গী অপাম্বশিংদগী ঙাকথোক্লবগীদমক সম, দম, উপরাতি অমসুং তিতিক্ষা হায়বদি অসেংবা ৱাখল, ইশাবু খুদম চনশিনবা, অপামবা থাদোকপা, অমসুং অৱাবা খাঙবা ঙম্বগী গুণশিং অসি ইশাদা পোকহল্লগা ঙমগনি। ভাব-তাবা ঙমদবা অদুনা গুরুগী ৱাফম অদু হন্না-হন্না তারগা মুন্না খন্থগনি, মদুনা হঙ্গোয়নিংঙাই ওইবা মোত (cynical criticism) পিরম্বদু তোকহনখিগনি; অদুগা য়াম্না হৈরবনি, শিঙলবনি, পণ্ডিতনি . . . হায়বনচিংবা কান্নদবা নাপলশিংদুসু (Absurd conceit) মানা ফংজরক্লিবা জ্ঞান অদুনা কোকহনখিগনি।

*১৭শুবা ৱাহং : শ্রীভগবানগী নাক্ত য়ৌজবসিবু অচুম্বা লম্বি, ধর্ম্মগী লম্বি, প্রেমগী লম্বি, মীওইবগী সেবাগী লম্বিশিং অসিনা ফংবা ঙমগদ্রা ?*

*পাওখুম* : হায়রিবা ৱাফমশিংসি ইচম-চম্বা, অরায়বা ৱাফম নত্তে, ৱাফমশিং অসিবু ইনবা ঙম্বা কাংবু অদু ভগবানগী লৈফম অদু য়ৌশিনবদি ঙমলগনি, তৌবদদি খেন্নবা অমদি লৈগনি। হায়রিবা গুণশিং অসি লৈরবা ভক্তশিংদু ভগবানগী মরুপতি ওইরগনি, অদুগা মমিং অমসুং শক্তমদুদা ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা চংজরবা মীওইশিং অদুনা ভগবানগী নক্লবা মরী-মতা ওইনা লৈগনি। ভগবানগী মিংখৈরোল শোঞ্জবা অমদি ইরাৎচরিবা মুর্ত্তি-রুপ অদুনা সাধকা অদুগী মশাদা লৈরম্বা দোয মচা-মশুশিংদু মাংহনখ্রগনি।

*১৮শুবা ৱাহং : করম্বা মীওইবু সন্যাসি কৌগদগে ?*

*পাওখুম* : গেরুৱা ফিজোল শেৎপা, মশম-মনা শিৎ-নান্না কোকপা, অপাম্বদি থাদোক্তবা, মশাগী নত্রগা ইমুং-মনুংগী কান্নগদবা থবকশিং তৌরিবা মীওইশিং অদুবু সন্যাসি কৌবা য়াবা নত্তে। সন্যাসি হায়বদি অপাম্বা পুন্নমক থাদোক্লগা, মতম চুপ্পদা ঈশ্বরগী ৱাখলদতা লুপ্তুনা লৈরবা, চাবা, থকপা, তুম্বা মতম পুন্নমক্তা মতৌ করম্না ঈশ্বর ফংগদগে খনবগা লোয়ননা ঈশ্বর ফংনবা লম্বিদা দরকার ওইরিবা নিতি-নিয়ম পুন্নমক কায়দনা চৎলিবা মহাক অদুবু সন্যাসি কৌগনি।

*১৯শুবা ৱাহং : ধ্যান্ তৌরিঙৈদা ঈশ্বরগী শক্তম উবা ঙম্রা ?*

*পাওখুম* : তশেংনমক ঙমগনি। নহাক্না নিংজরিবা নত্রগা লাৎচরিবা নিংথিজরবা শ্রীভগবানগী শক্তম অদুদা পুক্নিং অনি লোঙদনা

চৎথরবদি হায়রিবা শক্তম অদুদা ঈশ্বরনা নহাকপু থৌজাল পিবিগনি। খোঙজং অদুদা হিরম কয়াদা অকায়বা পিরক্কনি; মতম অদুদা পুম্নমক অদু জয় তৌরগা নঙনা নিংজরিবা মুর্ত্তি অদু শুংথা-থাদোক্তনা লৈগদবনি লোয়ননা জগৎকি খুৎশেম পুম্নমকসি শক্তম অদুদা লোয়না তুংশিন্দুনা লৈরবনি হায়না খনগদবনি।

**২০শুবা ব্রাহং** : *করম্না অমদি মতম কয়াম কুইনা ধ্যান্ তৌরগা ঈশ্বর ফংজবা ঙমগদগে ?*

**পাওখুম** : ধ্যান তৌবা হায়বসি মিং উইশিল্লগা য়াং তিঙনা ফম্বা অদুতবু নত্তে। লাকঙম-ফাঙমদ্রবা পুক্লিং অসিবু লেঙহন্দনা, পুক্লিং চপ-য়ুংনা, নিংজরিবা নিংথিরবা শক্তম অদুদা রস পুম্নম্‌ক চুপচদুনা লৈগদবনি। নুমিৎ য়াম্না কুইনা নত্রগা মতম শাংনা ধ্যান তৌবনা হেক্তা ঈশ্বর ফংবা ওইথোক্তে। মপোক কয়াদসু ফংবা ঙমদবা য়াই। পুক্লিংবু চংবা ব্রাৎলবদি শুকওই ওইথোক্তে। অদুগা পুক্লিংবু চপ-চানা অনি লোঙদনা, থাজবা অমসুং ভক্তিগা লোয়ননা চৎথরবদি নুমিৎ খরনিগী মনুংদসু ফংবা ঙমগনি। পুম্নমক সাধকা অদুগী পুক্লিংগী ফিরেপ অমসুং খোঙজং অদুগী মখা পোল্লি। ধ্যানগী মতম হোংদোক হোংজিন তৌদনা, অচেৎপা পান্দম থল্লগা নিংহন্নদনা ধ্যান তৌরো, ঈশ্বর ফংলগনি।

**২১শুবা ব্রাহং** : *মিংনা তশেং-তশেংনা উরিবা, খোঙনা-খুৎনা হাকথেংননা থেংনরিবা জগৎ অসিবু ওইদবনি, মায়ানি হায়রিবসি কমদৌননো ?*

**পাওখুম** : জগৎ অসি লেঙদনা লৈবা ওইদবা মায়ানি। অনিশুবা য়াদ্রবা, অমতা ওইরিবা, মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈরিবা, সৎচিদানন্দগী মশক ওইরিবা পরব্রমহ অদুখক্তনা অওইবনি, অশেংবনি। স্কিন মথক্তা নত্রগা ফকলাং অমদা মী, শা-ঙা, উ-ম্বা, চীং-তুরেল . . . নচিংবা কয়া উবগুম্বনি, পুম্নমক অসি উরিঙৈদা অশেংবা ফক্লাং নত্রগা স্কিন অদুবুদি উদবগুম, মায়া শক্তিনা থৌরি মতৎ অমবু লিল ওইনা উহনবগুম, অজ্ঞান-না পরব্রমহবু উহন্দনা মায়া জগৎ অসিদবু উহনবনি।

**২২শুবা ব্রাহং** : *মীওইবনা কান্নদবদা নাপল নত্রগা অচাউরম্ কাবসি মখল কয়া শুবগে ?*

**পাওখুম** : মপুং ওইনা মখল মরিনি।

i) শাগৈগী চাউথোকচবা।
ii) লম লৈবগী চাউথোকচবা।
iii) পাঙ্গল ফরকপগী চাউথোকচবা।
iv) মঁহৈ-হৈবগী চাউথোকচবা।

অতোপ্পা মখল কয়া লৈরবসু মরিসিদা পুনশিনখিবা য়াই।

**২৩শুবা ৱাহং** : *মীওইবগী হকচাংদা লোক — মরোল ১৪মক লৈ হায়বসি চুম্বরা ? করি-করিনো ? কদায়-কদায়দা লৈবগে ?*

**পাওখুম** : চুমই। মখোয় অদুদি ১) ভু-লোক — খোঙদা লৈ; ২) ভুবর লোক — ঈশিং থোঙদা লৈ; ৩) সুবরঃ লোক — খোয়দৌদা লৈ; ৪) মহর লোক — থম্মোয়দা লৈ; ৫) জন লোক — খৌনাওদা লৈ; ৬) তপোলোক — পিশুম কারক্তা লৈ; ৭) সত্য লোক — লৱাই লেম্ফুদা লৈ; মখোয় অসি থক্কি লোক হায়না খঙনৈ।

মতৌ অসুম্না খাগী লোক ৭ অমসু লৈরি। মখোয় অদুদি — ১) অতলম্ — খোঙপাক মখাদা; ২) বিথলম্ — খুজিলদা; ৩) সুতলম্ — খুনিংদা; ৪) তলাতলম্ — নিংজোলদা; ৫) রসাতলম্ — খুকউদা; ৬) মহাতলম্ — ফৈগলদা; ৭) পাতলম্ — অমাংথোংদা।

**২৪শুবা ৱাহং** : *করম্না মীতাবু ব্রহ্মচারি কৌগদগে ?*

**পাওখুম** : অয়াম্বনা, য়ুম পানবগী পুন্সিদা খোঙদাদ্রিবা মীশক অমবু ব্রহ্মচারিনি হায়না লৌনৈ। মদু তসেংনা অরানবনি। সংসারগী মায়াগী ৱাখলশিংদগী লাপ্না লৈথ্রবা মীতাশিং, মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরগী ৱাখলদতা লৈজখ্রবা, অনেম্বা থাক্কি ঙাইহাক নুংঙাইনবা ৱারি-ৱাতাইনচিংবদা থোইদোক্লা পুক্লিং চংদ্রবা, অৱাবা নত্রগা নুংঙাইবনা মশাবু শোকহন্দ্রবা, ৱাখল, পুক্লিং অমসুং লৌশিং পুম্নমক মতৌ করম্না ব্রহ্মজ্ঞান ফংগদগে খঞ্জরবা মখোয় অদুতবু ব্রহ্মচারি কৌগনি।

**২৫শুবা ৱাহং** : *বানপ্রস্তা আশ্রম কদায়বু কৌবগে ?*

**পাওখুম** : য়ুম পানবগী পুন্সিদা লৈরবা মতুংদা মীওইবনা ৱাখল কয়ামরুম খম্থরকই। সংসারদা লৈরিবা অফবা নত্রগা ফত্তবা, ফজবা নত্রগা অথিবা, . . . নচিংবা পুম্নমক অসি অরেম্বা, কান্নদ্রবা, ওইদবা ঙাক্তনি

খল্লকই। মায়াগী অপাম্বা পুন্নমক থাদোরকই, মীয়াম মরক্তা লৈনিংলক্তে, অচিকপা মফমদা লৈনিংলকই, মৈ চঙদবা উঁহে-ৱাহৈ চাদুনা চম্না, শেংনা লেনবা পুন্সি অমদা লৈনিংলকই; মুনি-ঋষিনচিংবা অচৌবশিংগী মনাক্তা চত্তুনা ঈশ্বর ফংনবগী ৱারী-ৱাখোং, পাওতাক্লচিংবা লৌবা চৎনিংলকই। অসিগুম্বা পুন্সি খুৎলেন অসিবু বানপ্রস্তা কৌই।

তৌবদদি মহাক্লা অনিংবা মতমদা ময়ুম থাদোকপা য়ারোই; মাগী নুপিগী অয়াবা লৌগদবনি অমসুং মচা-মশুশিংগী হিংজনবা মতিক চাবা মরল-মথুম থম্বিরমগদবনি; মাগী নুপিনা করিগুম্বা মাগা লোয়ননা চৎমিন্ননিংলবদি পুবিগদবনি; তৌইগুম্বসুং নুমিৎ অদুদগী মতৈ-মনাওগী ৱাখল খনবা য়াররোই; মবুং-মৌপ্পা ওইনা লৈমিন্নরগদবনি, নত্তদুনা হান্নগী মতৈ-মনাওগী পুন্সিদা লৈমিন্নরবদি জঙ্গলদা পুন্সি লেনবগী অর্থ করিসু লৈত্রে। অমরোমদনা, য়ুমদা লৈনা-লৈনা, অনৌবা পুন্সি অদুদা হায়বদি মবুং মৌপ্পাদৌনা লেনবা পুন্সি অদুদা হিংমিন্নদুনা ঈশ্বরগী লম্বি থিমিন্নরবদি বানপ্রস্তগী আশ্রমদা লৈরবা হায়না লৌগনি। পুক্লিং তয়াং-তশোয়বা মতমদা সংসারগী মায়াগী ঈপাক্তা তাখিদনবা য়াম্না চেকশিন্না, ঈশ্বর ফংজনবগী ৱাখলতবু তৌদুনা লৈগদবনি।

**২৬শুবা ৱাহং** : *মতম পুন্নমক্তা অহোংবদা নায়বা হকচাং অসিগী ৱাখল অসি কয়া কুইনা খন্দুনা লৈগনি ?*

***পাওখুম*** : জীব আত্মা হেক মশক খংদ্রি ফাওবা মীওইবনা মশাগী হকচাংগী মরমদা – ফজবা, ফজদবা, ফবা, ফত্তবা, অনাবা, নাদবা, চানিংবা, চানিংদবা . . . নচিংবা ৱাখল পুন্নমকসি খনগনি।

**২৭শুবা ৱাহং** : *জীব আত্মাগী ৱাখল অসিদি কয়াম কুইনা লৈগনি ?*

***পাওখুম*** : জীবগী ঈচেল অসিনা পুন্নমক্কি হৌরকফম, তুংনফম ওইরিবা সমুদ্রগী মশক ওইরবা পরমাত্মাদা তিন্দ্রিবমখৈ লৈগনি। পরমাত্মাদা তিঞ্জরবা মতমদুদদি অরান-খুভম হায়বদু ফংলে। ঈশ্বরগী থৌজাল নত্রগা কৃপা ফংবা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। অকনবা, মরু হকপা সাধনা দরকার লৈ। অসুম্না হোৎনরবদি সংসারগী মায়াগী লায়না – ভাব রোগ অসিদগী নাম্বোক্তুনা ঈশ্বরগী মফমদা তিঞ্জবা ঙমগনি।

**২৮শুবা ৱাহং** : *মী ওইনা পোক্লিবসি করিননো ? কমদৌনা পোক্লিবনো ?*

*পাওখুম* : মানা মানা তৌজবা কর্ম্মগী ফলনা পোকপনি।

*২৯শুবা ৱাহং : কর্ম্ম মখল কয়া শুবগে ?*

*পাওখুম* : কর্ম্ম মখল অহুমনি। অফবা, ফত্তবা অমসুং অফ-ফত্ত য়ান্নবা। মরিশুবা ওইনা জ্ঞানিশিংগী কর্ম্ম হায়দুনা অমসু লৈ। মদু অফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে।

*৩০শুবা ৱাহং : ফত্তবা কর্ম্ম হায়বসি করিনো ?*

*পাওখুম* : ঈশ্বরগী মফমদা অকিবা লৈতনা হায়বদি পাপ ফংগনি খন্দনা তৌরিবা থবক পুম্নমক, কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মদ অমসুং মাতসর্জ্য হায়বা য়েক্লবা তরুক অসিগী মখাদা তৌখিবা থবক পুম্নমক; মীওইবদা লোয়নরিবা শাগী গুণ ফোংদোক্তুনা তৌখিবা থবক পুম্নমক, অমসুং ধর্ম্ম, মিনুংশি, সত্য, শান্তি, প্রেম, য়াওদনা তৌখিবা থবক পুম্নমক ফত্তবা থবক — দুশকর্ম্ম ঙাক্তনি।

জ্ঞান কর্ম্ম হায়বদি ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিকশিংদগী, অখণ্ডবা অহল-লমন্দগী, ওজাশিংদগী হংজদুনা, তমজদুনা সংসারগী মায়া থাদোক্তুনা, সত্য, ধর্ম্ম, শান্তি অমসুং প্রেমদা থাজবা পোকহন্দুনা মশাগী জীবআত্মা অদুনা পুম্নমক্কী তুংনফম ওইরিবা পরমাত্মাদা তিনজনবা হোৎনরিবা থবক পুম্নমক অদুবুনি।

*৩১শুবা ৱাহং : ঈশ্বর হায়বসি জগৎ অসিগী ৱাংমদা লৈব্রা ? নত্রগা জগৎ অসিগী মনুংদা লৈব্রা ?*

*পাওখুম* : ঈশ্বর হায়বসি জগৎ অসিবু পিক থলহন্দুনা লৈ। অদুগা মসিগী ৱাংমদসু লৈ। ঈশ্বরগী ৱাংমদা করিগুম্বা মফম অমতা লৈত্রে ? মফম পুম্নমকসি মাগী মনুংদা লোয়না লৈ। মমিং পুম্নমক মাগীনি। মঙোন্দগী তোখায়বা মমিং অমতা লৈত্রে।

*৩২শুবা ৱাহং : আধ্যাত্মিক্কী খোঙজংদা মায় পাক্কে হায়রবদি তঙাইফদনা পুক্লিংবু খুদুম চনশিনবা ঙম্নবগীদমক করি করম্বা গুণ চেলহনবা তাবগে ?*

*পাওখুম* : মরু ওইবা গুণ মরিখক চঙই। মখোয় অদুদি ১) মায়ত্রি, ২) করুনা, ৩) মুদিতা, ৪) উপেক্ষা।

১) মায়ত্রি — অতোনবা অমসুং অফবা মীগা মরুপ মপাং ওইবা, ঈশ্বরগী মমিং অমসুং শকওংবু নুংশিজবা।

২) করুনা – অন্না-অনা তারবা নত্রগা নঙলবা মীবু নুংশিবিবা।

৩) মুদিতা – দান তৌবগী পুকচেল চেনবা মী উরগা নুংঙাইজবা, অতোপ্পগী সেবা তৌবা, অন্নাবা তারবা মীওইশিংবু মতেং পাংবা।

৪) উপেক্ষা – করি অমতদা য়াওশিন্দবা; ফত্তবা থবক থৌরমশিংদা পামশিল্লুদবা নত্রগা হঙ্গোয়রুদবা।

অসিগুম্বা গুণ মরি অসি সাধকা অমদা চেল্লবদি পুক্নিংবু খুদুম চনশিনবদা মায় পাক্কনি লোয়ননা আধ্যাত্মিক্কী খোঙজঙদা মায় পাক্কনি।

***৩৩শুবা ৱাহং : ভক্তি মখল কায় শুবগে ? করি করিনো ?***

***পাওখুম*** : ভক্তি মখল য়ামখ্রে, অদুবু চাউরাক্লা পুম্নমক মখল মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

১) আর্ত (Aartha) – অন্নাবা, নুংঙাইতবগী মৈচাক্লা নৈবিবদগী ফাওরকপা ভক্তিনি। দ্রৌপদি, সক্কুবাই অমসুং প্রহ্লাদ-দা লৈখিবা ভক্তি অদু আর্ত ভক্তিনি।

২) অর্তার্তি (Arthaarthi) – লনথুম নত্রগা আধ্যাত্মিক্কী শক্তি পামজবদগী মদু ফংনবা ঈশ্বরবু পুজা তৌজবা অমসুং বোর অদু নিজবা। ধ্রুব অমসুং আর্জ্জুন্দা লৈখিবা ভক্তিদুনি।

৩) জিজ্ঞাসু (Jijnaasu) – অরান খুভমতবু ফংনবা চাং নায়না, ৱাখল চপ য়ুংনা থিজবা অমসুং শ্রীভগবানবু কদায়দা ফংগদগে হায়দুনা থিদুনতা লৈজবা মীওইশিংদা লৈরিবা ভক্তি অদুবুনি। উধবা অমসুং শ্রীমতি রাধিকাদা লৈখিবা ভক্তি অদুনি।

৪) জ্ঞানি – সংসার অসিদা আত্মাগা পরমাত্মাগা পোৎশক অনি শুদে, অমতনি হায়না খঙজরবা মীওইশিং অদুদা চেল্লিবা ভক্তি অদুবুনি। সুকা মুনি অমসুং সনকা মুনি নচিংবদা লৈখিবা ভক্তি অদুনি।

***৩৪শুবা ৱাহং : অরান খুভম ফংনবগী উপাই করি লৈবগে ?***

***পাওখুম*** : যোগ-সাধন্না জ্ঞান পি। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা ইরায় লায়না অরান-খুভম ফংহল্লি। ফনয়াম্না মঁহে হৈদুনসু, ফন য়াম্না শিংদুনসু, ফনা য়াম্না অপাম্বা থাদোক্তুনসু মশাগী ইন্দ্রিয়শিংবু খুদুম চনবা ঙমদ্রবদি পুম্নমক অরেম্বনি, অরান-খুভম ফংবা ঙম্লোই। যোগ-সাধন তৌরবতদা পাপ

পুন্নমকসিদগী নাম্ছোকপা ঙমগদবনি। অদুনা পুন্নমকসি ফংনবা য়ুম্ফমদি যোগ সাধন্নি।

***৩৫শুবা ৱাহং : নুপিনা ব্রমহবিদ্যা তম্বা য়াদে হায়বসি করিগীনো ?***

***পাওখুম*** : মসিগী মরম অমতা লৈতে। হায়বদি নুপিসু ব্রমহবিদ্যা তম্বা য়াই। বিষ্ণুমুর্তিনা ভুদেবীদা গীতাগী নিংথিরবা মতিক-মগুণ তম্বিখি; পরমেশ্বরনা গুরু গীতাগী মতেংনা ব্রমহতত্ব অসি পারবতীদা তমবিখি। মসিগীসু মথক্তা যোগসাস্ত্র অমসুং মন্ত্র সাস্ত্রসু তম্বিখি। ব্রিহদরান্যাকা উপনিসদকী মতুং ইন্না য়াজনাবালক্যনা মায়ত্রেয়ীবু ব্রমহবিদ্যা অসিমক তমবিখি।

***৩৬শুবা ৱাহং : য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈরীবী নুপী অমনা ব্রমহজ্ঞান অসি ফংবা ঙম্রা ?***

***পাওখুম*** : করিগী ঙমলোই ? মদালসা, চুদালা অমসুং অতোপ্পা নুপী খরনা য়ুম্বানবগী পুন্সিদা লৈনা লৈনা ব্রমহজ্ঞান ফংখি। উপনিসদশিংদসু ময়েক শেংনা ইরি মদুদি কাথ্যয়িনি, সরঙ্গি, সুলভা, বিস্বাবেদ - নচিংবা নুপিশিংনা ব্রমহজ্ঞান অসি ফংখি। পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ ফাওবদা মসিগুম্বা জ্ঞান অসি ফংবা ঙম্লবদি মহাক অদু শোয়দনা পোকপা শিবা চক্রদগী নাম্ছোকপা ঙমই। অরান-খুভম ফংনবগীদমক তঙাইফদনা চংলিবসি সংসারগী অপাম্বশিং থাদোকপনি। অপাম্বা লৈরিবমখে পোকপা শিবগী চক্রদা অদুম লৈখিগনি।

***৩৭শুবা ৱাহং : সন্যাস মখল কয়া শুবগে ? করি করিনো ?***

***পাওখুম*** : মখল অহুম শুই। মখোয় অদুদি – ১) দেহ-সন্যাস, ২) মনো-সন্যাস, অমসুং ৩)আত্মা-সন্যাস অসিনি।

দেহ-সন্যাস – মপাম্ছোংগী শক্তমদা গেরুৱা ফিজেৎ শেৎপা, মওং মতৌসু অদুম মানবা অদুগা ৱাখল মিৎয়েংদি সধারন মীওই অমদৌনা লৈবা, সংসারগী অপাম্বশিংগী মরক্তা অদুম লৈবা, আত্মাগী মরমদা থোয়না খঙদবা কাংবু অদুবুনি।

মনো-সন্যাস – সংসারগী ওইবা আসা পুন্নমক থাদোক্লবা, অপাম্বা অমতা লৈত্রবা, মপুক্লিং ফজনা ফাজিনবা ঙম্লবা, ঙাইহাক্কী ওইবা অনিংবা ৱাখলনা লাওহনবা ঙমদ্রবা, ঈংনা, তপ্পা, লৈরবা কাংবু অদুবুনি।

আত্মা-সন্যাস – হায়বদি আত্মাগা মরী লৈনদবা হিরম খুদিংমক থাদোক্লবা, মতম চুপ্পদা ঈশ্বরগী ঝাখলদতা লৈব্রবা, "অহম্ ব্রমহাসমি" – "ঐহাক ঈশ্বরনি" অসুম্না খন্দুনতা লৈব্রবা, অতৎ-অথম লৈতনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনা লৈব্রবা কাংবু অদুবুনি।

*৩৮শুবা ব্রাহং : আত্মাশান্তি ফংনবা মন্ত্র নত্রগা জপ লৈব্রা ?*

**পাওখুম** : মন্ত্র অমসুং জপ হায়বসি মীপুম খুদিংমক্কী তঙাইফদনা দরকার লৈ। মন্ত্র পুম্নমক্তগী প্রানভা-মন্ত্র (ওঁ) অসিনা খ্বাইদগী ফবা, পুমথোই থোয়বনি। মসিনা পুম্নমক্কি মকোক্কি। পোৎ খুদিংমক প্রানভাদগী থোরকপনি, পোৎ পুম্নমক প্রানভাদা তিনখি। প্রানভা হায়বসি পোৎচাক (element) পুম্নমক্কি থবাইনি হায়বদি প্রকৃতিগীসু থবাইনি। অবাংবা চীংদোন্দগী চেঙ্গরকপা ঈশিংনা ঙংবা, সমুদ্রগী তোরবান্দা ঈথক্লা য়ৈশিনবদা থোরকপা মখোল অনিমকসিনা প্রানভাতবু শোঞ্জবনি। হকচাংগী শ্বর হোনজিনবা অমসুং হোন্দোকপগী মখোলসু প্রানভানি। অরুম্বা দোলায় পুবদা লাউরিবা – হৈ, হো, তোরবান্দা নুংপাক মথক্তা ফী শুরিবা মী অদুনা লাউরিবা – 'হি-হোয়' পুম্নমকসি প্রানভাবু হন্না হন্না লাউজবদনি। নুংগী অর্থ খঙনা প্রানভাবু শোঞ্জৌ; অদুনা সংসারগী অৱা-অনা পুম্নমক্তগী কনবিগনি। মীওইবনা শিরমদাই মতমদা করম্না ঈশ্বরবু নিংশিংবা ঙমগদগে হায়না আর্জুনা শ্রীকৃষ্ণদা হংজবদা প্রানভা নিংশিংউ, প্রানভাগা মাগা (শ্রীকৃষ্ণগা) অমতনি, খেন্নদে হায়না তাকপিখি। অসিগুম্বা ভক্ত অমনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক পন্থুংফম অদু ফংবা ঙমগনি।

*৩৯শুবা ব্রাহং : অসিগুম্বা হায়নিংঙাই লৈতনা ফরবা প্রানভামন্ত্র অসিনা কমদৌনা ফহল্লিবনো হায়বদু প্রমানগা লোয়ননা অমুক্তা খঙহনবিয়ু।*

**পাওখুম** : প্রানভা হায়বসিনা লিরুংনি; আত্মানা তেনজৈনি; পরব্রাহমম্না পন্থুংফমনি। অদুনা সাধকা অমনা পুক্লিং অনি লোঙদনা পান্দম অদুদা মুম্না য়েংদুনা তেঙ্গা থোঙলবদি মশামক পান্দম অদু ওইরক্কনি। অদুনা পুম্নমক্তা চিংনবা লৈতনা প্রানভা মন্ত্র অসি শোনগদবনি।

*৪০শুবা ব্রাহং : আত্মাসি হকচাংদগী করম্না থাইদোক্কদগে ?*

**পাওখুম** : মীওইবনা ধ্যান অমসুং অতৈ সাধনা কয়ানা প্রানভা মন্ত্র শোনজরগা আত্মা মশক খঙবা ঙমই, অমসুং হকচাংদগী তোঙান্না পুথোরকপা ঙমই। শঙ্গোম অফস্বদগী মাখল পুথোকপগুম, থোইদিং মরুদগী

থাও পুথোকপগুম্ন, শিগুদগী মৈ পুথোকপগুম্বনি। ওৎপা, চপখায়বা, শুক্লনচিংবা নিয়ম খরদি দরকার লৈগনি। অসুম্না ধ্যান অমসুং প্রানভা মন্ত্রগী সাধনানা আত্মাগা হক্চাংগা তোঙান তোঙানবনি, অমতা নত্তে হায়বা অচেৎপা থাজবা থল্লগা ওমগদবনি।

*৪১শুবা ৱাহং : তপস তৌবা হায়বসি কমদৌবা জাৎনো ?*

*পাওখুম* : ইন্দ্রিয় পুম্নমক অসিবু খুদুম চনশিল্লগা মখোয়গী মখৌ পুম্নমক লেপহনবা, অপাম্বা, খৌরাংবগী ৱাখল শম্না অমা ফাওবা লৈহন্দ্রবা, ব্রাহ্মমদবু ফংগে হায়বদি পম্ভুংফম অদুতা য়ৌনবা ৱাখল অদু অরেপ্পা লৈতনা খনবা; চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ তৌদুনা লেনবা; শ্রীভগবানবু ফংজগে হায়বগী অৱাবদুদা লৈজবা; অসিগুম্বা মখলগী তপস অসিবু সাতত্বিক তপস কৌই। মসিনা মৈশাগী মতৌগুম্না পাপ পুম্নমক চাকথেক্তুনা মাঙনখিগনি।

*৪২শুবা ৱাহং : পোকপা শিবা চক্রদগী নাম্থোক্লবা হায়বদি অৱান-খুডম ফংনবগীদমক যোগ দরকার লৈব্রা ? করি করিনো ?*

*পাওখুম* : সংসারগী ওইবা ৱাখলদা পুক্লিংদা মথুম-মরাং হৌরিবা অমদি অমোৎপা ৱাখল কয়া লৈরিবদু ফাজিন্নবা অমদি শেংদোক্লবা যোগ-সাধনা দরকার লৈ; মদুনা অচেৎপা থাজবা পোকহনগনি, জ্ঞানগী শক্তি হেনগৎহনবগা লোয়ননা মীওইবদা মরুম থুপ্না লৈবা কুন্দলিনি শক্তি হেনগৎহনগনি।

মরু ওইবা যোগা মখল নিপালনি। মদুগী মনুংদা য়মা (yama) অমসুং নিয়মা (niyama) অনিসিদং মপুং ফানা হৈবা ওন্নবদি মুক্তি ফংলে। য়মা অমসুং নিয়মা অনিসি মীওইবগী মিৎকুম্বনি; মসি য়াওদনা করি অমতা ফংবা ওমলোই। অনি অসি তঙাই ফদনা চংদবা য়াদবনি।

*৪৩শুবা ৱাহং : প্রনয়মা শাজেন্না করি কান্নহনবগে ? অমসুং মতৌ করম্না পাওথোকদগে ?*

*পাওখুম* : সনা, লুপা, য়োৎনচিংবা শেঙদবা ধাতু কয়াসি মৈথক্তা শাহল্লগা শেঙদোকপগুম্ন কম্মগী অমোৎপা লৈহৌবা কয়াদু প্রনয়মানা শেঙদোকই অমসুং পুক্লিংবু মোৎশিনগদবদগী ঙাকথোকই। শাজেন অসি সেকেন্দ অনি চংনা শ্বর চিংশিনগনি (পুরাকম); সেকেন্দ নিপাল শ্বর ফাজিন্দুনা

থমগনি (কুমভকম্); অদুগা সেকেন্দ মরি চংনা শ্বর হোন্দোক্কদবনি (রেচকম্); শাজেন অসি চেকশিন্না থা অহুম পাংথোক্কনি; মতুংদা মতমগী চাং অদু শরুক অনিদা হেনগৎকনি। অসুম্না থা তরুক চৎথরবা মতুংদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী ঈহৌ পুম্নমক সুম-সুম নেমথরক্লগনি। থাজবগী ব্রাখল য়াওদ্রবদি হকচাংদ ফরগা তোক্কনি, পুক্লিংদি নেমথহনবা ঙম্লোই। শাজেন অসিগা লোয়নননা অশেংবা চিঞ্জাক, ব্রমহচার্জ, ব্রা য়াম্না ঙাংদবা, অচিকপদা লৈবনচিংবা ফিভমশিংসি ঙাক্লা চৎকদবনি।

*৪৪শুবা ব্রাহং : সাধকা অমগী খ্বাইদগী তমথিবা য়েক্লবসি করিনো ?*

*পাওখুম* : অশাওবা হায়বসিনা সাধকা অমগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবনি।

*৪৫শুবা ব্রাহং : সাধকা অমগী অব্রা-অনা পুম্নমকসি মতৌ করম্না কোকহনখিগনি ?*

*পাওখুম* : য়াইমরপ তৌনা চাবা-থকপা, তুম্বা-হিপ্পা, জীব পুম্নমক্তা নুংশিবা প্রেমগী মিংয়েংনা য়েংবা অমসুং খাঙবা কনবনা অব্রা-অনা পুম্নমকপু কোকহনখিবা ঙমগনি। মহাক খক নিঙহন্নরোইদবনি, অকিবা লৈরোইদবনি। অচেৎপা থাজবগা লোয়নননা ঈশ্বরবু নিংশিংগদবনি।

*৪৬শুবা ব্রাহং : সাধকা অমগী করি গুণ চেনফম থোকপগে ?*

*পাওখুম* : মশাদা লৈবা দোষ পুম্নমক থিদোক্লগা মদু চুমথোক্লবা হোৎনগদবনি। মসি খ্বাইদগী মরু ওইবা ব্রাফম্নি। সাধকা অমদা গুণ কয়ানা লৈতেংবগা লোয়নননা থোৎনা-মেঙনা, নুংশিনা, অচুম্বা অমসুং অমৃত চেনবা ব্রাঙাং ঙাংগনি। অদুম ওইনমক থম্মোয়বু শেঙদ্রবদি পুম্নমকসি অরেম্বনি।

*৪৭শুবা ব্রাহং : সাধকা অমগী শাজং-নিতি কমদৌগদগে ?*

*পাওখুম* : মহাক্কি খোঙজংদা য়াম্না হৈনিংবা, অপাম্বা পোক্কদবনি, মতম চুপ্পদা অচুম্বা ব্রাঙাং ঙাঙগদবনি, অব্রাবা, নুংনাংবা, পুক্লিং-হম্বা ব্রাখল খল্লোইদবনি, মতম চুপ্পদা হরাও-নুংঙাইবগী মায়থোং লৈগদবনি, মশাগী দোষ থিদোকচরগা মদু চুমথোক্কদবনি, থাগৎপদা হরাওরোইদবনি, মরাল

শিরকপদা শুকথরোইদবনি। পতিব্রত ভক্তিদা হায়বদি ইশানা পামজবা মিং অমসুং মদুগা শাগোন্নরিবা মুর্ত্তি/শক্তম অদুখক্তদা মতম চুপ্পদা নাম স্মরন্ তৌগদবনি।

*৪৮সুবা ৱাহং : করম্না মীওই অমবু সাধকা কৌগদগে ?*

*পাওখুম* : সংসারগী মপাম্ভোংগী ওইবা মায়াগী ৱাখল পক্রুবা মীশক অমবু সাধকা কৌবা য়াই।

*৪৯শুবা ৱাহং : সাধকা অমগী ৱাখল্লোনসি কমদৌগনি ?*

*পাওখুম* : মতম পুন্নমক্তা পুক্লিং অনি লোঙদনা, য়াম্না পুক্লিং লৈতানা, অপাম-পামদগী ৱাখল লৈতনা হায়বদি পুন্নমক অসি শ্রীভগবানগী য়াথংনি, কৃপানি খঞ্জবা অমদি কনা অমতগা নিংঙাই চক্রি তৌনদবা।

*৫০সুবা ৱাহং : অরান-খুভম ফংনিংবা সাধকা অমনা করি করম্না থবক তৌবা তাবগে ?*

*পাওখুম* :

১) মহাক্লা মীগা চক্রি য়াম্না য়েৎনরোইদবনি।

২) কনা অমতদা ফত্তবা ৱাখল থল্লোইদবনি।

৩) মশাগী মরাল/দোষ করি লৈবগে য়েংগদবনি অমসুং লৈরম্না দোষ অদু অমুক হন্না তৌরোইদবনি।

৪) মাগী পান্দমগী লম্বিদা থেংনবা – অৱাবা, খুরৌচেনবা, পুন্নমক করিশু লৈতবনি খন্দোক্তুনা মায়োক্লগদবনি।

৫) চিংনবা ৱাখল অমুক হন্না শাগৎলোয়দবনি।

৬) নুংঙাইবা রাগদতা লৈতাগদবনি।

৭) ৱাখল অনি লোঙদ্রবা, পুক্লিং চংবা অদু কায়হন্দনবা কন্না চেকশিনগদবনি।

*৫১শুবা ৱাহং : সাধনা তৌবগী করি কান্নবা লৈবগে ?*

*পাওখুম* : পুন্সিগী পান্দমদি অরান-খুভম ফংবনা ওইগদবনি। পোকপা-শিবা গী চক্রদা অদুম লৈখিগে হায়রবদি সাধনাগী থোইদোকপা দরকার লৈতে। হেক পোকপদগী লোয়নরক্লবা "শিবা"

হায়বসিগী মিকুপ তাঞ্জাসিমতংদি ঈশ্বরনা শেম্বিরকপা মতমদা খঙহনবিরমদ্রে। অদুগা মীওইবগী মথংগী মপোক্তি মাগী অরোইবা মিকুপ্তা মশাদা ফাওরকখিবা ব্রাখলশিং অদুগী মখা পোল্লি। অদুগুম্বা ব্রাখল অদু শোয়দনা লেঙদনা লৈনবা, অতোপ্পা মায়াবাদিগী ব্রাখলনা চিংথোকখিদনবা পামজরিবা মিংখৈরোল অমদি নিংজরিবা প্রতিমা অদু থম্মোয়দা চেৎনা কোনবা ঙম্নবা সাধনা তৌবা দরকাররনি।

*৫২শুবা ব্রাহং : পম্বুংফম অদু করম্না য়ৌগনি ?*

*পাওখুম* : পাম্বৈ কয়াগী মনুংদগী ঙসিগী কলি যুগ অসিদদি শ্রীভগবানগী মিংখৈরোল তত্তনা শোঞ্জবনা হায়বদি নাম্ স্মরন্ তৌজবনা শোয়দ্রবা অমদি খ্বাইদগী অরাইবা লম্বিনি।

*৫৩শুবা ব্রাহং : তত্তনা ঈশ্বরগী মিংখৈরোল শোন্নবগী অথোইবা উপাই করিনো ?*

*পাওখুম* : প্রেম, হায়বসি উপাই কয়াগী মনুংদা অচৌবা উপাই অমনি।

*৫৪শুবা ব্রাহং : ভক্ত অমদা চেনফম থোকপা গুণশিংগী মনুংদা করম্বনা খ্বাইদগী মরু ওইবনো ?*

*পাওখুম* : অরানবা থবক তৌরবদি মরাল-পাপ ফংগনি হায়বগী অকিবা লৈবনা অথোয়বা গুণ ওইগনি। মসিবু লৈত্রবদি ধর্ম্ম চেনবা পুন্সি খুৎলেন অমা ওইবা ঙমলোই। ঈশ্বরদা প্রেম ভক্তি লৈনা পুজা অমতা কচ্চবা ঙমলোই।

*৫৫শুবা ব্রাহং : সগুণ ভক্তগা নিরগুণ ভক্তগা করি খেন্নবগে ?*

*পাওখুম* : সগুণ ভক্তদি মশাগী পাঙ্গল লৈজদে, শ্রীভগবানগী মচাগুম খঞরবনি। মাগী শক্তি পুম্নমক ঈশ্বরদগী ফংজৈ।

নিরগুণ : ভক্তদি মশাগী শক্তি লৈজরে, মহাক জ্ঞানি অমা ওইরে, শ্রীভগবান্না মঙোন্দা থোইদোক্লা মিংয়েং চংদ্রে।

পামজবা মুর্ত্তি – শক্তম অমগা লোয়ননা ভগবানবু নিংজবা ভক্ত অদুবু সগুণ ভক্ত কৌই অদুগা মুর্ত্তি য়াওদনা নিংথ্রবা কাংবু অদুবু নিরগুণ ভক্ত কৌই। সগুণ ভক্তগী থাক অসিদগী নিরগুণ ভক্তগী থাক্তা কাখৎলক্কদবনি।

ভক্ত অমগী ৱাখল্লোনসি পিক্লিবা অঙাং অমনা মমাগী মতমবাক্তা নোংম-নোংমগী য়াম্না তপ্না চাউরকপগুম, থাক থাক য়াম্না তপ্না কাখৎনবা হোৎনদুনা মমৈথংদা মশাগী শক্তিদা হিংজবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি।

*৫৬শুবা ৱাহং ঃ শ্রীরামচন্দ্রনা মনায় ভক্ত সবরীদা ভক্তিগী মতাংদা করি তাকপিখিবগে ?*

***পাওখুম*** ঃ "সবরী ! ঐনা অবতার ওইনা লাকপদি ভক্তশিংগা নুংশিনবা মরী থম্নবগীদমক্তনি; ঐদি কাংলুপ নত্রগা জাতীগী মরী লৈনদে।. . .। ভক্তশিংনা লম্বি মাপল অসিগী মনুংদগী অমনা ঐবু ফংজবা ঙমই"। মখোয় অদুদি ঃ– ১) শ্রবনম্ (Sravanam) ২) কিরতনম্ (Kirthanam) ৩) বিষ্ণোস স্মরনম্ (Vishnossmaranam) ৪) পাদসেবনম্ (Paadasevanam) ৫) বন্দনম্ (Vandanam) ৬) অরচনম্ (Archanam) ৭) দাস্যম্ (Daasyam) ৮) স্নেহম্ (Sneham) ৯) আত্মানিবেদনম্ (Atmanivedanam)

"কনাগুম্বা ভক্ত অমনা ভক্তি মখল মাপল অসিগী মনুংদগী অমতংবু থৱাই য়াওনা থবক ওইনা পাঙথোক্লবদি মহাক্না ঐবু ফংজবা ঙমই। ঐদি ভক্তি মখল মাপল অসিনা পুন্দুনা লৈবনি। . . .।"

*৫৭শুবা ৱাহং ঃ করম্বা মখলগী ভক্তিনা খ্বাইদগী অফবা ওইবগে ?*

***পাওখুম*** ঃ ঙসিগী কলি যুগ অসিদদি নাম-স্মরন্ ভক্তি অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ। কলিগী মীওইশিংনা মশা কনজনবগী হায়বদি পোকপা শিবা চক্রদগী নাম্থোকচনবগী শোয়দ্রবা লম্বিনি।

*৫৮শুবা ৱাহং ঃ ভক্তিগী লম্বি মাপল অসিবু ইল্লিবা কাংবু অদু কাংলুপ কয়া থোক্না খায়দোকপা য়াবগে ?*

***পাওখুম*** ঃ কাংলুপ মখল অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই ঃ ১) মরকতা কিসোরা ভক্তি অমসুং ২) মরজলা কিসোরা ভক্তি। অহানবগী অসিবু য়োংমচাগী ভক্তি হায়নসু খঙনৈ। মসি খর হেন্না লুবা, খুদোংথিনিংঙাই ওইবা লম্বিনি। মমাগী মথাদা চেৎনা কোনজবা, তেক-কায়দনবা মথন্নতা চেকশিঞ্জবা, মমানা চেনবা, চোংবা খুদিংদা মশাগী শক্তিনা, পাঙ্গলনা খুদোংথিদনবা হোৎনজবা অদুবুনি।

অনিশুবগী অসিবু প্রপাত্তি হায়নসু খঙনৈ। হৌদোংমচানা মশা হিংজনবগীদমক্তা পুম্নমক মমাদা চংজবা হায়বদি মমানা তৌরিবমখৈ য়াবা। মতৌ অসুম্না ভক্ত অদুনা  মাগী অব্রা অনাগী পোৎলুম পুম্নমক শ্রীভগবান্দা শিন্নথোক্লুনা পুরা চংজবা। মসিনা খর হেন্না লায়বা লম্বিনি। অশম্বা ব্রাহৈদো মসিবু হৌদোং ভক্তি হায়নসু খঙনৈ। অরান খুবম ফংনবগীদমক্তদি মরকতা কিসোরা মার্গদগীদি মরজলা কিসোরা মার্গ হায়বদি প্রপাত্তি মার্গ অসিনা য়াম্না হেন্না থাক ব্রাংই।

*৫৯শুবা ব্রাহং : মীওইবনা অরান খুভম ফংগে হায়রবদি মায়া সংসার অসিদা করম্বা খৌরাংববু/অপাম্ববু হান্না জয় তৌবা তাবগে ?*

***পাওখুম*** : মায়া সংসার অসিদা মীওইবনা ইহান হান্না জয় তৌগদবা অপাম্বশিং/খৌরাংবশিংগী মনুংদা (১) ঈশিং-থোঙগী অপাম্বা/ হকতিন্নবা (appetite for sex) অমসুং (২) চানিং থক্লিংবা (appetite for the tongue) অনিসিনা খ্বাইদগী মরুওইবনি। সংসারগী পাপ পুম্নমক্কি অমদি অপাম্বা পুম্নমক্কি হৌরকফমসি মসিদগীনি। অনি অসিবু জয় তৌদ্রিবমখৈ, অব্রা-অনা পুম্নমক্কী ভুংনফম ওইগনি।

*৬০শুবা ব্রাহং : মশা মশক খঙজগে হায়রবদি মীওইবনা করি তৌবা তাই ?*

***পাওখুম*** : মীওইবনা মশা মশক খঙনিংলবদি, হায়বদি আত্মা মশক খঙনিংলবদি হায়বদি লেঙদ্রবা অচুম্বদু (eternal truth) মশক খঙনিংলবদি মরু হকপা, অকনবা নিয়মগা লোয়নবা খোঙজং/সাধনা দরকারনি।

*৬১শুবা ব্রাহং : করম্বা মতমদা ধ্যান (মেদিতেসন) তৌগনি ? অকক্লবা মফম অমসুং মতম লৈব্রা ?*

***পাওখুম*** : ঐখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা ধ্যান তৌনবগী অকক্লবা মফম অমসুং মতম লৈতে। পুক্লিংনা পামলকপা মফম অমসুং মতম অদুদা ধ্যান তৌগনি।

*৬২শুবা ব্রাহং : ভক্ত অমনা মাগী ভক্তি-সি করম্না খুমাং চাউশিনহনবা ঙমগনি ?*

***পাওখুম*** : ভক্তিগী ঈচেল অসিদি ভক্ত অদুনা লাৎচরিবা,

নিংজরিবা ঈশ্বর নত্রগা পোৎশক অদুদা মহাক্লা থল্লিবা মিৎয়েং অদুগী মখা পোল্লি। মহাক্লা ঈরাৎচরিবা প্রতিমা অদুগী অফবা গুণশিং অদু মঙোন্দা লৈহন্নবা হোৎনজৈ। মসিবুনি সাধনা হায়বসি। মাগী সাধনা অদুনা খুমাং চাউশিল্লকপগা ঈরোয়ননা মাগা মাগী প্রতিমা অদুগা খেন্নবা লৈরক্লোই; মমৈথংদা পোৎশক অনিসি অমতা ওইখ্রগনি। মরম অদুনা জীবআত্মাগা পরমাত্মাগা অনিসি অমতনি হায়বসিদা য়াম্না অচেৎপা থাজবা লৈগদবনি। সাধকা অমনা মাগী পুক্লিংদা শ্রীভগবানবু ফংজগে হায়বা নত্তনা অতোপ্পা ৱাখল অমতা খল্লোইদবনি।

*৬৩শুবা ৱাহং : সাধনাগী পান্দম করিনো ?*

*পাওখুম* : লাকণ্ডম ফাঙমদ্রবা পুক্লিংবু খুদুম চনশিন্দুনা লেঙদনা থম্নবনি। (খোঙজং অসি অরায়বা নত্তে, নোংম-নোংমগী খজিক-খজিক মায় পাকলকপনা, পিক্লবা ঈশিং মরিক মরিক্লা চাংজৌ নায়দ্রবা সমুদ্র ওইখিবগুম, মমৈথংদা মপুং ফাবা ঙমলক্কদবনি।)

*৬৪শুবা ৱাহং : মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা দোষ/মরাল করিনো ?*

*পাওখুম* : মশাগী হকচাংবু মশানি, "ঐ" নি খনবা অসিমক খ্বাইদগী চাউবা দোষনি। "ঐ" হায়বসি হকচাংসিবু নত্তে হায়বসি মতম চুপ্পদা কাওরোইদবনি। হকচাং অসিদি সেবাগীদমক্তা ঈশ্বরনা পিবা পাস্বে অমনি।

*৬৫শুবা ৱাহং : "ঐ", "নঙ", "মা" নত্রগা "ঐগী", "মাগী" হায়বা ৱাখলসি করম্না মাঙহনখিবা ঙমগনি ?*

*পাওখুম* : অশেংবা, অফবা থবক্তমক তৌনবা অরেপ্পা লৈতনা হোৎনরবদি মাঙখিগনি। মীওইবনা নিংশিংগদবদি (১) মিৎনা উরিবা জগৎকী খুৎশেম পুম্নমকসি মাঙখিগদবা ঙাক্তনি; (২) মীওইবা হায়বসি সেবারি নত্রগা পুজারি ঙাক্তনি; (৩) ঈশ্বরনা পুম্নমক্কি মবুংঙোনি, পুজা তৌজরিবা পুম্নমকসি মহাকপুনি।

*৬৬শুবা ৱাহং : কর্ম্মগা, ভক্তিগা, জ্ঞানগা করি খেন্নবগে ?*

*পাওখুম* : অহুমসি খেন্নবা লৈতে, অমতনি। কর্ম্ম হায়বসি ভক্তিনি, ভক্তি হায়বসি জ্ঞাননি। পুন্সিদা পাঙথোক্লিবা থবক খুদিংমকসি অহুমসিনা মপুংফানা থুমহৎহনগদবনি।

*৬৭শুবা ৱাহং : জীবগা, আত্মাগা, পরমাত্মাগা করি খেন্নবগে ?*

*পাওখুম* : খেন্নবা লৈতে, অহমসি অমতনি।

*৬৮শুবা ৱাহং : থস্মোয়গী অমোংপা করম্না শেঙদোকদগে ?*

*পাওখুম* : লমচৎ-নিতি চুম্না লেনবা পুন্সি অমসুং মথৌ নিংথিনা পাঙথোকপা পুন্সিনা থস্মোয়গী অমোংপা শেঙদোকপা ঙমগনি।

*৬৯শুবা ৱাহং : মীওইবনা করম্বা পাওতাকপু তত্তনা নিংশিংবা তাবগে ?*

*পাওখুম* : হকচাংগা আত্মাগা তোঙানবনি হায়বা পারা অসি মতম চুপ্পদা কাওরোইদবনি। ৱাখল অসিনা "অচুম্বা" হায়বদি ঈশ্বর মশক খঙ্নবগী য়াম্না ফরবা শাজেল অমনি।

*৭০শুবা ৱাহং : করিনা মীওইবদা ঈশ্বরবু উহন্দ্রিবনো ?*

*পাওখুম* : মশাগী ওইজবা থিবা ৱাখলনা ঈশ্বরবু উহন্দে। মতম শাংনা আধ্যাত্মিক্কী মরু হক্রবা সাধনা কয়া তৌরবসু অমদি কৎথোকপা য়াবা কয়া কৎথোকলবসু মশাগী ওইজবা থিবগী ৱাখল অসি লৈরিমখৈ পুম্নমক অরেম্বনি।

*৭১শুবা ৱাহং : "ঐ" হায়বা ৱাফমসিনা করি খুদোংথিবা পিবগে ?*

*পাওখুম* : "ঐ" হায়বা ৱাফমসিনা নাপল কাহল্লকই; "ঐ লোয়না খঙই", "ঐনা মহেল্লে", . . . হায়বনচিংবা ৱাখলশিং অসি "ঐ" হায়বদুনা পোকহল্লকপনি। মসিবু লৈরিবমখৈ অমুক্তং খুদোংথিবা হায়বসিমা শোয়দ্রে। মসিগী মনুংদা লৈরিবা খুদোংথিবা অসিবু নাম্থোকহনবা ঙমদ্রবদি হন্না-হন্না পোকপা হায়বসিমা শোয়দ্রে। ঈশা মশক খঙবদা মায় পাকপা হায়বসি "ঐ" হায়বা পোৎশক অদুগী মরুমদা লৈরিবা খুদোংথিবগী চাং অদু খঙবা ঙম্বদা লৈরে।

*৭২শুবা ৱাহং : আধ্যাত্মিক্কী পুন্সিদা লেল্লিবা সাধকা অমনা তৌরোইদবা থবক করি করিনো ?*

*পাওখুম* : আধ্যাত্মিক্কী খোঙজংদা য়াম্না খঙলে, হৈরে হায়বগী উৎনিংবা ৱাখল লৈরোইদবনি; অর্থ লৈতবা ৱাফমদা য়েংনবা, নিংঙাই চক্রি তৌনরোইদবনি।

***৭৩শুবা ৱাহং : ঈশ্বর ফংজনবা ভক্তিগী লম্বিদা লাকচরবা সাধকা অমনা করম্না ৱাখললোম্না লমজিং ওইগদগে ?***

***পাওখুম :***

(১) সংসারগী মিনুংশি লৈত্রবা মীওৎ-মীনৈ, মীনম্না অমসুং ওইদবা কয়া অসিদগী লাপ্না লৈগদবনি অদুগা অচুম্বা ঙাঙবা, চৎপা, নুংশিবা - প্রেম পোকহনবা অমসুং শান্তি লৈবা নিতিদা লৈগদবনি। মসিবুনি তশেংনা ভক্তিগী লম্বি হায়রিবসি।

(২) ঈশ্বরগা অমতা ওইজরগে হায়না থিরিবা কাংবু অমদি সংসারগী য়াইফনবা থিরিবা কাংবুনা মীনা থাগৎলকপা নত্রগা চৈরকপা, চাওখৎলকপা নত্রগা খুদোংথিরকপা খুদিংমকপু করিশু কান্নদবনি, অরেম্বনি হায়না থৌশারোইদবনি।

(৩) মখোয়না থৌনা ফনা মশাগী লেঙদ্রবা আত্মাদা থাজবদু কায়হন্দনা থমগদবনি অমসুং আধ্যাত্মিক্কী থাক ৱাংখৎনবা হোৎনবদা অঙম্বমখৈ কৎথোক্কদবনি — পুক্লিং, হকচাং পুম্নমক য়াওশিনগদবনি। কনাগুম্বা জীব অমতা — মহাপুরুষ ওইরো, নত্রগা অবতার ওইরো, মীনা বদনামী পিদবা অমতা লৈতবনি। মদুদা থোইদোক্না নাচুংলুগনু।

(৪) মরম অদুনা সাধকা অদুনা অসিগুম্বা অপঙবা অমদি মপুক্লিং লেপচবা ঙমদ্রিবা কাংবু অসিদগী লাপথোক্কদবনি অমসুং মখোয়গা ওনশিন্নদুনা ৱারি-ৱাতাই শারোইদবনি; অদুগা

(৫) ধর্ম্মগী অশেংবা লাইরিকশিংদা লুপচগদবনি অমসুং ভগবানগী অশেংবা ভক্তশিং অদুতগা তিন্নবা হোৎনগদবনি।

***৭৪শুবা ৱাহং :*** *ভক্ত অমগী তোপ-তোপ্পা শিঙথাবা য়াবা মগুণ করিনো ?*

***পাওখুম :*** নোংমগী হেক য়াহৌরকপদগীনা নুমিৎ তাবা ফাওবদা চৎপা, চাবা-থকপা, থবক থৌরম খুদিংমক্তা ঈশ্বরগী ৱাখলদতা লৈজখ্রবা অদুগুম্না লমচৎ নিতি অদু ভক্ত অমগী অথোয়বা শিঙথানিংঙাই ওইবা মগুণনি।

***৭৫শুবা ৱাহং : গুরু মখল কয়া শুবগে ? মখলশিং অদুগী***

*মনুংদগী করম্বনা খ্বাইদগী মরু ওইবনো ?*

*পাওখুম* : তোঙান তোঙানবা মখল কয়াগী আধ্যাত্মিক লৌশিং-জ্ঞান তাকপিরিবা গুরুসি মখল নিপালনি। মখোয় অসিগী মনুংদা তশেং তশেংনা মরু ওইরিবসি "বিহিতা গুরু" – {Vihitha Guru} হায়বসিনি, অসিগুম্বা মখলগী গুরু অসিনা মাগী শিশ্যশিংগী পুক্লিংদা লৈবা চীংনবা পুম্নমক কোকহনবি লোয়ননা মশা কনানো খঙজনবগী হায়বদি আত্মা মশক খঙজনবগী লম্বি অদু উহনবি, খঙহনবি। গুরু অদুনা অজ্ঞানগী অমম্বা লম্বি পুম্নমক মাঙহনগদবনি।

***৭৬শুবা ব্রাহং*** : *সংসারগী অব্বা-অনা অমদি খুদোংথিবা লৈরিবা পুম্নমক অসিদগী কোক্লবা করি উপাই লৈবগে ? উপাই অদু মতৌ করম্না ফংবা ঙমগদগে ?*

*পাওখুম* : অব্বা-অনা অমসুং খুদোংথিবা পুম্নমক অসিদগী কন্নবা উপাইদি জ্ঞাননি। মসি ফংনবা লম্বি কয়ামরুম লৈশ্রে, পুম্নমক অদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী মরুওইবা লম্বিদি ভক্তিগী লম্বি – (the path of Bhakthi) অসিনি। হায়রিবা লম্বি অদু বসিস্তা, নারদা, ব্যাস অমসুং গৌরাঙ্গনচিংবা অচৌবা মীওইশিং অসিনা চৎখিবনি। জ্ঞান অসিদগী ফংলকপা/ফাওরকপা স্বগগী ওইবা, হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী লম্বি অদু ভক্তিগী মহাও লৈরবা ঈশিং অদুদা হিংজবনি। মরম অসিদগীনি থৌজালতনা থুমহৎলবা অমদি নুংশিবা প্রেম খক্তগী শকলোন ওইবিখিবা শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা তাকপিরম্বা "ঐহাক অসে ভক্তিগী পাম্বৈনা খঙবা ঙমই"। – {Bhakthyaa maam, abhijaanaathi}

***৭৭শুবা ব্রাহং*** : *ভক্তিগী পাম্বৈনা শ্রীভগবানবু ফংজবা, খঙজবা ঙমই হায়বা ব্রাফমসিগী নুংগী ওইবা করি অর্থ লৈবগে ?*

*পাওখুম* : ভক্তিগী লম্বিদা অথিংবা লৈতে হায়বদি নুপা, নুপি, অঙাং, অহল, লায়রবা, ইনাকখুনবা, অব্রাংবা শাগৈ নত্রগা অতোনবা শাগৈ নচিংবগী অথিংবা অমতা লৈতে, চৎনিংবা মী অমনা হেক্তা চৎচবা য়াই হায়ববু তাকপিরম্বনি। অদুগুম্বা জ্ঞান অদু ফংনবা হোৎনজবদা নুপিদি য়াদে হায়বা তারবদি শিবনা পারবতীদা বেদান্ত তম্বিবগী ব্রাফম নত্রগা কপিলচার্জ্য হায়বা অব্রাংবা থাক্কি যোগি অদুনা মাগী মমা দেবহুতিদা সংখ্যাগী নিয়ম

কমদৌনা তাকখিবা নত্রগা য়াজনবালক্য হায়বা অৱাংবা থাক্কি ঋসি অদুনা বেদান্তগী মরু ওইবা ৱাফমশিং মাগী নুপি মাইত্রেয়ীদা করিগী তম্বিখিবা। মতঙ্গ হায়বা অচৌবা থাক্কি যোগি অদুনা অতোনবা থাক্কি সবরী হায়বী নুপি অদুদা ব্রমহজ্ঞানগী অরুবা ৱাফম কমদৌনা তম্বিখিবা। য়াম্না কুইদ্রিবা ৱাফম ওইনা সুরেশৱারাচার্জ্যগী লাইরিক হৈবী নুপি (wife) না সংকারাচার্য্য মশামক্কা ব্রমহজ্ঞানগী লুরবা মতাংদা য়েৎনখিবা ৱাফমদু খঙদবা কনা লৈরিবগে ? অসুম্না, ঈশ্বর হায়বসিদি পুম্নমক্না চংজবা য়াই, ফংজবা য়াই হায়বদু খঙহনবিবনি। মরম অসিদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অমুক মখা তানা তাকপিখি ঃ "ঐনা কনাবু হেন্না নুংশিবা নত্রগা ৱাৎপগী ৱাখল লৈতে, ওইনিংবা অমা ওইজৌ, ঐবু থাজনা নিংজরবদি ফংগনি। অদুগা ঐসু অদুগুম্না মীওইশিং অদুগী থম্মোয়দা ঐগী শকলোন উহনগনি।"

***৭৮শুবা ৱাহং*** ঃ *আত্মা মশক খঙনবা হোৎনবদা করি করি খুদোংথিবা/খুরৌচেনবা লৈবগে ? মখোয়শিং অদু করি করিনো ?*

***পাওখুম*** ঃ আত্মা মশক খঙনবা হোৎনরকপগী খোঙজংদা খুরৌচেনবা মরি লৈ, মখোয় অদুদি – অহানবদা, লায়া (laya); ২শুবদা, ভিক্ষেপা (Vikshepa); ৩শুবদা, ক্ষায়া (kshaya); অমসুং ৪শুবদা রস-আস্বাদনম (Rasa-aaswaadanam) অসিনি।

***৭৯শুবা ৱাহং*** ঃ *সংসার অসিদা কনানা খ্বাইদগী লায়রবা মীনো ?*

***পাওখুম*** ঃ অপাম্বা অদুক্কি মতিক য়াম্না লৈরিবা মহাক অদুনা খ্বাইদগী লায়রবা মীনি। অপাম্বা পুম্নমক থাদোকপগী য়াম্না নুংঙাইরবা থাক অদু য়ৌদ্রিবমখৈ ঐখোয় লায়ররিবনি।

***৮০শুবা ৱাহং*** ঃ *ঈশ্বরসি কয়াম লাপ্না লৈবগে ?*

***পাওখুম*** ঃ ঈশ্বরদি নংনা ঈশ্বরদগী লাপ্না লৈবদুমুক নক্না লৈ।

***৮১শুবা ৱাহং*** ঃ *অবতার কয়াম লৈখ্রবগে ? পুম্নমক অদুগী মনুংদগী কনাগী অবতারনা খ্বাইদগী অথোয়বনি, অহেনবনি হায়না লৌবা য়াবগে ? করম্ননো ?*

***পাওখুম*** ঃ মশিং লাকওমদ্রবা অবতার কয়া লৈখ্রে। পুম্নমক

অদুগী মনুংদা দ্বাপুর যুগতা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার অসিনা পুমথোয়-থোয়বা, পুমতোপ-তোপ্পা অবতারনি।

"Of all incarnations, the supremest and the most blissful is the Krishna - form. ........ It is unique"

হেক পোকপগা মাগী মাম্মগী কৈশুম-শঙদগী পুথোরক্লগা ব্রজ-বৃন্দাবন্দা চহি ১১ লৈখি। মতম্ অসিদা থোকখিবা থৌদোক্-ৱাথোক্, শান্নখিবা লীলা ময়াম্ মীওইপোক্তা পোকপা হৈশিংলবা কনানা শিংথাবা ঙম্লদ্রি। অবতার পুরুষখক্তনা ঙমগদবনি। মীওইবনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈনা ফোংদোকপদা মপুং ফাবা ঙমদ্রবা লীলা ঙাক্তনি।

ইবুংঙোসি মিনিট অমতা তুমিন্না খক লৈতে; মথোঙ-হুক্তবা, চোঙলম্ চাদবা থবক্ ঙাক্তা তৌই; চোঙলম্ চাদবা থবক অমতা তৌদে; ব্রজবাশি পুম্নমক্না মাবু উদ্রে লৈঙমদে উরে হায়ফম তৌফম খংদে, খোয়রাং-খোয়শাওই; ইবুংঙোনা চঙখিবা যুম খুদিংদা কাং-খোঙ চায়দবা য়াওদে, মমৌগা মনেমবোক্না খৎনগনি, মতৈ-মনাও খৎনগনি, মমা-মচা খৎনগনি, মানা তুমিন্না কুম্মেদু য়েংদুনা নুংঙাইনা লৈগনি, মানা অপাম্বা, চানিংবা লৌনিংবা মাগী কুশিনি, কনাগী য়াথং ঙাইদে। পুম্নমক মানা লোয়না শিনগনি; অদুবু মাদি করি অমতা খঙদবা শাদুনা লৈগনি। ইবুংঙোসি ওইদবা অমতা তৌদে, অওইবা অমতা তৌদে; অচুম্বা অমতা ঙাংদে, ওইদবা অমতা ঙাংদে; মবুক পিক থন্না চারবসু করি অমতা চাদ্রি হায়গনি, চাদবসু মালহল্লগনি; করি অমতা চাদ্রিবদুসু চারে হায়গনি, মবুক থন্না চারবা মালহনগনি।

হৌমিন-চামিন্নরক্লবী ইবেম্মা রাধিকানা লৈরিবা ভৃশভেন্দ্রপুর কৌবা খুঙ্গং অদুদা নুমিৎ খুদিংগী চৎলি, মী পুম্নমক্না মানা শরক মথক্তা চৎপদু উই, খঙই, অদুবু মমা যশোদানা করিগী অদুক্ লাপ্না চৎপরা, লৈকায়শিদা নমান্নবা অমতা লৈত্রবরা হায়না চৈ-থাংবা মতমদা ইবেম্মা রাধিকাগীদা শুংচৎ-চত্তে খুমই, চাননা চত্তবা মালহল্লি; মমাসু থাজে; মাগীনি, মীগীনি হায়বা ৱাখল, লৈতে, যুম খুদিং চংদুনা মাখন হুদুনা চাগনি, হংলুরবসু অমতা চাদে হায়গনি, পুম্নমক থাজহনগনি। মওং-মতৌ পুম্নমকসি উরুরগা মহাকসে সংসারগী, কাংলম্-চাদবা, মথোং-হুক্তবগী মপুন-মচা অমদৌনা উহল্লি। "A little bundle of mischief"।

অদুবু, পুন্নমক অসিগী মায়োক্তা ব্রজবাসি অমতনা মঙোন্দা সেকেন্দ অমগী অশাওবা-নুংঙাইতবগী ৱাখল লৈহন্দে; মহাক হেক উদবদা পুক্লিং লৈতাদে, লৈঙমদে; মশক হেক উজবদা, ফিজি-ফিনা হেক সোকচবদা, ৱাঙাং অমতং হেক তাজবদা মীকুপ্তা পুন্নমক পুমশুম-শুমহৎলি, সংসার অসি কাওহল্লি, মপান-নায়দ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওহল্লি। থৱাই পানবা-পান্দবা জীব পুন্নমক ইবুংঙোতবু উজনিংবা, ইবুংঙোতগা লোয়নজনিংবা, হেক উদবদা ইবুংঙো য়াওদ্রবা পুন্সিসে হিংঙুদুনা করি তৌখিগদগে খলহনবা, শুমহৎপা, অথুম্বা, নুংশিবা – প্রেম হায়বা পোৎশক্তুদনা তাশিল্লগা শাগ্রবা, মীওইবনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসিনা ফোংদোকপদা ৱারবা, ৱাহৈশিং অসিগী ৱাংমদা লৈখ্রবা গুণ কয়ানা লৈতেংলবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি।

জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়দা ইবুংঙোনা ফাওহল্লিবা শুমহৎনবগী, নুংশিবগী ৱাখললোন অমদি ইবুংঙোগা মতম খজিক্তং কায়নবদা মখোয়না কয়া ৱানা খাঙজবগে হায়বদু নক্মন্নবদগী উজবা ঙমদ্রবা মনায় ভক্ত উধবদা কৃপা পিবিরগে হায়দুনা মনায়বু বৃন্দাবনগী গোপ-গোপি শিংগী মফমদা নোংমখক্তংগী ওইবা পাখোন্ অমা থাখি। করম্না ইবুংঙো থাদোক্তুনা চৎকদগে হায়বগী অৱাবা পোকখি। অদুবু বৃন্দাবন্ য়ৌরগদি ইবুংঙোগী নাক্তা হন্গনি হায়বা ফাওবদা কাওখি। য়েংখি-য়েংখিবা মায়গৈ খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ঙাওরবা, ঙাওরবী ঙাক্তা উরকখি। চীং-মান, উরি-ৱারি, হৈপাল-লৈপাল, উচেক-ৱায়া পুন্নমক্না কয়া ৱানা মমিত্তগী পিরাং শিন্থনা লৈরম্বা অদু উরুবদগী মপোক-মপোক খুদিংদা ইবুংঙোগী সেবা ফংজনবা ব্রজগী গোপ-গোপি ওইনা পোকহনবিয়ু, তোল্লবা ননায় উধবনা গোপ-গোপিগী মপোক অদু ফংঙমদ্রবসু বৃন্দাবনগী উরি-ৱারি ওইনা পোকহনবিয়ু, মদু ফাওবদা ফংঙমদ্রবসু ব্রজগী গোপ-গোপিশিংনা তত্তনা নেত্তুনা চৎলিবা নাপি ওইনতদি পোকহনবিয়ু হায়না তেংথাজখিবা অদুনা শ্রীকৃষ্ণ অবতারগী তোপ-তোপ্পা মওং-মগুণ অদুগী শরুক খজিক্তং ফোংদোকপিবতনি। ইবুংঙোগী থৌওংশিং অসিদি মীওইবগী ৱাহৈগী ৱাংমদা লৈখ্রবা ঙাক্তনি।

ওঁ সাই রাম্।

# সাই ভক্তশিংগী মখোং

১। নখোয় সাই ভক্ত ওইরবদি সাইগী ফিদম্নফম– (Ideal) করিনো ? পূম্নমক্কা নুংশি-চান্নৌ, অমতা ওইয়ু; পুম্নমক্ ঈশ্বরগী মচাশিং ওাক্তনি খল্লু। মী পুম্নমক্ নচিন-ননাওনি অমদি ঈশ্বরনা পুম্নমক্কি মপানি খল্লু। ...........অমতবু তুক্কচগনু। কনা অমতবু চৈগনু। কনা অমতবু মথৱাই নাহন্গনু।

২। অচুম্বা ঙাওউ, তৌবদদি য়াম্না ফজবা মওংদা ঙাওউ। তারিবা মীদুনা য়ানববা মওংদা ঙাওগনু; অচুম্বা ঙাওবনা মীঙোম্দা অৱা-অনা পিগদবা লৈরবদি তুমিন্না লৈউ, ঙাওলগনু।

৩। নখোয়না সাই ভক্তনি হায়রিবসিবু করি হায়রিবনো ? পুম্নমক্কা অমতা ওইনা নুংশিননবা হোৎনগদবনি। ঈশ্বর অমখক্তগী মচানি, পুম্নমক ইমুং অমতগী মীওই ওাক্তনি খনগদবনি। অসিগুম্বা ৱাখল্লোন অসি নশাদা য়াওহম্বা ওল্লবতদা নখোয় সাই ভক্তনি হায়জবা য়ারে।

৪। অশাওবা অমসুং মিহৌববু খুদুম চনশিল্লু। মদু ওল্লবদি অশেংবা ভক্ত অমগী খুদম্নি, নশানা ৱা ঙাওবা মতমদা ৱাফম অদু লাওথোকচৌ; তৌবদদি, মতম অদুদা নশাগী মদ থাদোকত্রবা অমদি পুম্নমকপু চপমান্ননা নুংশিবা ওমদ্রবদি শ্রীভগবান্না নহাক্কি ভক্তি অদু মশক্ খঙ্বিরোই, য়াবিরোই।

৫। পুম্নমক্কি মফমদা অফবা অমদি থৌজালহৈবা মী ওইদুনা থম্মোয় অদু শেঙ্দোকউ। মীগী মরাল্ পুথোক্লবা হোৎনগনু। মানা-মানা তৌজরিবদুদা নুংশিনা, ব্যবহারগা লোয়নননা অমদি থাজবা মিৎয়েংনা য়েংউ। নচা-ননায়দা লুনা-চান্না তৌবিনবা ঐনা হায়রি। কনা অমতবু নপুক্লিংদা তুক্কচবা, নুংশিদবা ৱাখল থমগনু; করিগুম্বা পেন্দবা নত্রগা শাওনিংবা লৈদুনা ৱাহৈনা খরমখৈ ফোঙদোকখ্রবসু থবক ওইনদি চৎথগনু। নহাক্কা তৌখিবা অরাম্বা খরদুগী অনুতাপ্ তৌজৌ অদুগী মতুংদা অমুক হন্না তৌদনবা নপুক্লিং

লেপ্পু; নহাক্কি ৱারেপশিংদু থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙমজনবা ঈশ্বরদগী পাঙ্গল্ নিজৌ ।

৬ । নঙোন্দা মদ কানিংবগী ঈনিল্ অমা লৈরিবদু মরু ফুক্তৎতুনা মাঙহনখো; ঐগী মাগী হায়বা ৱাখল অদু থাদোকউ অদুগা কনাগুম্বা নঙোন্দগী হেন্না লায়রবা অমসুং মরায়বক থিরবা অমদা নঙনা তৌবিখিবা মতেং অদুদগী নশাদা ফাওরকপা অচাউরম্-নাপল্গী ৱাখল্ অদু মরু ফংনা মাঙ্হনখ্রো ।

৭ । নহাক্না হেন্না নুংঙাই-য়াইফবা মীনি হায়না চাউথোকচনিংবা ৱাখলগা নত্রগা অৱাংবা থাক্কি মীনি নত্রগা মীঙোন্দগী থাগৎ ৱাহৈ ফংনিংবদগী নত্রগা মীনা মশক্ খঙ্বিনবগী নত্রগা মনা (রিৱার্দ) অমা ফংনিংবগী ৱাখলদা অতোপ্পগী সেবা তৌগনু ।

৮ । সেবা হায়বসিদি ভক্তিগী খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎশক্নি, ভক্ত অমগীদি থাদোকপা শুকয়া য়াদ্রবা নিতিনি, ভক্ত অদুনা তশেং-তশেংনা মশানা শাথেংনজরকপা চাংয়েংদগী ফাওরকপা ৱাখলনি হায়বদি জীব পুম্নমকসি ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি হায়না মশা মথন্নতা ভাব তাজরকপদগী অমদি হকচাং পুম্নমকসি ঈশ্বরনা লেঙশিল্লিবা শেঙ্লবা লায়শঙ্নি অমসুং মফম পুম্নমকসি ঈশ্বরগী লৈফম্নি হায়না মশা মথনতনা খঞ্জরকপদগী ফাওরকপা ৱাফম্নি ।

৯ । আধ্যাত্মিক্কি লম্বিদা লাক্লবা সাধকা অমনা খুদক্তগী চুরুট থকপা, য়ু-থকপা, শা-চাবা অমসুং জ্বার শান্নবা থাদোক্কদবনি ।

১০ । নখোয়না নিংশিংগদবদি নথৌচুম্না তৌবা, থকসি-খাসি নায়বা অমসুং ভক্তি লৈবা হায়বসে সাধকা খুদিংমক্কি তঙাইফদ্রবা মগুন্নি। নহাক্কি ভক্তি ফজনা লৈজবা য়াই, নথৌ খুদিংমক্ ফজনা পাঙ্থোক্লম্বা য়াই; অদুবু নশাদা থকসি-খাসি ঙাক্পগী ৱাখল্লোন অদু মপুংফানা লৈত্রবদি অনি অদু করিশু কান্নদ্রে ।

১১ । নহাক্কি ভক্তি অদো পুম্নমকপু সেবা তৌনবনি হায়বগী মওংদা উৎলু; অহিংবা ঈশ্বর অমগী শক্লোন ওইনা উহল্লু । মীপুম্ খুদিংদা লৈরিবা ঈশ্বরদু য়েংউ, নঙগী য়েক্লবনি হায়না খল্লিবা মীশক্ অদুদা লৈরিবা ঈশ্বর

অদুবুসু য়েংউ। নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা পুম্নমকসি ঙম্নবা অভ্যাস্ তৌ।

১২। কনাগুম্বা অমতদা ব্রারৌহনগনু নত্রগা অমাঙ-অতা তৌরুগনু; অদুম তৌরবদি মদু ঈশ্বরবু তশেংনমক পুজা তৌজরবনি মরমদি অতোপ্পা মীশক্ অদো অওইবমক্কি ওইনা নঙ্ নশামক্লি।

১৩। সাইগী মিংখৈরোনবু মরৈদা পক্লবা হায়বদি তত্তনা শোঞ্জরবা মহাক অদো তাইবং সংসারদা লৈরিঙৈদা মুক্তি ফংলবা মীশক অমনি মরমদি তত্তনা সাইগী মিংখৈরোন্ নিংশিংজবদুনা মদ কাবগী ব্রাখল পুম্নমক্ লৈহন্দ্রে অমসুং মশাগী আত্মাবু শিবা লৈত্রবনি, অহোংবা লৈত্রবনি হায়বদু খঙ্জনবগী কৃপা অদু পিনবিরে।

১৪। ঈশ্বরগা মরুপ্ ওইনবা নহাক্লা তঙাইফদনা হোৎনগদবনি। অদুগুম্বা মরুপ্ ওইজবদুবু অমুক্তং ফংজখ্রবদি নহাক্লা অপাম্বা খুদিংমক্ ফংবা ঙমলগনি। মদুদগী নহাক্লা নুংঙাইবা পুম্নমক্ ফংবা ঙমলগনি।

১৫। অশেংবা ভক্ত অমনা মহাক্লা ঈশ্বরদা লৈজরিবা থাজবা অদুদা সংসারগী অকা-অকুম নায়বা থৌদোক্লা করি অমতা শোকহন্দনা য়াম্না চেৎনা লৈগনি। মহাক্লা সংসারগী ওইবা নুংঙাই য়াইফবা নত্রগা লন্থুম খক নিররোই; সংসারগী ওইবা হরাও-নুংঙাইবা অসিনা শোকউবা ঙমদ্রবা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তিঞ্জবা অদুতা নিজরগনি।

১৬। মদ কাবা নত্রগা নাপল হায়বসি ভক্তি খক্তনা মাঙ্হনখিবা ঙমই; শ্রীভগবান্গী মতিক মগুণ খক্ শোঞ্জবনা, অমসুং নোল্লুকপনা অমসুং শ্রীভগবান্গী মচা ওইনা অতোপ্পগী সেবা তৌবনা মাঙহনখিবা ঙমই।

১৭। ভক্তশিংনা সংসারগী ঙাইহাক ঙাইহাক্কি ওইবা অপাম্বশিংনা মরুওইদে, ঈশ্বর খক্তনা মরুওইবনি হায়বসি খনগদবনি। নহাক্লা ঈশ্বরবু ফংজখ্রবদি অতোপ্পা পুম্নমক্তুদি ইরায়-লায়না ফংবা ঙম্লে। অদুনা ঈশ্বর হায়বসি নঙগী অশেংবা নরলনি। অশেংবা নরল্ হায়বদি ঈশ্বরনি।

১৮। সাই ভক্তশিংগী ফিদমদি খুৎনা থবক কন্না শুবা; কোকনা সমাজ সেবাগীদমক্ খনবা অদুগা থম্মোয়না মিনুংশিতনা থনবনা ওইগদবনি।

১৯। ওইনিংবা থবক অমা ওইজসনু, নহাক্না মদু তৌবা মতমদা য়াম্না হৈনিংনা অমদি পাম্না তৌগদবনি।

২০। মীওইবনা পুন্সিগী মিকুপ্ খুদিংমক্তা থবক্ শুগদবনি, মসি মাগী থাদোকপা য়াদ্রবা মথৌনি। মহাক্না মালেম্ অসিদা হিংজরিবা অসিমক্ মানা হোৎনজবা অমদি পাঙ্থোক্লিবা থবক অদুগী মখা পোম্বনি।

২১। নঙোন্দা করিগুম্বা থবক্ অমা শিন্নবা মতমদা মদুদা থব্বাই-হকচাং পুম্নমক্ য়াওশিল্লু; নঙনা নথৌ অদু পাঙথোকপা মতমদা কাওরোইদবদি নঙনা তৌরিবা থবক্ অদু ঈশ্বরগী থবক্নি হায়বসিনি। থবক অদো শ্বামিগীনি হায়বসি চপচানা থাজরো অদু ওইরবদি নঙোন্দা পাঙ্গল অমসুং নুংঙাইবা পিবিরক্কনি।

২২। য়াম্না শেংনা নথৌ পাঙথোকপা হায়বসিমক্ ঈশ্বরগী সেবা অমনি। নোংমগী মনুংদা নঙোন্দা শিন্নরিবা থবক্ অদু নহাক্না মিকুপ্ খুদিংমক্তা য়াম্না অচুম্-চুমদ য়েংলগা পাঙথোক্লবদি মদুমক্ ঈশ্বরগী সেবানি।

২৩। নহাকপু করিগুম্বা থবক অমগীদমক্ করিগুম্বা মফম অমদা থম্বদা মদু ঈশ্বরনা থবক্ অদুগীদমক্ নঙবু মফম অদুদা থম্লিবনি হায়বসি থাজৌ।

২৪। ঐখোয়না তৌগদবা থবকশিংসে অনিথোক্না খায়দোক্তুনা শরুক অমনা ঐগীনি, অদুগা শরুক অমনা লাইগীনি হায়বসি পাপনি হায়না বেদনা লাউরি-তাকপিরি। ঐখোয়না পুন্সিদা তৌগদবা থবক্ খুদিংমকসে ঐগীনি (নঙগীনি) হায়বা য়াবা অমতা লৈতে। খুদিংমক্ ঈশ্বরগী থবক্ ঙাক্তনি।

২৫। নহাক্কি থবক খুদিংমক্ ঈশ্বরদা কৎচবনি খন্না পাঙ্থোকউ। ওফিসকী থবক্কা সাইগী থবক্কা খেন্নবা থমগনু। আধ্যাত্মিক্কি থবকশিংসে অপিকপা ব্রাখল্লোন্দা শরুক কয়া থোক্না খায়দোকপা য়াদে।

২৬। অশেংবা ভক্ত অমদদি মাগী তৌফম থোকপা মথৌ খুদিংমক্তা য়াম্না হরাও-হৈনিংনা ব্যবহার তৌগনি। মঙোন্দা পিরকপা থবক্ খুদিংমক্তা মদু ঈশ্বরনা পেনবিরগদবা সেবানি খল্লগা য়াম্না হরাওনা পাঙ্থোক্কনি।

২৭। য়াম্না নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা থবক তৌ; মদুনা নঙবু

ঈশ্বরগী সেবা/পুজা রোমদা চিংশিনগনি হায়বদি নঙনা কান্নবা ফংগদবা অদুগী চাং য়েংদনা থবক অদু তৌ; থবক অদু অদুম তৌ, মরমদি মদু নঙগী নথৌনি, তৌ, মরমদি নহাক্ থবক তৌজবা পাম্বনি; তৌ, মরমদি ঈশ্বরনা নঙোন্দা পিবিরিবা লৌশিং অদুগীদমক্ নহাক্না তৌবিমল খঙ্বা উৎনবগী লম্বি অদু মদুনা ওইবনি।

২৮। ইথৌ পাঙ্থোকপা হায়বসিমক্ ঈশ্বরনি; থবক্ হায়বসি পুজানি। নঙোন্দা পিরিবা শক্তি অদো য়াম্না তৌবিমল্ খঙ্বা উৎপগী ৱাখল্লোন অমদি ব্যবহারগা লোয়নননা শিজিন্নৌ।

২৯। সোসিয়েল সার্ভিস হায়বদি লমজাওদা, লৈরক-খুল্লক্তা থোক্লগা শেঙ্দোকপা অদুখক্তনা ওইদে। নহাক্না পাঙ্থোক্লিবা থবক অমা নত্রগা অমদা নত্রগা ওফিসিয়েল অমা ওইনা নত্রগা কর্ম্মি অমা ওইনা পাঙ্থোকপা মতমদা থবক অদু য়াম্না নিংথিনা, তরুতনান্না, হৈনিংনা অমদি ভক্তিগা লোয়নননা পাঙ্থোক্লবদি মদুসু সোসিয়েল্ সার্ভিস (সেবা) অমনি।

৩০। ইন্দ্রিয়গী পেন্নবা তৌরিবা থবক্ খুদিংমক্ ধর্ম্মগা মরী লৈনবনি হায়না লৌবা য়াদে। থবক্ অদু পাঙ্থোকপা মতমদা নপুক্লিংদা লৈরিবা ওইজবা থিবগী ৱাখল্ অমদি তোঙান-তোঙানবা অপাম্বশিং অদু লৈহন্দ্রবা মতম অদুতদা নহাক্না তৌরিবা থবক্ অদু ধর্ম্মগা মরী লৈনৈ হায়না লৌবা য়াই।

৩১। নহাক্না করম্বা থবক্ থৌরম্ অমা তৌরিবগে হায়বদুনা থোইদোক্তে হায়বদি মরু নত্তে নত্রগা নহাক্না করম্বা মমিং অমসুং মুর্ত্তি অমা ইরাৎচরিবগে হায়বদুদা থোইদোক্তে। থৌরি হায়বসিদি থৌরিনি হায়বদি চেন্-হায়বসি চেন্-নি। য়োৎনা শাবা য়াই, সনাগী ওইবা য়াই, মাগী মথৌদি পুল্লগদা লোয়রে। মতৌ অসুম্না, নহাক্না তৌরিবা অদো ওইনিংবা অমা ওইজসনু মদু পাঙ্থোকপদা আত্মাধর্ম্মনা য়ুম্ফম্ ওইরবদি অমদি আত্মাতত্বনা য়ুম্ফম অদুগী হৌফম্ ওইরবদি মদু চিংনবা লৈতনা ধর্ম্মগী থবক্লি। অসিগুম্বা থবক্কী ফল ওইনা মহাক অদো শান্তি পিনবিগনি হায়বদি মুক্তি পিনবিগনি।

৩২। শিনফম্ খুদিংমক্কি মাগী-মাগী ধর্ম্ম অমমম্ লৈজৈ হায়বদি থবক্ অদু পাঙ্থোকপদা তৌবা য়াবা নত্রগা য়াদবা নিতি-নিয়ম্ খর লৈজৈ;

নহাক্লা অদুগুম্বা নিতি-নিয়মশিং অদুবু ঙাক্লা চৎলবদি মতম খুদিংমক্তা নুংঙাইবগী শরুক্ অসি অসুম্-অসুম্ হেঙ্গত্তুনতা লৈগনি।

৩৩। মীওইবা খুদিংমক্লা ঈশ্বরনা পিবিরিবা লৌশিং, জ্ঞান খুদিংমক্ মশাগী ফনবা মায়গৈদা শিজিন্নবদা নত্তনা মীওইবা জাতিগী য়াইফনবদসু শিজিন্নগদবনি।

৩৪। নহাক্কি শিনফম্গী পুন্সিদা থম্লিংবা ফিভম্ অমদা নহাকপু থমজসনু, মতম খুদিংমক্তা নহাক্ ওইদবা খক্ তৌগনু। নহাক্লা ধর্ম্মবু ঙাক্লা চৎকদবনি।

৩৫। মীঙোন্দা শেল্ পিজদুনা মীনা য়াহন্নবা খক্ তৌগনু; নত্রগা মীঙোন্দগী শেল্ চাদুনা নশাগী নগুণ্ হম্বহনগনু।

৩৬। আধ্যাত্মিক্কি লম্বিদা চংলে হায়দুনা হায়বদি ভক্ত অমা ওইরে হায়দুনা সংসার অসি থাদোকপগী মথৌ তাদে। হুইনা চানবা মচেৎ মকায় থিবগুম্না থবক্কি কোয়তান্ তান্নবগী দরকারসু লৈতে। নখুত্তা লৈরিবা থবক অদুদা অদুম্ পায়দুনা লৈয়ু অদুগা ইমুং-মনুংগী নচা-নশুগী নিংথিনা য়েংশিনবিদুনা লৈয়ু। ফিদম্নিংঙাই ওইবা পুন্সি অমদা লেল্লু।

৩৭। পুকচেল্ শেংউ, নিংথিনা অপাম্বা থাদোকউ অদুগা ঈশ্বরবু থম্মোয়দা চেৎনা নিংজরগা নঙ্না পায়রিবা নথৌ অদুদা নঙগী বুধি-লৌশিং পুম্নমক্ শিজিন্ননবা চংশিল্লু।

৩৮। নশানা হোৎনজদুনা, থবক কন্না শুদুনা নশাগী হুমাংমন্না শেল্ তাল্লু, অদু ওইরবদি নঙ্ অমসুং নঙ্গী ইমুং-মনুংদা নুংঙাইনা লৈজবা ঙমগনি।

৩৯। পুন্সিগী জীবিকাগী লম্বি থিরকপদা নত্রগা থৌদোক্ অমা থেংনরকপদা অচুম্বদা চৎলু। অরাম্বা পাম্বৈনা ফংলক্পা শেলদি লাকলিবা মায়গৈ অদোমদা অদুম্ চৎখিগনি।

৪০। নহাক্লা নুংশিজবা মীশক্ অদুগী সেবা তৌ। নঙনা সেবা তৌরিবা মীশক্ অদুবু নুংশিয়ু।

৪১। নহাক্না পাঙ্থোক্লিংবা থবক্ অমদা নত্রগা তৌনিংবা সেবা অমা তৌবদা সেবারি নহাক্না সেবা তৌরিবা মীশক্ অদুগী মফমদা য়াম্না নুংশিবা প্রেমগী ৱাখলগা লোয়ননা সেবা তৌগদবনি।

৪২। ইশানা ইশাবু থাজজবা হায়বদি নঙ নশামক্ অসি সিমানা লৈত্রবা আত্মানি হায়না থাজবা অসি ধর্ম্মনা নঙোন্দা নৌহৌনা হাপ্লিবা চাওরবা ঈনোংনি।

৪৩। অপুন্বা থবক্ অদুগী মনুংদগী মানা-মানা ঙস্বা য়াম্না মমল্ য়াম্লবা শরুক্ খরদং পাঙ্থোক্লিবনি হায়না খন্না কর্ম্মি খুদিংমকপু ঐখোয়না ব্যবহার তৌগদবনি।

৪৪। নহাক্না থবক্ অমা তৌবা মতমদা মসিনা ঐগী শরুক্লি, মদুনা মাগী শরুক্লি হায়দুনা য়েৎনগনু; হেন্দোক-হেঞ্জিনগী মরমদা য়াম্না চেক্শিন্বা মীশক্ ওইগনু। অমগা অমগা তেংবাংনৌ, য়াম্না নুংশি-নুংওন্না, হরাও-তয়াম্না অৱাৎ-অপা মেনখৎনৌ; অমগা-অমগা নপাঙ্গল হাপকৎনৌ।

৪৫। নুমিৎ খুদিংগী নঙ্না থবক্ হৌদ্রিঙৈদা য়ামদ্রবদা মিনিট খরদি পাঙ্গল্, লৌশিং, থৌনা পিবিনবা খুরুমজৌ; নোংমগী থবক্ লোয়রক্লবা, নুমিৎ তারক্লবা মতমদা অশেংবা মফম অমদা ঈশ্বরগী মতিক্ মগুণ্ শক্-শোনজবগা লোয়ননা নোংমদুমা তেক্ত-কায়দনা ঙাকপি শেনবিবগী তৌবিমল খঙ্বা থাগৎ-ৱাহৈ কৎলু।

৪৬। সাই ভক্ত, সাধকা, কর্ম্মি খুদিংমক্লা অয়ুক্ ফমুংদগী হেক হৌগৎলকপা মতমদা মখাগী অসুম্না খুরুমজৌ; "শ্বামী" নহাক্না ঐখোয়গীদমক্ থম্বিরিবা মগুণ অহুম্ অদুবু শোকহন্বা য়াবা অরান-অহুই পুম্নমক্তগী কনবিয়ু। ইশাগী পুন্সি অসি ফগৎহন্নবা হোৎনজবদা চংলিবা তঙাইফদ্রবা, লৌশিং, থৌনা, হৈশিংবা অমদি হৈনিংবা ৱাখল্ পিনবিয়ু। অচুম্বা লম্বিদা লমজিংবিয়ু; ঐনা হোৎনজরিবসিদা অফবা মিংচৎ ফংজনবা নহাক্কি থৌজাল্ মরাং কায়না পিনবিয়ু; ফত্তবা ৱাখলনা অরানবা লম্বিদা চৎনিংলকপদগী ঙাক্-শেনবিয়ু।"

৪৭। দরকার হেক লৈবা মফমদা, ঐখোয়গী পাঙ্গল্, শেল্, পুক্লিং অমসুং লৌশিং পুম্নমক্ সেবাগীদমক্তা কৎথোক্কদবনি। সেবা তৌনিংবগী

ৱাখল্ লৈরবতদা নহাক্ লুচিংবা অমা ওইবা ঙমগনি। সেবারি/মনায় ওইদনা নহাক্না লুচিংবা ওইবা ঙমলোই। কমদৌনা সেবারি ওইদনা লুচিংবা ওইদৌরিবা ? সেবারি ওইবনা লুচিংবা ওইনবগী খ্বাইদগী ফরবা তমফমশঙ্নি-স্কুলনি।

৪৮। ওঝা অমগা গুরু অমগা খেন্নবসি য়াম্না নিংথিনা লৈখ্রে। ওঝা অমনা মানা হেক্ হৈজবা, তমজরকপা পুন্নমকসি রিৱার্দ খর ফংনবা তাকপিবনি; অদুগা গুরু অমনা মাগী কৃপাদগী, থৌজালদগী নঙগী থম্মোয় নুংদা চংখি অমসুং থম্মোয় চাউথোকহল্লি অদুগা শ্রীভগবান্গী মতিক্-মগুণ্গী মরমদা নিংথিনা খঙবা ঙমহল্লি। অসিগুম্বা জীব অমা গুরুগী মওংদা, শক্তমদা মতাং চারবা মতমদা হেক-হেক লাকই।

৪৯। কনাবু অসেংবা/তশেংবা গুরুনি হায়গনি ? মশানা তাকপিরিবা, তমবিরিবা, খল্লিবা ৱাখল্লোন্ পুন্নমক্ মশানা চপ্চানা চংপা, লমচং ফজবা, অফবা অচুম্বদা খন্বা, অচুম্বতবু ব্যবহার তৌবা, পুক্নিংদা নত্তবা, ওইদবা খন্দবা, য়াম্না থকসি-খাসি নায়বা, মথৌ মশক্ মুন্না খঙবা অদুগুম্বা মীশক্ অদু তশেংনা গুরু অমনি।

৫০। মমা-মপা ওইবী-ওইবশিংনা মচা-মশুশিংগী মমাংদা য়াম্না অফবা, ফিদম্নিংঙাই ওইবা ঙম্লবতদা (বাবাগী) থৌজাল্ ফংবা ঙমগনি।

৫১। খ্বাইদগী অহানবা গুরুদি ইমানি; মহাক্কি পাওতাক্, মহাক্কি লমচং-শাজং, মহাক্কি চীকোন-নাওকোম্বা মওংনা য়াম্না মরুহক্না অমসুং মতম কুইনা মীগী থম্মোয়দা মমি তাহল্লি।

৫২। নুপি ওইবীশিংনা মচা-মশু অমদি মপুরোইবগী সেবাগীদমক পুজারি অমসুং মিনায়শিংগী মতেং লৌরোইদবনি। থবক্শিং অসি মীওইশিং অসিদা শিন্নরগা মশানা ধ্যান তৌবা, লাইনিংবনা করিশু আধ্যাত্মিক্কী তোংজবা/ওইজবা ফংলোই। ইমুং-মনুংগী থবক্ পুন্নমকসে ঈশ্বরগী সেবানি, পুজানি খঞ্জরগা নশানা তৌজৌ; শেল্ পিরগা, নেকথোক্লগা তৌবদগীদি নশানা তৌজবসিনা আধ্যাত্মিক্কি হিরমদা ফবা য়াম্না হেল্লি।

৫৩। হৈকোল-লৈকোল্ অমদা মালিনী অমনা হৈপাল্-লৈপাল্ পুন্নমক্কি মপু ওইনা চেকশিন্না য়োকপগুম্ মমা-মপা ওইবশিংনা মখোয়গী

ইমুংদা পোক্লিবা নৌরিবা, পিক্লিবা মচা-মশুশিং অদুবু নিংথিনা য়োকপিনবা ঈশ্বরনা হাপলকপা মীনায়-সেবারি ঙাক্তনি হায়না খনগদবনি। হৌগ্রবা মুনি-ঋষি কয়াগী ৱারি লিবিদুনা থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরিবা অফবা গুণ্ কয়াবু হৌহন্নবা/ফাওহন্নবা হোৎনবিগদবনি। মথন্নতা চুম্না চৎচবা ঙমদবা, পাঙ্দবা, মিতম্বান্ ওইখিদনবা মমা-মপানা য়েংশিনবিগদবনি।

৫৪। ঈশ্বরনা নঙোন্দা পিবিরিবা লন্-থুম্, সমপত্তি পুম্নমক্ ঈশ্বরগী সেবাগীদমক্তনি খন্না অদুম্ পায়্যু। নহাক্কি ইমুং-মনুংগী নচা-নশু পুম্নমক্ ফাওবা শেঙ্লবা, ঈশ্বরনা পিবিবা, অমগা অমগা নুংশিননবা, য়োকপি-থাকপিনবা, লমজিংবিনবা পিরকপা মী ঙাক্তনি হায়না লৌগদবনি। অসুম্না ঈশ্বরগী সেবা তৌনিংবগী ৱাখল অদু সুম্ সুম্ হেনগৎহনগদবনি অমসুং আধ্যাত্মিক্কি খোঙ্জংদা হেন্না খুমাং চাউশিলহন্নবগী পাম্বৈ/খুৎলায় ওইহনগদবনি।

৫৫। মতৈ-মনাওনা য়াম্না ফিদমনিংঙাই ওইবা মওংদা লেল্লিবা ইমুং, পুন্না ঈশ্বরগী মিংখৈরোল্ শোনমিন্নদুনা অফবা থবক্ তৌমিন্নরিবা ইমুং, অচুম্বা নিতি, ৱাঙাং-শঙাং, শান্তি অমসুং নুংশিবা প্রেমতদা লেল্লিবা ইমুং, ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিং খুদুম্ চনশিন্নদুনা লেল্লিবা ইমুং, জীব পুম্নমক্ অসি চপ্ মান্নে হায়না মশানা থাজজরকপা ৱাখলনা জীব পুম্নমকপু চপ্-মান্নবা নুংশিবা মিৎয়েংদা য়েংলিবা ইমুং, অসিগুম্বা ইমুং অসিদি তশেংনমক্ পৃথিবীদা লৈবা শ্বর্গনি। অসিগুম্বা শ্বর্গ অমা কায়হন্দনা ঙাক শেন্দুনা থম্বা হায়বসি নুপিশিংগী মথৌনি।

৫৬। নুপি অমগী ইহান-হানবা মথৌদি মপুরোইবগী সেবা তৌবনি; মদু তশেংনমক্ ঈশ্বরগী সেবানি। মপুরোইবগী সেবা লোয়রগা ঈশ্বরগী আজা-পুজা, লাইশোল্ কোন্না তৌবা য়াই। মপুরোইবগী সেবা তৌদনা ধ্যান অমসুং ঈশ্বরগী পুজা তৌবা মতমদা মপুংফারবা নুংঙাইবা ফংবা ঙম্লোই। মপুরোইবনা অনা-অয়েক্না অৱাবগী ঈপাক্তা তারবা মতমদা মহাক্না মমানি।

৫৭। মপুরোইবদু ফনসু ফত্তসনু নত্রগা হম্থবা থাক্কিসু ওইসনু নুপি অদুনা মাগী নুংশিবা প্রেমতনা মহাকপু সুম্ সুম্ ফহল্লকপগা লোয়ননা চুমথোকপিগদবনি অমসুং ঈশ্বরগী আর্শিবাদ ফংজনবগী মায়কৈদা

তেংবাংবিগদবনি। ঈশ্বরগী মায়কৈদা চংশিল্লকপদা মপুরোইবদি ফগে ফসনু, ফরোই তোকসনু, মথন্তা ফরগা লোয়রে খল্লবদি মদু চুমদে। মদুগী মহুত্তা মপুরোইবতা ফরগা লোয়রে, মাদা নুংঙাইরগা লোয়রে, মাদা য়াইফরগা লোয়রে, মাদা মুক্তি ফংজরগা লোয়রে অসুম্না খনগদবনি, মদুনা মাগীসু মুক্তি ফংজনবগী শোয়দ্রবা লম্বিনি, মহা-মন্ত্রনি। অসিগুম্বা নুপি অমনা থোইদোক্লা অখন্ননা হোৎনরুবা লৈতনা শ্রীভগবান্গী মপান্ নায়দ্রবা থৌজাল্ নিজরুদ্রবসু মথন্নতনা অদুম্ ফংজরগনি, মরাং কায়না হৈথবিরগনি; মতম পুম্নমক্তা ঈশ্বরনা মাগী মনাক্তা ঙাকপি-শেনবিদুনা লৈরগনি; হিরম খুদিংমক্তা মহাকপু চানবিরগনি।

৫৮। নুংশিবা প্রেমতনা মপুরোইববু য়াম্না নিংজবা নুপি অদু থম্মোয় হুবা অখন্নরবা নুংশিবা মেঙ্লবা লৈনম্ চেন্বা লৈ অমগুম্বনি; ইমুং-মনুংদা মরেক-মহাও থোকহন্বা, মমল্ নায়দ্রবা মনিমুক্তানি; ধর্ম্ম লৈবী নুপি অমা হায়বসি তশেংনমক্ ইমুংগী লঙ্লবা মনিমুক্তা অমনি।

৫৯। নুপি অমনা অরান্বা থবক্ তৌরবদি পাপ্ ফংগনি, ঈশ্বরগী মফমদগী দন্দি ফংগনি হায়বগী মাগী থম্মোয়দা অকিবা লৈগদবনি অমসুং নোল্লুকপগী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মায়থোং অমা লৈনবা হোৎনগদবনি। ধর্ম্মগী নিতি-নিয়মদা চপচাবা চৎফম থোকপা নিয়মশিং ঙাক্লা চৎকদবনি অমসুং বিদ্যা পুম্নমক্কি মচং ওইবা ৱাফমসি মদুনি হায়না লৌগদবনি। মশাগী ইজ্জৎ কন্নবগীদমক্তদি দরকার লাক্লিবদি মথৱাই থাদোক্লবগী তৈয়াবিদা লৈগদবনি; মাগী সতীত্য ওইবগী সনমান অসি কায়হন্দনা থম্মবা হোৎনগদবনি অমসুং মপুরোইববু নুংশিজবা প্রেম্ অদু লেঙ্দনা লৈগদবনি। মসি নুপি অমগী খ্বাইদগী মরুওইবা অথোয়বা ধর্ম্মনি। মহাকনা নুপি ওইনা পোক্লিবসি মরম অসিদগীনি।

৬০। নুপি অমনা মানা পামজবা সবজেক অমদা নিংথিনা মাসতর তৌদুনা ফংনিংবা দিগ্রি অমা ফংজসনু; মাগী নত্রগা মপুরোইবগী ওইনিংবা থাক অমদা লৈজসনু, মহাক্লা মখাগী শেঙ্লবা ৱাফম্ খরসিদি চেৎনা পায়গদবনি; অশেংবা ফজবদি অফবা লমচৎতা লৈ; লমচৎ-নিতি, অমসুং ধর্ম্ম-নিতি ঙাকপনা পুন্সিগী শ্বরনি; নোল্লুকপনা পুন্সিগী শক্তিনি; নুমিৎ খুদিংগী অচুম্বা চৎপা, ঙাঙবনা মাগী মথৌনি।

৬১। অফবা লমচৎ চত্রবী নুপী অদুদি ফত্রবীনি; হিংনা হিংনা শিরবনি; অদুনা নুপিনা যুমদগী সংসার অসিদা মপান্ থোরকপা মতমদা য়াম্না মমিৎ মনা শিঙ্গদবনি। মখোয়না ইজ্জৎ সনমান্ হন্থবা য়াবা ৱাঙাং অমতা ঙাংলোইদবনি নত্রগা য়াম্না মমল্ লৈতবা মওংদা নুপাগা তরাই-তরাইনা তোংনা তিন্নরোইদবনি।

৬২। নোল্লুকপি, ধর্ম্মলৈবী, লমচৎ ফজবী নুপি অমনা মশাগী ইজ্জৎ সনমান্ ফংনবতা হোৎনগদবনি, মদুনা হেন্না লেমজনিংঙাইনি। অসিগুম্বা গুণ অসিদগীনি নুপিবু যুমগী লক্ষ্মী ওইহল্লিবসি। মরম অসিদগীনি লোয়নবী নুপীবু গৃহলক্ষ্মী হায়নরিবসি। লোয়নবী নুপিনা অসিগুম্বা গুণ্ অসি চেন্দ্রবা ইমুং অদো অথিবা পুন্নমক্কি তুংনফম্ ওইরে।

৬৩। অচুম্-অরান্ খন্থবী নুপি অমনা মপুরোইবগী মগুণ, ইজ্জৎ-সনমান্ মিংচৎ হেনগৎনবা থবক্তদা মায় ওনশিনগনি, কৈদৌঙেদা মাংহন্নবা থবক্তা খক্ মায় ওনশিল্লোই।

৬৪। নুপিগীদমক্তি চাউথোক্তবা হায়বসি তঙাই ফদ্রবা গুণ অমনি; মসি মাগী মমল্ নায়দ্রবা মনি-মুক্তানি। নোল্লুকপা, মকত্রবা অশেংবা ৱাখল অমসুং শাজৎ-নিতি, তপচবী, অৱাংবা লেমজবা ফিদমবু পামজবা, পুক্লিং তপ্প ... নচিংবা গুণসিং অসিগী অপুন্বা শক্তম্ অদুবুনি নোল্লুকপা-চাউথোকতবা (modesty) হায়রিবসি।

৬৫। লমচৎ চুম্না হায়বদি সতীত্যগী গুণ্ লৈবা/চেনবা হায়বসিমক্ নুপি ওইবিশিংগীদি ফিদম্ননিংঙাইনি। হায়রিবা ধর্ম্ম অসিদগী ফংলকপা পাঙ্গল্ অদুনা মখোয়না ফংনিংবা খুদিংমক্ ফংজবা ঙমই। সতীত্যগী গুণ্ অসিমক্ নুপি ওইবিশিংগীদি (crown jewel) মমল্ নায়দ্রবা অথোইবা মনি-মুক্তানি। মহাকপু খ্বাইদগী ৱাংনা সনমান্ পিগদৌরিবসি হায়রিবা গুণ্/ধর্ম্ম অদুননি। গুণ্ অসিদগী ফংলিবা অফবা ফলশিং অদুদি ৱাহৈনা শিঙ্থাবদা লোয়গদবা লৈতে। মসি মাগী পুন্সিগী শ্বরনি (Life breath)। মাগী সতীত্যগী গুণ্ অদুনা অমসুং মদুদগী ফংলকপা শক্তি অদুনা মপুরোইবগী অৱাবা খুদোংথিবা কয়াদগী কন্বা ঙমই। হায়রিবা গুণ্ অসিনা মশাবু কনজবা ঙমই অমসুং করি অমতা চাংনবা লৈতনা শ্বর্গ ফাওবা ফংবা ঙমজৈ।

৬৬। ঐখোয়না ভগবতগীতা নত্রগা মহাভারতকী খুদম্ অমদা হেক্তা য়েংলবদি খঙগনি মদুদি নুপাবু আধ্যাত্মিক্কি লম্বিদা পুশিল্লিবসি নুপিননি।

৬৭। নুপি অমদা পিরিবা ইহান-হান্বা মিংথোল্ অসি গৃহলক্ষ্মী-য়ুম্‌গী লাইরেম্বী হায়বসিনি। নুপি অমনা ইমুং অমদা চাউখৎপা, ইজ্জৎ সনমান্ অমসুং অফবা মিংচৎ পুরকফম থোকই। মরম অসিদগী মাবু গৃহলক্ষ্মী কৌরিবনি-ওফিস লক্ষ্মী কৌদ্রিবনি।

অনিশুবা মিংথোল্ অমনা "অরধাঙ্গি" হায়বসিনি মরমদি মহাক অসি মপুরোইবগী তঙ্খায়দগী হেন্না ফরবা শরুক অমনি; তলব চাবগী খোঙলোয় নত্তে।

অহুমশুবা মিংথোলনা "ইল্লালু" – হায়বদি য়ুমগী মবেম্মা হায়বসিনি, ওফিসকী মবেম্মা হায়বা নত্তে।

মরিশুবা মিংথোল্ অদুনা ধর্ম্মপতনি হায়বসিনি। মসিগী অর্থদি ইমুং অদুদা ধর্ম্মগী-অফবা ৱাখল্লোন পুন্নমক্কি তুংনফম্ ওইগদবনি হায়বনি। ইমুং অমা হায়বসি থায়নদগী চৎনরক্লবা শেঙ্লবা ধর্ম্মগী-অচুম্বা লমচৎ-নিতি পুন্নমক্কি হৌরকফম্লি।

৬৮। তশেংনা হায়বা তারবদি মপুরোইবসি শ্রীভগবানগী মহুৎশিন্বনি খল্লগা মঙোন্দা তৌরিবা সেবা পুন্নমক্ ঈশ্বরবু পুজা তৌজরিবনি খনগদবনি, অদুম তৌরবদি মদু অশেংবা মথৌগী লম্বিনি। তৌরিবা থবক খুদিংমক্ আত্মাগীদমক্তনি অমসুং আত্মানা পরমাত্মাদা তিঞ্জনবগীনি খন্না পাঙ্‌থোক্লবদি অদুগুম্বা থবকশিং অদু শ্রীভগবান্দা কৎথোক্লবা হায়বদু ওইরে। অসিগুম্বা থবক খুদিংমক্লা মহাক অদুবু নাঙ্‌গদবদগী কন্বিরে; পোকপা শিবা চক্রদা তাহনদরে।

৬৯। তশেংনমক্ নুপিনা থৱাইগী হায়বদি আত্মাগী জ্ঞান অসি ফংবা ওঙ্নবা হোৎনগদবনি অমসুং মিকুপ্ খুদিংদা মহাক্ অসি আত্মানি খন্না লৈগদবনি মহাক্লা মতম্ খুদিংমক্তা শ্রীভগবানগা অমতা ওইনিংবগী অপাম্বা লৈ হায়বদু ফোংদোক্কদবনি। উৎকদবনি।

৭০। নুপাশিংনা নুপিবু হম্বনা থম্নবগী ৱাখল্ অদু থাদোক্কদবনি।

ঐখোয়না মপু ওইবা য়াবা মীনায় নক্তে মখোয়সু মী হায়বসি ওইরিবনি, মশাগী ইজ্জৎ সনমান্ লৈজরিবনি। অওইবমক্ নুপাদগীদি মখোয়না য়াম্না হেন্না ভক্তি, মিনুংশি, কৎথোকপগী ৱাখল, খাঙ্বা কন্বা অমসুং অতৈ গুণ্ কয়া লৈ। অদুম্ ওইনমক্ মখোয়গী পাওতাক্ লৌরবদি নুপা অদু হম্বা থাক্কি মীনি হায়বগুম্বা ৱাখল্লোন অমা নুপাশিংগী মরক্তা লৈরি। মসি থাদোক্কদবনি। আধ্যাত্মিক্কি থাক ৱাংখৎলকপা অমদি অচুম-অরানগী লৌশিং নিংথিনা উরকপা মতমদা মখোয়বুসু ব্যবহার তৌবিয়ু।

৭১। কনাগুম্বা নুপা অমনা আধ্যাত্মিক্কি খোঙ্জংদা ময়ুমদা লৈরবদি খুদোংথিবা কয়া লৈরে হায়দুনা সন্যাস্ লৌদুনা ময়ুম থাদোক্কুনা চেনখিগদবনি হায়বগী নিয়ম্ লৈতে। করিগুম্বা মাগী নুপীগী অয়াবা য়াওদনা চেনখিবা তারবসু মহাক্ মঙ্গোল্ খক্ ওইরোই। করিগুম্বা মানা চৎপা তারবসু মাগী নুপীগা লোয়ননা চৎকদবনি অদুগা নুমিৎ অদুদগীদি অনৌবা পুন্সি অদুদা লেনমিন্নবদা মচিন-মৌপ্বা ওইনা হায়বদি বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈমিন্নরগনি, হান্নগী মতৌগুম্না মতৈ-মনাও ওইনা লৈমিন্নবা য়াদ্রে। করিগুম্বা মচা-মশু মরোমদোম লেপচবা ঙমদ্রিবা, য়োকপি থাকপিবগী দরকার লৈরিবা য়াওরবদি হায়রিবা খোংথাং অদুসু শাস্ত্রনদি কয়া য়াদে।

৭২। নুপী অমনা নুপা অমখক্তবু মাগী মবুংঙোনি, মপুরোইবনি খনগদবনি, মতৌ অদুগুম্না নুপা অমনসু নুপি অমখক্তমক্ মাগী লোয়নবিনি, মতুনি হায়না খনগদবনি। নুপা অমগী য়াইফনবা, মঙ্গোল্ ওইনবা খন্বসি মাগী নুপীদগী হেন্বা অতৈ কনা লৈত্রবনি।

৭৩। নুপা অমনা ধর্ম্মগী ওইবা অচৌবা আজা-পুজা অমতং পাঙথোক্কে খল্লবদি মহাক্না মতম পুম্নমক্তা য়ুমদা লৈবা নুপিগা হান্না খন্ন-নৈনগদবনি।

৭৪। সংসারগী মায়া ঈপাক্ অসি মায় পাক্না লানমিন্নগে হায়রবদি মতৈ-মনাওগী পুক্লিং অসি য়াম্না নুংশি চান্ননা লৈমিন্নগদবনি। পম্ছুং অদু য়ৌদবা য়াদবনি হায়বা ৱারেপ অসি অনিমক্তা চপ্মান্ননা কন্না অমদি লেঙ্দনা লৈমিন্নগদবনি। অমনা অমবু য়াম্না নিংথিনা মপুংফানা থাজনরবা, থাজনরবী ওইনা লৈমিন্নগদবনি।

৭৫। গর্ভদা থা মাপল্ নাওপুদুনা অৱা-অনা, খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লখ্রবী নমা অদুবু নহাক্লা ঙাক্-শেনগদবনি; অসিগুম্বা য়াম্না মরু ওইখ্রবা থবক-মথৌ অসি কনা অমতনা কাউথোকলোইদবনি। মরম অদুনা ইহান হেক্ হাম্বদা ইমাবু পেলহনগদবনি। নঙবু হেক্ পোকপিরিবা নমা অদু ফাওবা পেলহম্বা ঙমদ্রবদি করম্না নহাক্লা ঈশ্বরবু পেলহনগদৌরিবনো ? নমাবু পেলহন্নবা হোৎনজবদা ঐগী আর্শিবাদ পিরি। মমাবু নুংশিজরিবা, মমাবু সেবা তৌজরিবা মহাক্ অদো তশেংনমক্ পাপ্ পুম্নমক্তগী কোক্লবনি।

৭৬। নমাবু ঈশ্বরনি খন্না ব্যবহার তৌ, নপাবু ঈশ্বরনি খন্না ব্যবহার তৌ, নংগী ওজাবু ঈশ্বরনি খন্না সনমান্ তৌ। অচুম্বতা ঙাংউ। অচুম্বা অফবতা তৌ। মীওইবগী হকচাংবু য়োক্লিবা থৱাই মঙাগুম্ হায়রিবা মঙা অসি য়াম্না মরু ওইবনি; মসিদা থাজৌ। সংসারদা চাউখৎপা, নুংঙাই-য়াইফবা ফংনবগী অমদি আধ্যাত্মিক্কি পুন্সিদা মায় পাকচনবগী তাকপিরম্লবা, থম্বিরম্লবা ৱাফম্নি হায়বসি অচেৎপা থাজবা লৈয়ু। ৱাখল্লোন অসি য়াম্না থৱাই য়াওনা, থরেক্লদনা থবক ওইনা পাঙ্থোক্লবা হোৎনৌ। মদুনা মীওইপোক্তগী ঈশ্বরগী থাক্তা চৎকদৌরিবা শেঙ্লবা খোঙ্চৎ অদুদা শোয়দনা মায় পাকহনগনি।

৭৭। নমা-নপাবু ব্যবহার তৌদবা তৌগনু, মখোয়না নিংবদুগী ওন্ন-তৈনবা থবক তৌদুনা নিংবা কায়হনগনু। নমা-নপাগী মফমদা (চরন্দা) নখোয়না থম্মোয় শেঙ্না তৌজরিবা সেবা অদো, ঐনা নখোয়দা চপ্-চানা থাজবা পিরিবসিনি, ঐগী নাক্তা য়ৌরকই। নমা-নপাগী সেবা তৌদনা, ঈশ্বরগী পুজা তৌবনদি করিশু কান্নরোই, অরেম্বনি।

৭৮। অঙাংশিংনা, চাউরক্লবা মচানুপা-নুপি য়াওনা, অয়ুক্ খুদিংগী মখোয়গী নোংমগী থবক্ হৌদ্রিঁঙদা মমা-মপাগী মখোঙ্ শোকহল্লু; মদুনা ইমুং অদুদা ভক্তি-ব্যবহার লৈনবগী, থৌগল্লোন্ খঙ্নবগী শেঙ্লবা ঈচেল্ অমা ফাওহল্লক্কনি।

৭৯। নশাগী হৈ-শিংবা হেনগৎনবা, নরৌশিং পাকথোক-চাওথোক্লবা, নথম্মোয় চাউথোক্লবা অমসুং নপুন্সিদা মায়োক্লরক্কদৌরিবা সমস্যা খুদিংমক্তা থৌনা লৈনা, চীংলেম্না থেংনবা ঙমজনবা "হৌজিক"

হায়বা মতমসি খ্বাইদগী ফবা মওংদা শিজিন্নৌ। মদুনা নমা-নপানা নখোয়বু নুংশিরিবা প্রেম্ অমসুং নখোয়গীদমক্ খাঙ্‌লিবা অৱা-অনা কয়াদুগী তৌবিমল ওইগনি।

৮০। নঙনা তৌখিবা অরানবা থবক্ অদুগীদমক্ নঙনা তশেংনা নুংঙাইতবা ফাওরবদি মদুমক্তা ঈশ্বরবু পেলহনগনি অমসুং ঈশ্বরনা নহাকপু ঙাকপিগনি।

৮১। করিগুম্বা পান্দম্ অমা ফংগে হায়রবদি য়াম্না অকনবা পুক্নিংগী ৱারেপ অমগা লোয়ননা হোৎনবা চঙ্ই। ছাত্র-খুদিংমক্তা মমল্ নায়দ্রবা মনি-মুক্তা মাপল্‌গুম্না য়াম্না মরু ওইখ্রবা গুণ্ মাপল্ অসি মশাদা চেলহন্নবা হোৎনগদবনি। মখোয় অদুদি-কৎথোকপগী থৌনা, লিংজেল্, নোল্লুকপা, মশাগী ওইজবা থিদনা সমাজগী সেবা তৌবা; মরূপ-মপাং ওইবা, থকসি-খাসি লৈবা, লমচৎ-নিতি চুম্বা, অচুম্বা ঙাংবা, নুংশিবা প্রেম লৈবা, অহিংসা অমসুং ঈশ্বরদা থাজবা অসিনি।

ওঁ সাই রাম্।

# গীতাগী ৱাফম্ খরদংঃ

দ্বাপর যুগতা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মনায়-ভক্ত আৰ্জ্জুন্দা তাকপিখিবা গীতাগী ৱাফম্‌শিংদু ঙসি কলি যুগকী মীয়ামদা ভগবান্ শ্রীসত্য-সাই বাবানা তাকপিরিবা গীতা বাহিনীগী মচী ওইবা ৱাফম্ খরদংঃ

**ৱাহৈ অমতংঃ** "গীতা পারুনু", গীতা পাবা মীদি ঙাওগন্বনি, সাধারন মীয়াম্‌গী মরক্তা হায়নবা ৱাফম্নি। অচুম্বনি, ঐখোয়গুম্বা কোকমচানা গীতা পারবদি মীনা হায়নরিবা ৱাফম অসি খরগী মখেদি চুমলকপা য়াই। করিগীসু চুমদনি। মীওইবগী ৱাহৈনা ফোঙ্দোক্‌পা ঙমদ্রবা, মপান্-নায়দ্রবা মহাসমুদ্রগা পাঙখক্ ওইরবা জ্ঞানগী পুক্কৈদগী হৈথবিরম্বা ৱাফম্‌শিং অসিবু অকক্লবা লৌশিংগী মরিক্ খরতমক্ চেন্বা মীপুম্ খুদিংমক্তা তরাই-তরাইনা হেক খঙ্বা হায়বসি ওইথোক্তে। কোকমচাশিংনা খরা হেঞ্জিন্না খল্লবদি লাম্বা ফংদবদগী শোয়দনমক্ ঙাওরকপা য়াই। অসিগুম্বা হিরম কয়াসিদগী ওইগনি নিংই; গীতাগী লুরবা মতাং কয়াদা পণ্ডিত কয়ানা তোঙান তোঙান্বা অর্থ তৌনরকপদগী সাধারন মীয়ামদা কনাগী মোত্না অচুম্বা ওইগদগে খঙনরক্তবগী অৱাবা অমা চৈশোংশিৎনা লৈরকই। ৱাফম্ অসি বাইবল্ অমসুং কুরানগীসু অদুমঙাই। ঙসিগী কলিগী মীয়াম্ অসিদি দ্বাপরগী আৰ্জ্জুনগুম্বা ঙাক্তা নত্তবনিনা হেক তাবগা নত্রগা পাবগা খুদক্তা চুম্না খঙ্বা ঙম্বসি অয়াম্বদা ওইথোক্তে। মসিদগী ধৰ্ম্মনা লৈখা তানবগী মরম ওইরকই। ঙসি পৃথিবীদা ওইরক্লিবা অ-শান্তি অসিমক্ হিরম অসোমদগী ওইগদ্রা নিংই। ধৰ্ম্ম-লৈবা পুম্নমক্ হিংবদা ৱানরে। অসিগুম্বা চীরবা তাঞ্জা অসিদা দ্বাপরগী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্তা ঙসিগী কলি যুগ অসিদা ভগবান্ শ্রীসত্য-সাই বাবা ওইনা শোক্ ১৯২৬ তা অবতার তৌবিদুনা মশাগী গীতা অদুবু অমুক্‌হন্না কলিগী মীয়ামদা খর হেন্না লায়না অর্থ খঙ্বা ঙম্নবা গীতা বাহিনি হায়না খুদোল্

তন্বিরি । অসিগুম্বা রস-অমৃতনা থল্লবা শেঙ্লবা লাইরিক মচা অসিদগী পাঙ্দ্রবা ঐনা খরদং লৌখৎচরগা সাই ভক্তশিংগী মফমদা লাম্ছোকচরিবসি "অদোম" অমসুং "ঐগী" মহুৎ শিন্দুনা মনায় ভক্ত আর্জ্জুন্দা ভগবান্ মশামক্না তাকপিখিবা ৱাফমশিংদু ঙসি নৌহৌনা ভগবান্ শ্রীসত্য-সাই বাবানা অদোম্ অমসুং ঐঙোন্দা হাকথেংননা তাকপিরিবনি খন্থবিদুনা খরদং নৈনমিন্নরগা ইরোমদোম্ হনখিগদবা পুন্সিগী লম্বিদা, পম্থুং অদু ফংনবগী মায়কৈদা খোঙ্থাং অমতং থাংজিন্বা ঙম্নরবদি শ্রীসত্য-সাই বাবাগী কৃপাননি হায়না হঙ্গৎচনিংই । ৱাহৈ-ৱাতা চুমদবদি অইবগী দোষনি খনবিদুনা ঙাকপিগনি; চেম্থরক্লিবা ঈচেলদি ভগবান্ শ্রীসত্য-সাই বাবাগীনি ।

১ । গীতা করম্বা লাইরিক্নো ? আর্জ্জুন্দতা তম্বিখিবা করিগীনো ?

**পাওখুম ঃ–** গীতা হায়বসি উপনিষদ পুন্নমক্তগী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা শুমথবিরগা থম্বিরম্বা, অমৃতগী মশক্ ওইরবা, মচী ওইবা মচাক্তনা থল্লবা, তাইবং মীওইবনা থকচরগা অরান-খুভম ফংজনবগী লম্বি তাকপিরিবা, শেঙ্লবা পাওতাক্তনা থল্লবা লাইরিক্ অমনি । ষন্নাওমচাগী শক্তম্দা মনায় আর্জ্জুনবু শিজিন্নরগা জগৎসিদা লৈরিবা-অচৎ-চত্ত, লেঙ্লি-পাল্লিবা পুন্নমকসি মাগী মাগী মথৌ পাঙ্থোক্লবা শ্রীভগবান্না শেম্বিরকপা ঙাক্তনি, পুন্নমক্ অমতনি, আত্মা অমখক্তনি হায়বগী লৌশিংগী মঙাল্ ফংজনবা হায়বদি আত্মাজ্ঞান্ ফংজনবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা থম্বিরম্বা অমৃতগী মশক্ ওইরবা পাওতাক্শিংনি । গীতা নৈনবা হৌবা নত্রগা তম্বা হৌবা হায়বসিমক্ করম্না মায়া সংসার মায়পাক্না লাম্ছোকপা ঙমগদগে হায়বদুগী লৌশিং তানশিন্বা হৌরবনি ।

ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিংগী অরোম্বা কনানা খঙ্বা ঙমগনি । ভগবান্না তাকপিখিবা মতুংইন্না দ্বাপর যুগতা ভক্ত হায়বা মিংথোল্ অসি শ্রীকৃষ্ণগী চিন্দগী হাকথেংননা ফংজখিবসি মনায় আর্জ্জুন্দনি । "নহাক্না ঐগী খ্বাইদগী নক্লবা ভক্তনি, খ্বাইদগী হেন্না চান্নবা মরুপ্নি, নঙোন্দগী হেন্বা নুংশিনবা মরুপ্ অতৈ লৈতে । মরম অসিদগী অসিগুম্বা পুমথোই-থোইরবা অরোম্বা লৌশিং বিদ্যা অসি নঙোন্দা তম্বিরিবনি" । মতম পুন্নমক্তা মনায় ভক্তগী আত্মা

আত্মা আনন্দগীদমক্ অমদি ধর্ম্মগী পথাব্ কায়হন্দনবগীদমক্ থম্মোয়গী মনিগুম্ ঙাকপি-শেম্বিদুনতা লৈ । শ্রীকৃষ্ণদি পুমথোই-থোইরবা পরম্-আত্মানি, আর্জ্জুন্না জীব-আত্মানি। শ্রীকৃষ্ণদি প্রেমতগী তুংনফম্ মহাসাগরনি।

২ । থবক ওইনা পাঙ্থোকপা ঙমদ্রবদি গীতাগী শ্লোক ৭০০ মক্ চিনফা পুদুনা খঙউ-হৈরুবগী থোয়না কান্নবা লৈত্রে। খৌরাংই হায়দুনা গঙ্গা নত্রগা যমুনা তুরেল্গী ঈশিং লোয়না থক্কদবা নত্তে, খুজোক অমা অনিদং থক্লগা অরাম্-খৌরাংবা কোক্পগুম্ ঈশ্বর ফংনিংই হায়দুনা গীতাগী শ্লোক পুম্নমক নৈনদ্রবসু অমতং অনিদং নিংথিনা খঙ্লগা মদু থবক ওইনা ওন্থোকপনসু অদুম্ য়ারে ।

৩ । গীতা শাস্ত্রগী পান্দমশিংঃ "ধর্ম্মবু নিংশিংউ, ধর্ম্মবু থবক্ ওইনা পাঙ্থোকউ, ধর্ম্ম লৈবা মফমদা মঙ্গল্ ওই" হায়বনি ।

৪ । অফবা শিষ্য-সেবক্ অমগী তোপ-তোপ্পা অখন্নরবা মগুন্দি মশাগী দোষ-অশোনবা খঙ্জবা ঙম্বা অদুনি । মতম অদুদা মহাক্ জ্ঞানগী মায়কৈদা খোঙথাংজিন্বা হৌরবনি ।

৫ । হৈরে-শিংলে নত্রগা য়াম্না অকল্-অথৌ ওইরে হায়দুনা থৈদোক্-থৈজিন্ য়াররোইদবা, নোংম-শোয়দনা চৎলগদবা লম্বি অদুগীদমক্তা ৱারুবগী দরকার লৈত্রে। মদুদা পুন্সিদা থেংনদ্রিবা থৌদোক্ অমদি শোয়দনা থেংনরুগনি, মতম্ অদুদা শ্রীভগবান্গী থৌজাল্ নত্তনা অতৈ উপাই অমতা লৈররোই। (উপাই অদুগী লমজিংবিনবনি ঙসি শ্রীসত্য সাই বাবানা অবতার ওইনা লেঙ্থবিরক্লিবসি ।)

৬ । সংসারগী অৱা-অনাগী চৈথেংশিং অসি পুক্লিং য়াম্না লৈতাবগা লোয়ননা খাঙ্বা ঙম্নবা হোৎনবা অসিমক্ অরান্-খুভম্ ফংনবগী লম্বিনি । মীওইবনা হরাও-নুংঙাইবতমক্ পামই, অৱা-অনংদি পামদে । নুংঙাইবনা মীওইবা অমগী তৌফম থোকপা মথৌ কাওথোকহল্লি, অৱা-অনংনা মীওইববু মমিৎ-মনা হেন্না শিংহল্লি, মদুদগী হেন্না খুদোংথিবা থোক্তনবা ৱাখল খম্থহল্লি। অদুনা অৱা-অনা হায়বসিমক্ অশেংবা মরুপনি। হায়বদি নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অনিসিমক্ ঈশ্বরনা পিবিবা নুংশিবগী খুদোল্ ঙাক্তনি খম্বনা অরান-খুভম ফংনবা লম্বিনি ।

৭। সংসার ঈপাকসিদা মতমচুপ্পদা লোয়নদুনতা লৈরগদবা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবনা করি অমতা শোকহল্বা ঙমদ্রবা মহাক অদু অশিংবা (জ্ঞানি) অমনি।

৮। মায়া সংসারগী অপাম্বগী লাংদা থুদুনা লৈরিবমখৈ হায়বদি কর্ম্মগী ফল্ পামলিবমখৈ হন্না হন্না পোকখিগনি। অপাম্বা থাদোকউ, অদু ওইরবদি অরান-খুভম্ ফংগনি।

৯। পুক্লিংনা ইন্দ্রিয়শিংগা চৎমিন্নরবদি মায়া সংসারদা তাগনি; লৌশিংগী মখাদা চৎলবদি আত্মাজ্ঞান্ ফংগনি।

১০। কাম্ঃ— মীহৌবা-ওইজবা থিবা হায়বসিমক্ ফত্তবা পুন্নমক্কি হৌরকফম্ মরুদুনি। মশাগী হকচাংবু মশানি খল্লিবা মহাক্ অদুনা কামবু খক্ খুদুম্ চনশিন্বা ঙম্লোই, মশামক্ আত্মানি, ব্রাহমম্নি খঙলবা মহাক্তনা শোয়দনা মায় পাক্কনি।

১১। ঈশ্বর ফংনবগী লম্বি পুন্নমক্তগী জ্ঞান-যোগ হায়বসিনা খ্বাইদগী শোয়দনা মায়পাক্লবা লম্বিনি হায়না থাজনৈ। অরান-খুভম্ ফংনবগী হকথেংনবা লম্বিদি জ্ঞাননি।

১২। ধর্ম্ম কদায়বু কৌবগে ? শা অমদগী মী অমা ওইহল্লক্লিবা পোৎশক্ অদুবু ধর্ম্ম কৌই।

১৩। মীওইবগী মপোক্তি মমাংগী মপোক্ কয়াগী অফবা অমসুং ফত্তবা ফলশিং অদুগী মতুংইন্না ফংজৈ, অদুগা অবতারশিংগীদমক্তদি অফবা মীওই কয়াগী প্রার্থনা অমসুং ফত্তবা মীওইশিংগী ফত্রবা থবকশিং অদুনা মরম্ ওইদুনা লাকপনি। অবতার পুরুষশিংগী হকচাংদি পঞ্চভূতনা শাদে, চিন্মায়ানি-ঈশ্বরগী ওইবা মচাকশিংনি। (Spiritual, not material)

১৪। "সত্য, ধর্ম্ম অমসুং প্রেমগা লোয়ননা করি অমতা নিংহন্নবা লৈতনা ঐবু থিরিবা মহাক্ অদুনা শোয়দনা ঐবু ফংজগনি। মসি পুমচুম চুন্নবা ৱাফম্নি"। (ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মনায় আর্জ্জুন্দা তাকপিখিবনি।)

১৫। সন্ন্যাসি হায়বদি মপান্থোংগী ফিজেৎ-চাকচা নত্রগা শকওং অদু খক্তনা ওইবা য়ারোই। নুংশিবা খোঞ্জেল্না, শোক্ল-শম্নরুবনা, শকওং-

শাদানা, মহাওনা, মনম্-মহানা নত্রগা ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিনা করি অমতা শোকহল্লুবা ঙমদ্রবা হায়বদি মহাক্না পুক্নিং লুপচম্রিবা ঈশ্বরগী ৱাখল অদুদগী শম্না অমা ফাওবা শোকহল্লুবা, লেঙ্হম্বা ঙম্দ্রবা মহাক্ অদুবুনি।

১৬। পেনথোকপা হায়বসি জ্ঞানিশিংতনা ফংজবা অথোইবা লন্ অমনি। নুংঙাইবা নত্রগা অৱাবা, মায়পাকপা নত্রগা মায়থিবা, তোংবা নত্রগা মাঙ্বনা জ্ঞানি অমগী ৱাখল্দা করি অমতা শোকহম্বা ঙম্দে।

১৭। ৱাফম্ অমতংদি মুন্না ভাব্ তাউ। নশাগী হকচাং অসিবু নশামক্নি হায়না খল্লিবা অরাম্বা ৱাখল্ অদু হেক থাদোক্ত্রিবমখৈ ফনা কন্না হোৎনরবসু, গুরু কয়াগী লমজিং ফংলবসু, অশেংবা তীর্থ কয়াগী ঈশিংনা ঈরুথোক্লবসু, থক্লবসু, ধ্যান্ কয়া তৌরবসু, মিংখৈরোল্ কয়া শোল্লবসু ঈশ্বর ফংবা ঙম্লোই।

১৮। ফল্গী অপাম্বা থাদোক্লবা, মথৌ নিংথিনা তৌরিবা পুম্নমক্তু ঐনা য়াম্না নুংশি। আজা-পুজাগী থবক্ থাদোক্লবা, মথৌনিংথিনা তৌদ্রিবা, কুম্ভকর্নগী মরী-মতাগুম্ তুম্বা-হিপ্পা, চাবা-থকপদা তৌদুনা অমদি ইন্দ্রিয়গী অপাম্বদা তাওদুনা য়াম্না অতম্বা মওংদা মতম্ মাঙ্হল্লিবা মখোয়শিং অদুবুদি ঐনা নুংশিদে, ঐ মখোয়দগী য়াম্না লাপ্পা লৈ।

১৯। পুক্নিংবু করম্না খুদুম চনশিন্বা ঙমগনি ? ফনা য়াম্না অরুবা ওইদুনসু মখাগী অসুম্না চৎথরবদি পুক্নিংবু লাকশিন্বা ঙমগনি। (১) চাং-নায়না হোৎনবা, (২) তত্তনা ইথন্নতা হংজবনা/থিজিন্বনা-করিগী পুক্নিং নঙনা লম্ হেল্লিবনো ? কৈদৌনবনো ? করি কান্নগদৌরিবনো ? .......... (৩) অপাম্বা থাদোকপনা। তত্তনা চাং নায়না হোৎনরবদা ঙমদবা থবক্ লৈতবনি। ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্বগা লোয়ননা শোয়দনা ঙমফম্ থোকই হায়বা থৌনাগা লোয়ননা হোৎনৌ। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিবনি।

২০। "ঐঙোন্দা ৱাখল্ পুম্নমক্ লুপচরবা, ঐবুতা থম্মোয়শেংনা খন্দুনতা লৈজরবা, অতৈ করিগুম্বা অমতগী ৱাখল্ চংদনা, অদুগুমম্বা মহাক অদো মহা-যোগিনি, পুম্নমক্তগী পুমথোই-থোইরবনি।

২১। ধ্যান্-যোগ অমসুং জ্ঞান-যোগ হায়বসি নুংগী ওইবা-ৱাখল্গী ওইবা নিয়মশিংনি। মখোয় অসিদি সাধনা অমসুং ভক্তিদা যুম্ফম্ ওইরগা

চংশিন্‌গদবা খোঙ্‌জংনি। মসিবু য়াওদ্রবা সাধকা অদুদি উনা শাবা মথক্সাই য়াওদবা মুর্ত্তিগুম্বনি, পান্দম্‌ খঙ্‌দ্রবনি। অদুনা য়াম্না মরু হকচিন্না ঈশ্বরগী মফম্‌দা নুংশিবা প্রেম্‌ পোকপা হায়বসি তঙাইফদনা চঙই।

২২। হে আর্জ্জুন। জগৎ সংসার অসিদা ঐঙোন্দগী হেন্না মতিক মগুন্‌ ৱাংবা পোৎশক্‌ অমতা লৈত্রবনি হায়বসি মুন্না খঙ্‌উ। লংশুং অমদা লৈ কয়া লেংশিল্লগা পরেং শেম্বগুম্‌ পুন্নমক্‌ ঐঙোন্দা ফাজিন্দুনা, লেংশিন্দুনা লৈবনি।

২৩। জগৎ অসিবু শেমখ্রিবা, য়োকপিরিবা অমদি মাঙ্‌হল্লিবা ঈশ্বর হায়বদু ঐনি হায়বসি নিংশিংউ। ঐ নত্তবা পোৎশক্‌ অমতা লৈতে; ঐ নত্তবা অতোপ্পা ঈশ্বর অমা লৈতে; খ্বাইদগী ইহান-হান্না শেমখ্রিবদুসু ঐননি; পোৎশক্তুসু ঐনি; ইতোম্‌তনি; ঐনা ময়াম্‌ ওইহম্বতনি; ইশানা য়ামহল্লগে নিংদুনা পুন্নমক্‌ অসি ওইহন্‌খিবতনি।

২৪। করম্বা মফম্‌দা ঈশ্বরবু ফংজগনি ? হে আর্জ্জুন ! মী অয়াম্বনা য়ৈখায়-থিনগাইবা লৈতনা, চাং নায়না পুজা তৌজনবা জঙ্গলদা চৎলি। মদু অঙাওবা খোঙ্‌থাংনি। ঐবু জঙ্গল্‌দদা লৈবদৌনা মদুদা থিবগী দরকার লৈতে। ঐনা লৈতবা মফম্‌ লৈতে; ঐগী নত্তবা শকওং-শকফম্‌ অমতা লৈতে। পঞ্চভূত্‌-পৃথি, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, আকাশ অসিসু ঐনি; মঙাসিগী মনুংদগী অমা নত্রগা অমা লৈতবা মফম্‌ কদায়দা লৈবগে। ঐবু ফংনবগীদমক্‌ অকক্লবা মফম্‌ লৈতে। পুন্নমক্‌সি ঐহাক্তনি, মফম্‌ পুন্নমক্তা, মতম্‌ পুন্নমক্তা ঐহাক্‌ লৈ। মৈদা য়াওরিবা অকিবগী শক্তম্‌ অদু ঐনি; থৱাই পাম্বা জীব পুন্নমক্তা য়াওরিবা থৱাই অদু ঐহাক্নি। সংসার অসিদা লৈরিবা সত, রজ, তম গুনসিং চেল্লিবা খুদিংমক্‌, মসিদগী থোরক্লিবা ৱাখল্‌গী ঈথিল্‌ পুন্নমকসু ঈশ্বরদগী লোয়না হৌরকপনি।

২৫। ঈশ্বরগী মায়কৈদা চংশিন্নবগী অশেংবা লম্বি করিনো ? পুক্নিং, ৱাহৈ অমসুং থবক্‌ অহুমসিমক্‌ ভগবান্‌গী লীলা ঙাক্তনি হায়না থাজবা ৱাখল্‌ অদুনা পিক থলহনগদবনি। অদু ওইরবদি মদু অশেংবা লম্বিনি। পোৎ খরনা অফবনি, খরনা ফত্তবনি হায়না খায়দোক্লিবসি মীওইবগী শোঙ্‌বা ৱাখল্‌দগীনি। মসিবু ঈশ্বরদা থংজিল্লবদি মদু ঈশ্বরবু উশিং থৌওইদবনি, করেম্নবনি।

২৬। ঈশ্বরগা প্রকৃতিগা করম্না মরী লৈনবগে ? জগৎ অসি ঈশ্বরদা যুম্ফম্ ওইরগা লৈরিবনি। ঈশ্বরগীদমক্তদি যুম্ফম্ অমুক্ দরকার লৈতে। ঐখোয়না শেৎলি-ইল্লিবা ফি অসি লংদগী শাবনি। লং য়াওদ্রবদি য়াদে। লং অদুদি ফিগী মখা পোন্দে। লৈবাক লৈখোমদগী চফু শাখিবনি। চফু অদু লৈখোমগী মখা পোল্লি। লৈখোম্ অদুদি চফুগী মখা পোন্দে; মনিং তমই। ফি হায়বদি লংনি, চফু হায়বদি লৈখোমনি। ফি হায়বদি মমিং, মওং-মতৌ লৈরে। মদু প্রকৃতিনি, লংনা ব্রাহমম্নি। অসুম্না চফুনা প্রকৃতিনি, লৈখোম্না ব্রাহমম্নি। লং অমসুং লৈখোম্ য়াওদনা ফি অমসুং চফু শাবা য়াদবগুম্ ব্রাহমম্ য়াওদনা প্রকৃতি লৈবা য়াদে হায়বদি প্রকৃতি অসি ব্রাহমম্গী মিৎনা উবা শকলোন, শকফম্ অদুনি।

২৭। করিনা যুম্ফম্ অদুবু উহন্দ্রিবনো ?

মিৎয়েং শোয়বদগী যুম্ফম্ অদু উবা ফংদবনি অশোয়বা অদুবু চুমথোক্লবদি জগৎ অসিবু শেম্বিরিবা মপু অদু উবা ঙম্গনি।

২৮। অশোয়বা মিৎয়েং (faulty vision) হায়বসি কমদৌবা জাৎনো ? করম্না হৌরকপনো ? করম্না চুমথোক্কনি ?

তাও, হে আর্জ্জুন্ ! ঐগা জগৎ অসিগগী মরক্তা মায়া হায়বা পোৎশক্ অমনা খল্লি; মীওইবনা মায়া অসিগী ৱাংমদা উবসি য়াম্না অৱাবা থবক্নি। মরমদি মায়া হায়বসিসু ঐগীনি, ঐগা চপ্‌মান্নে; ঐঙোন্দগী তোঙান্বা পোৎশক্ অমনি হায়না নহাক্না লৌবা য়ারোই। মসি ঐনা শেম্বনি, ঐনা খুদুম্ চন্দুনা লৈ। মীওইবগী মরক্তা খ্বাইদগী মতিক্ মগুণ্ অমদি মথৌনা লৈরে হায়রিবা অথৌবা অদো মীকুপ্তা মসিনা মমৈ মকোক্ ওলহন্বা ঙমই। মহাকপু জয় তৌবা হায়বসি তরাই-তরাইবা থবক্ নত্তে; ঐঙোন্দা থৱাই-হকচাং পুম্নমক্ পুমলুপ্-লুপলবশিংখক্তনা মাবু জয় তৌবা ঙম্গনি।

মায়া হায়বসি অতোপ্পা মফম্ অমদগী লাকপা তমথিবা পোৎশক্ অমগুম্ লৌগনু, মসিদি পুক্নিংগী মগুণ্ অমনি। মসিনা লেঙ্‌দ্রবা অশেংবা পরমাত্মা অদুবু থৌশাহন্দ্রবা সংসারগী ওইবা ময়াম্ অসিবু মমল্ অয়াম্বা ওইনা উহল্লিবনি। মসিনা হকচাং অসিবু পরমাত্মানি হায়না থাজহল্লিবনি। মায়া হায়বা পোৎশক্‌সি হান্না লৈরম্বা, হৌজিক লৈরিবা, তুংদা লৈথিগদবা

নত্তে। শুকলৈ লৈত্রবা থৌদোক্ অমগী মমিংনি। অদুবু মরুভূমিগী লৈকংলা মরক্তা শুকলৈ লৈতবা ঈশিংগী শরুক খর উহন্বগুম্ উবদি উরকই। পরমাত্মাবু মশক্ খঙবা মীনদি সিবু খক্ উরোই, অপংবা কাংবু খক্তনা উগদবনি।

মায়া হায়বসি ঐগা অমতনি, ঐঙোন্দগী হৌথিবনি জগৎ অসি মায়ানা মরম ওইদুনা ওইথিবনি। অদুবু মায়ানা ঈশ্বর ওইরক্লবগী মরমদি ওইদে। মায়াবু পুথোক্লিবা, শিজিন্নরিবা মপু অদু ঐহাক্নি। মায়াদগী ওইরক্লিবা জগৎ অসি ঐগী য়াথং মতুং ইন্না চৎলিবনি। অদুগা ঐবু য়াম্না চেৎনা নিংজরিবা অমদি ঐগী অনিংবা মতুংইন্না থবক্ পাঙথোক্লিবা মহাক অদুদি মায়ানা শোকহনবা ঙম্লোই। মায়াসু মাবু ঙম্বা মপু মশক্ খঙ্বনি। মায়াবু খুদুম চন্নবগী অমতা ওাইরবা উপাইদি পরমাত্মাগী জ্ঞান্ ফংনবা হোৎনবসিনি অদুগা নশাগী আত্মা অমুক্ মশক্ খঙ্নবা হোৎনবখক্তনা ওইগনি। মরমদি লেঙ্দ্রবা আত্মা অদুদা নহাক্তা অকক্লবা পুন্সি পিরি হায়বদি লেঙ্দ্রবা, মপান্ নায়দ্রবা পোৎশক্ অদুদা সিমানা লৈহল্লি, অশি-অচং লৈহল্লি। মদুমক্লনি মায়া পোকহল্লিবসি।

লেঙ্দ্রবা, ঙমখৈ-সিমানা লৈত্রবা নহাক নশা অসিবু নহাক্তা সিমানা লৈবা ওইনা থাজরিবা অদুমক্ মায়ানি। অদুগা নিংশিংউ, ঐঙোন্দা চংজখ্রবা অমগী মফমদদি মায়ানা তরাই-তরাইনা চঙ্বা হেক্ ঙম্দবনিকো! মায়াদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈরিবা কাংবুগীদমক্তদি য়াম্না চাউরবা খুদোংথিবসি লৈরিবনি অদুগা ঈশ্বরদা পুক্লিং লুপখ্রবশিং অদুগীদি মায়া মশামক্সি মাধব ওইনা উরগনি। মায়াগী খুদোংথিবসিদগী লাম্থোক্নে হায়রবদি নহাক্ নশামক্সি চাংজৌ নায়দ্রবা শ্রীভগবান্গা অমতনি হায়না ব্রাখল্ চপচানা খন্বা ঙম্লবা নত্রগা নশামক্ অসি ভগবান্দা পুমচং চংজরবদি ঙম্গনি। অহানবগী অদুনা জ্ঞান-যোগগী উপাইনি, অকোন্বগীদুনা ভক্তি যোগগী উপাইনি।

২৯। গীতাদা ভক্ত মখল্ কয়া পিবগে? করি-করিনো?

গীতাদা পিরিবা ভক্তসি মখল্ মরিনি। মখোয় অদুদি – (১) আর্ত ভক্ত, (২) অর্ত-অর্তি ভক্ত, (৩) জিজ্ঞাসু অমসুং (৪) জ্ঞানি অসিনি। অহানবগী অহুমসিনা অন্-একভক্তিনি অদুগা অকোনবগীসিনা একভক্তিনি। অন্-একভক্তিসিদা মখোয়না পামজরিবা পোৎশক্ অদুগীদমক্তা শ্রীভগবান্দা

হায়জবা, চংজবা অদুগা একভক্তিসিনা অতৈ অমতা উখিদ্রবা, শ্রীভগবানখক্তবু উজবা, নিংজবা। মরম্ অসিদগীনি ভগবান্না জ্ঞানিশিং অসিবু মঙোন্দা খ্বাইদগী নুংশিজবা, নক্লবা কাংবুনি হায়না লাওথোকপিরিবসি। অন্-একভক্তি অসিনা খর কোয়না ৱানা চৎলুবগী ৱাফম্দনি, পম্খুংনফম্দি অদুম্ য়ৌরকই। মরম্ অসিদগীনি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মখল্ মরিসিমক্ মাগী ঙাক্তনি হায়না থৌদোক্ অমদগী হেন্বদা লাওথোকপিখ্রিবসি। অরোইবদা ভগবান্না অসুম্না তাকপিখিঃ "মপান্-নায়দ্রবা, চাংজৌ নায়দ্রবা ইবুংঙো মহাক্তবু ফংনবা হোৎনৌ; মতেক্-মকায় খর নিবগী ৱাখল্ তৌগনু। করিগুম্বা লৈতবা মকুপ্ মতাদা পাম্বশিংদু অরিকপা কাংবুনি। শ্রীভগবান্তবু পাম্বা কাংবু অদু পুকচেল্ চাউবা, থম্মোয় চাউবা কাংবুনি।

জ্ঞানিশিংগী থম্মোয়দা লৈরিবা ভক্তি অসিবু হকথেংনবা -সহজভক্তি কৌই অদুগা অতোপ্পশিং অদুগীনা নাকোয়নবাভক্তি-গৌনভক্তি কৌই। জ্ঞানি অমনা ভগবানসি মশামক্কি আত্মামক্কি হায়না লৌজে। মসি অনুরক্তি ভক্তিনি, শ্রীভগবান্তবু নুংশিজবা ভক্তিনি। জীব খুদিংমক্তা শ্রীভগবান্ লৈ হায়বা চপচানা থাজরবনি। জ্ঞানি হায়বসি খুদক্তা ফংবা য়াবা জ্ঞান নত্তে। হৌখ্রবা মপোক্ কয়াদগী তৌজখিবা আধ্যাত্মিক্কি সাধনা কয়া অদুগী তুংশিনজরকপা ফলদুনা ফংজবনি, ওইজবনি।

৩০। জ্ঞান্ হায়বা পোৎশক্সি করি-কমদৌনা ফংবা য়াগদগে ?

মায়া সংসার অসিবু লাম্থোকপা ঙমহল্লিবা পোৎশক্ অদুবু জ্ঞান্ কৌই। মখল্ অনি শুই। সংসারগী পোৎশক্ ময়াম্ অসিগা লৈনবা জ্ঞান অদুবু বিলয়াজ্ঞান্ কৌই অদুগা ব্রাহমম্গা-পরমাত্মাগা জীব-আত্মাগা অমতনি খায়দোক্লবা য়াদে হায়বগী জ্ঞান্ অদুবুনা অ-ভেদজ্ঞান্ কৌই; মসিদি বুধিগী ৱাংমদা লৈ, বুধিগী মথৌ ফাওবা য়েংশিনবা ঙমই। তত্তনা অহোংবা নায়রিবা মায়াগী ঈচেল্ অসিবুসু মাঙ্হন্বা ঙমই। মহাক্ মশা য়াওনা পুম্নমক্ অসি ব্রাহমম্ ঙাক্তনি হায়বা মঙাল্ অসি পি। মরম্ অসিদগী মসিবু অশেংবা জ্ঞান্ — সম্যাক-জ্ঞান্, সমীপ-জ্ঞান্ নত্রগা খ্বাইদগী নক্লরবা জ্ঞান্ হায়না কৌই।

অ-ভেদ জ্ঞান্ অসি ফংনবগী লম্বি অনিনিঃ নুংগী লম্বি অমসুং পান্গী

লম্বি। ধ্যান্ অমসুং সমাধিনা নুংগী লম্বিনি অদুগা নিশ-কামকর্ম্মগী সাধনানা মপান্‌গী লম্বিনি।

৩১। পুন্সিগী পান্দম্ করিনো ?

মপান্‌থোঙ্‌দা উরিবা সংসারগী ওইবা পোৎশক্ খুদিংমক্তগী পুক্লিং অসি চিংথোরক্লগা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু খুদুম চনশিন্দুনা পরমাত্মাবু শকখংনবা হোৎনদুনা অরানখুভম্ ফংবনা পুন্সিগী পান্দম্নি। মীওইবদা পিরিবা পুন্সি অসি যুমকৈ য়াম্না শাগৎনবা লম্ য়াম্না লৈশিন্নবা, লন্ য়াম্না তুংশিন্নবা, মচা-মশু ধারা য়াম্না শন্দোক্লবা, মিংথোল্ নত্রগা ফমথোল্ কাখৎনবা নত্তে। মীওইবা পুন্সিগী খ্বাইদগী মরুওইবা মায়পাকপদি অৱাবা, লাঙ্‌তক্লবা শুকয়াও য়াওদ্রবা, মতম্ পুম্নমক্তা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওদুনতা লৈবা ফংজবা অদুনা ওইগনি।

৩২। অহল্ ওইরকপদগী থেংনরিবা পাঙ্গল্‌গী অমদি পুক্লিংগী অৱাবশিংদগী করম্না নানথোকপা ঙমগদগে ?

**হে আৰ্জ্জুন্ ঃ** মীপুম্ খুদিংমক্সি অহল্ ওইনিংদে, শিনিংদে। মসিগী লাংতকনবসি মীওইবগী হৌনসানি। অদুবু লাংতক্লবসিনা করিদি কান্নগনি। নঙনা পাম্লিবা পান্দমদুগী মতুংইন্না নঙগী লমচৎ-শাজত্তু ওইহল্লগা লোয়রে। অসিগুম্বা অৱা-অনং অসিদগী লাম্থোকচরগে খন্দুনা ঐঙোন্দা চংজরগা আধ্যাত্মিক্কি খোঙ্‌জং চংশিল্লিবা মহাক্ অদু ব্রাহমম্, কর্ম্ম, আত্মানচিংবা খঙ্ফম্ থোকপা মখৈ লোয়না খঙ্‌গনি। ঐহাক অসি অধিভুতম্, অধিদাইভ্যম্ অমসুং অধিয়াজনাগী মবুংঙোনি, মপুনি। অদুনা ঐহাকপু অসুম্না পুজা তৌজরিবা মহাক্ অদো পুক্লিং লৈতাবা, অৱা-নুংঙাইবদা থোইনা খন্দ্রবা, পুক্লিংগী ঈথিল্ কয়াবু ফাজিম্বা ঙমলক্কনি। মসিদা নত্তনা, মহাক্লা মতম্ পুম্নমক্তা ঐতবু খন্দুনা লৈবা মরম্না মাগী অরোইবা মিকুপ্ ফাওবদা ঐবু কাওথোক্লোই। মরম্ অসিদগী মহাক্ ঐঙোন্দা তিঞ্জরগনি।

{**অধিভুতম্ ঃ** অহোংবা নায়বা, মশক্-মমিং, মওং-মতৌ লৈবা, শিবা নায়বা পুম্নমক্ অসিনি। অপরা-প্রকৃতি হায়বনি। **অধিদাইভ্যম্ ঃ** জীবগী হকচাং খুদিংমক্তা হিরন্যগর্ভ **কৌবা ঈশ্বরগী** গুণ্ (Divine Personality)

অমমম্ য়াওরি। মসিনা হকচাংগী তোঙান-তোঙাম্বা বিভাগতা মথৌ তৌহল্লি। সাধকা অমনা থাক ফনা ৱাংনা কাখৎচরক্লবসু হিরন্যগর্ভগী মতেং নত্তনা ঈশ্বর ফংবদি ওইথোক্তে। শম্না হায়রবদা হিরন্যগর্ভগা ঈশ্বরগা অনি অসি অমতনি, খেন্নবা লৈতে।

**অধিয়াজনম্ঃ** মসিসু ঐহাকপুনি। অৱা-নুংঙাইবা পুন্নমক্ লৌশিল্লিবা, কর্ম্মগী ফল্ পুন্নমক্ পিরিবা, চারিবা, জীবগী ইন্দ্রিয় মঙাগী মতেংনা ফংলিবা-খোঞ্জেল্, মওং, মহাও, মনম্ নচিংবা জীবগী কান্নবা তৌরিবা থৌবু, কান্নবদু ফংলিবা জীবদুসু ঐহাক্নি। হায়বদি নুংগী ওইবা কর্ম্ম পুন্নমক্কি লেঙ্দবা য়ুম্ফম্ অদুদি ঐহাক্নি।

৩৩। অৱাবা ৱাখল্ অসি কদায়দগী পোক্লকপগে ? করম্না কোক্হনগনি ?

অৱাবা ৱাখল্ পুন্নমকসি অ-জ্ঞান্ হায়বদি খঙ্দবদগী ওইরকখিবা ঙাক্তনি। নহাক্ নশা অসি লেঙ্দ্রবা আত্মাদুনি, পৎথবা পুমথবা নায়বা হকচাং অদু নত্তে হায়বসি খঙ্দবদগীনি; হকচাংবু নশানি হায়না লান্না লৌবদগীনি। অমম্বা হায়বসি মঙাল্ হায়বদু পুশিল্লক্প্রিবমখৈ মাঙ্উ য়াদবগুম্ ৱাফম্ অসি নহাক্না অমুক্তং নিংথিনা ভাব্ হেক তাবদা অৱাবা ৱাখল্ অদু মথন্নতা মাঙ্জখিগনি। অদুনা ঐঙোন্দা চংজরো। অশেংবা লৌশিংগী মঙাল্ অদু ফংনবা হোৎনরো, অৱাবা য়াওদ্রবা পুন্সিগী লম্বি অমদা চৎলো।

ভগবান্গী ৱাফমদু তাবদা আর্জ্জুন্না খজিক্তং লুনা থোকপদগী খর শন্দোক্না তাকপিনবা হঙ্গৎচরবদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখিঃ "ঐগী নুংশিজরবা ইশেল ইবুংঙো ! তাওঃ ঐগী মরমদা লৈরিবা অঙকপশিং অসি নংনা খঙ্গে হায়রবদি ব্রাহমম্, আধ্যাত্মম্, কর্ম্ম, অধিভূতম্, অধিদাইভ্যম্, অধিয়াজনম্ করিনো হায়বদু মুন্না অর্থ খঙ্লবা মতম্দা ওইগদবনি। অদুগা মসিমসু ঐ হায়গেঃ ঐগী অঙক্পশিংসি হেক খঙ্বদা ঐবু ফংজরবনি।

অসুম্না হায়বিরবা মতুংদা ৱাফমশিং অদু মথং-মথং তাকপিরমই।

**ব্রাহমম্ঃ** মপান্ নায়দ্রবা, চাংজৌ-নায়দ্রবা, শিবা লৈত্রবা, মফম্-মতম পুন্নমক্তা শিনথুংনা লৈবা, পুন্নমক্তগী পুমথোই থোইরবা, মফম্, মতম্ অমসুং মীওইবগী লৌশিংনা খঙ্বা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রবা পোৎশক্ অমনি।

মসি মগুণ্ অনিনা লৈতেংই ঃ অ-ক্ষরম্ অমসুং পরমম্ অসিনি। অহান্বগীসিনা প্রানভা অমসুং মায়াবু খণ্ডনহল্লি। মায়া অসিসু প্রানভাগী মনুংদা লুপশিন্দুনা লৈ। অকোম্বগীসিনা পুমথোই-থোইবা, পুমশুপ্-শুপ্পা হায়বনি। অদুম্ ওইনমক্ ব্রাহমম্ হায়বসি মগুণ্ অমতা লোয়নজদবা, মরোমদোম্ পুমশেং-শেংজবা পোৎশক্লি। মসিবু মুন্না ভাব তারবা মহাক্ অদো ঐবু ফংজরে।

অতোপ্পা ব্রাফম্ অমনা ব্রাহমম্ হায়বসি মীপুম্ খুদিংমক্তা "ঐ" "ঐ" হায়বা শকলোন্ অসিদা লৈ। হকচাং অসিনা "ঐ" হায়বসিদা নপশিন্দুনা লৈ। হকচাংগী তোঙান-তোঙানবা ইন্দ্রিয়শিং অদুনা মপাম্বোংগী সংসারদগী পুশিল্লকপা ঈ-পাওশিংবু অমগা অমগা মরী লৈনৈ। মসিগী মরী অসি হেক্ তৎপদা হকচাং অদু মথৱাই পান্দবগুম্ লেঙ্বা ঙম্দরে।

**আধ্যাত্মম্** ঃ ঐ হায়বা শক্তি অসিনা ইন্দ্রিয়শিং অসিদা ফাওদুনা চেল্লিঙৈদা মাগী মাগী মথৌ পাঙ্থোকপা ঙমহল্লি। অদুগুম্বা শক্তি অদুবু আধ্যাত্মম্ কৌই। শম্না হায়রবদা ব্রাহমম্না মওংনি, আধ্যাত্মমনা মচাক অদুনি। খজিক্তং অরুবা ব্রাফম্লিনা য়াম্না নিংথিনা খম্বদুনা নৈনবা নত্রগদি তরাইনা খঙ্বা ব্রাগনি।

অমরোমদা সাস্ত্রনা ব্রাহমম্ অসিবু সত্-চিৎ-আনন্দনি হায়না তাকপিরি। বেদান্তগী লোন্দানি।

সত্-মমাংঙৈদগী অদুম্ লৈরক্লবা, হৌজিকসু লৈরিবা, মতুংদসু লৈখিদগবা, শুকলেং লেঙ্দনা লৈবা; চিৎ-খুদিংমক্পু খঙ্নিংবগী ফাওরিবা ব্রাখল্, অপাম্বা শক্তি; আনন্দ-লোম্বা নায়দ্রবা নুংঙাইবা। অহুমসিমক্ মীওইবদতা নত্তনা শা-উচেক খুদিংদসু লৈ। মীওইবগী হকচাংদি শিবা নায়। পোকপু পোক্লবদি নোংমদি শোয়দনা শিরগদবনি। অদু ওইরবসু করিগীদমক্তা শিবা পামদ্রিবনো ? করিনা পামহন্দ্রিবনো ? শিরিবা অদুদি হকচাং অদুনি, শিরবা মতুংদা লৈহৌরিবা, থনম্লিবা অদুনা আত্মা অদুনি। অদুবু নখোয়না খল্লিবদি শিরিবদু নশানি-আত্মানি হায়বসিনি। আত্মাদি পোকপা শিবগা মরী লৈনদে, লেঙ্দবনি, ওমরনি, অচুম্বনি, অশেংবনি, শিদবনি। অদুগুম্বা আত্মা অদু ওইবননি নহাক্লা শিবা পামদ্রিবসি। নহাক

সত্নি, নহাক্কি মওং- মতৌসু সত্নি । আত্মা হায়বসি লেঙ্দ্রবা শিবা নায়দ্রবগী মচা লেঙ্দ্রবা শিদবা হায়বা পোৎশক্ অদুনি । নহাক অদুগুম্বা আত্মা অদুনি, হকচাং অদু নত্তে ।

অদুম্মা, সত্-চিৎ-আনন্দ হায়বসি জীব খুদিংমক্কি ওইনা নুংগী ওইনা লৈজখ্রবা ৱাফম্নি । ভগবান্ মশামক্না অদুগুম্না আত্মাগী শকলোন্ অদু লৌবিরগা জীব অমমম্ ওইনা মথৌ পাঙ্থোকহনবতনি, পুম্নমক্ মহাক্ মশামক্কি, খেন্নবা লৈতে হায়বা নুংগী অর্থদু মনায়দা খঙ্হনবিবতনি ।

**কর্ম্মঃ–** মপান্-নায়দ্রবা, চাংজৌ নায়দ্রবা ভগবান্না জীবশিং শেম্বিরগে, য়োকপিরগে অমসুং মাঙ্হল্লগে নিংদুনা অরেপ্পা, মওং-মতৌ নায়বগী দরকার ওইরক্লিবা অদুমক্ কর্ম্মনি । লেঙ্বা ঙম্বা-ঙমদবা পুম্নমক্ মথৱাই পাম্বা ঙাক্তনি । শেম্লগে নিংলকপা ৱাখল্ অদুমক্ কর্ম্মনি, জগৎ শিনবথুংনা লেঙ্লি-পাল্লিবা, হায়রি-হুল্লিবা, চৎলিবা, লাঙলিবা পুম্নমক অসি ঐগী কর্ম্মগী ফল্ ঙাক্তনি । ঐগী অনিংবা লৈরিবমখৈ কর্ম্মগী ঈচেল্ কংবা নায়রোই, লেপ্তুনা চেনথখিগনি । নখোয়না তৌরিবা পুম্নমক অসি ঐগী ঈচেল্ অদুদা তাওশিন্বগী ৱাতনি । ঐগী অনিংবনা কর্ম্ম পুম্নমক্ পাঙ্থোকহল্লিবনি । অদুনা ঐগী অনিংবা মতুংইন্না নহাক্না কর্ম্ম তৌরবদি নহাক্ নশামক্ ঐগী শরুক্ অমা ওইরগনি । (মমৈগী অহুম অমদি ৱাহং ৩২ দা নৈনখ্রে; অদুনা অমুক্ হঞ্জিনজদ্রে ।)

৩৪ । ইবুংঙোদি সত্-চিৎ-আনন্দনি, পোকপা-শিবা, মাঙ্বা তাকপা, লৈতবনি তাকপিরগা করম্না অরেপ্পা লৈতবা, অশি-অচং নায়বা হকচাং অসিবুসু ইবুংঙোনি হায়বিরিবনো ?

অরেপ্পা লৈতবা হকচাং অসিসু ঐগা অমতনি, ঐঙোন্দগী হৌখিবনি । ঐ লৈত্রবদি হকচাং অসি ওইবা ঙম্লোই । মরমদি হকচাং অসিদি মমা-মপা ওইবশিংনা চারিবা চিঞ্জাক্ অদুদগী ওইরকপনি; চিঞ্জাক্তি পৃথিদগী লাকই, পৃথিদি ঈশিংদগী ওইরকই, ঈশিংদি মৈদগী ওইরকই, মৈদি নুংশিত্তগী ওইরকই, নুংশিত্তি আকাশতগী ওইরকই, আকাশতি ঈশ্বরগী মায়াদগী ওইরকই; মায়াদি অতৈ কনাসু নত্তে, ঐগী ঈশাদা য়োমশিল্লিবা ফিজেৎ লৈতেংনি । ঐগী অনিংবা মতুংইন্না পুম্নমক্সি ওইখিবনি । অদুনা পোকপা-

শিবা নায়বা হৃকচাং অসিসু ঐহাক্কি ।

৩৫ । মীওইবনা অফবা মপোক্ নিফম্ থোক্তবরা ?

সাধারন্ মীওই পুম্নমক্না পান্নরিবসি অৱাংবা থাক্কি নুংঙাই-য়াইফবা ইমুংদা পোকপসিনি । অদুগা ঈশ্বরদা নিজবদসু অফবা মপোক্তমক্ নিনৈ। অদুবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরম্বদি সাধকা পুম্নমক্না অফবা মপোক্ নিবগী মহুত্তা করম্না অফবা মীশি ফংগদগে হায়বসোমদা চংশিনগদবনি হায়বসিনি। মরমদি শিবনা হান্না লাক্কনি; শিরিবা মওং অদুগী মতুংইন্না মপোক্ ফংগনি ।

ঐখোয়না মী ওইনা পোক্লরিবসি অমুকহন্না পোক্তনবনি; অমুক হন্না শিদনবনি । অফবা মখল্গী মিশি অদু ফংনবা হোৎনগদবনি । পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা থৌদোক্ অমা শিবা মতম্দা থেংনরগনি । মদুদি ইরোমদোম্ থেংনজরগদবা থৌদোক্কি । অদুনা মদুগীদমক্ পুন্সি-চুপ্পা শেম-শাদুনা লৈবা হায়বসিনা ঈশাগী তোংজবা নত্তনা অমাঙ্বদি অমতা লৈত্রে । মীওইবগী মথংগী মপোক্কি মরায়বক্তি মানা শিরমদাইদা খনখ্রিবা ৱাখলশিং অদুগী মখা পোল্লি হায়বদি ৱাখল্শিং অদুনা মথং মপোক্কি য়ুম্ফম্নি । অসিগুম্বা তাঙ্গাদা শ্রীভগবান্গী ৱাখল্ খঙবা, নিংশিংজবা ঙম্বা মহাক্ অদো শোয়দনমক ঐগী ইনাক্তা য়ৌরকই । মরম্ অদুনা পুন্সিগী থবক্ থৌরম্ খুদিংমক্তা অফবা পোলোয় অদু ফংবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি । মসিগীদমক্ অরোইবা মীকুপ্তা ওঁম্ নত্রগা প্রানভা মন্ত্রসি নিংশিংবা ঙম্নবা-যোগগী দরকার ওইরিবা সাধনা অদু চাং নায়না শাজেল্ তৌগদবনি ।

৩৬ । করম্না পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ্তা ভগবান্বু নিংশিংবা ঙমগনি ?

ৱাফম্ অসি ইরায়-লায়বদি নত্তে; পুম্নমক্ পুক্নিংগী মখা পোনগনি। পুক্নিং অসি তেথহন্নবা অমদি ঈশ্বররোমদা ওনশিন্নবা নিয়ম খরদি ইম্বা তাই; যোগযুক্ত ওইবা তাই। ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না মরুহক্না, কনশিন্না তাকপিরিবসি অরোইবা মীকুপ্তা প্রানভা মন্ত্র-ওঁম্ অসিবু শোন্বা ঙম্লবদি শোয়দনমক্ ভগবান্বু ফংজৈ হায়বসিনি ।

"মতম্ পুম্নমক্তা ঐবুতা নিংশিংদুনা লৈরবা, ঐগী ৱাখল্ নত্তনা অতৈ অমতা খন্দ্রবা অদো শোয়দনমক্ মাগী অরোইবা শ্বর অদু মাগী লাৱাইলুতোন্

ফাওদুনা চৎখিগনি, ঐবু ফংজগনি"। নহাক্লা যোগ অমসুং তপস্যাগী মপু ওইবা ঙমদ্রবসু নঙগী নপুক্লিং অদুদি ঐবুতা নিংদুনা লৈয়ু, ঐঙোন্দা ভক্তি লৈয়ু, ঐঙোন্দা কৎথোকউ, মদুতনসু অদুম্ য়ারে। সাধকা অমনা মসি ফাওবতং ভগবান্দা কৎথোকপা ঙমদ্রবদা মাগী সাধনা অদুনা অতৈ করিদি ঙমখিগনি ! মীওইবনা থোইনদি কান্নদ্রবা সংসারগী ওইবা নুংঙাইবা পোৎশক্ অমা ফংনবা হোৎনবদদি মাগী লৈজবা পুন্নমক্ থাদুনা হোৎনৈ; অদুগা ঈশ্বরগী মফম্দা মাগী পুক্লিং, ৱাখল অমসুং থবক্ পুন্নমক্ কৎথোকউ হায়বদদি চীংজাও অমনা মমাংদা থিংবদৌনা খল্লি। ঈশ্বর শোয়দনা ফংজরগে খল্লবা মীওইশিংদি অৱাবা খুদোংথিবা খরদুদংদি থেংননবা হোৎনগদবনি। ঈশ্বরদা লুপলগদবনি। মতম অদুদা ঈশ্বরনা মঙোন্দা মিংথোল অমা পিরগনি ঃ "ঐসে নঙনি, নঙসে ঐনি, ঐখোয় অমতনি" – "অহম্ ব্রহমাসমি"। সাধকা অদু মতম্ অদুদা অনন্যভাবতা লৈরবনি।

৩৭। ব্রহমলোকা য়ৌরবদি অমুক্ হন্না পোকপগী দরকার লৈত্রে হায়রিবা উপনিষদকী ৱাফম্ অসি শন্দোক্লা তাকপিদুনা তশেংনা "পোকপা-শিবা" চক্রদগী নাম্থোক্লবা কাংবু অদু কনানো হায়বদু তাকপিয়ু।

উপনিষদনা হায়রিবা অরান-খুভম্ ফংবা হায়বসি মখল্ অনি শুই – সদ্যোমুক্তি অমসুং ক্রমমুক্তি-নি। অহান্বগীসিবু কাইভল্যমুক্তি হায়নসু খঙৈ। মসি ফংনিংবা কাংবুগীদমক্তদি শ্বর্গ-ব্রহমলোকা অমুক্ পামলুবগী দরকার লৈত্রে। মসিদি খুদক্তা হেক্তা ফংবা ঙমই, থাক্-থাক্ নায়না ফংবগী দরকার লৈত্রে। মসি অমুক্তং ফংখ্রবা মহাক্ অদুদি মতম্ পুন্বগী ওইনা ফংলবনি, অমুক্ হোংদোক্-হোংজিন্ লৈত্রে। মসি নত্তবা অতৈদি হোংদোক-হোংজিন্ লৈরি। ব্রহমলোকা য়ৌরবসু মানা তুংশিনজরকপা অফবা কর্ম্মগী ফল্ পুন্নমক্তু শিজিন্নবা লোয়রবা মতুংদা ব্রহমলোকা থাদোকতুনা পৃথিবীদা অমুক্ হন্না অনৌবা পুন্সি অমা হৌবা তায়। হায়বদি কাইভল্য মুক্তি ফংজবা কাংবু অদুতমক্ শ্রীভগবান্দা তিনশিনজখিবা ঙমগনি, অতৈদি ঙম্লোই।

৩৮। ব্রহমলোকা য়ৌরবা ফাওবদা মপুংফাবা অরান্-খুভম ফংবা ঙমদ্রবসিনদি খ্বাইদগী হেন্না ফরবা, শোয়ররোইদবা অতৈ করি লম্বি লৈরিবগে ?

হে পার্থ ! শ্বর্গ পুন্নমক্ অসিগী ৱাংমদা অহোংবা লৈত্রবা মফম অমা লৈরি। মদু য়ৌনবা লম্বি কয়ামরুম লৈ। লম্বিশিং অদু খঙ্নদবদগী নত্রগা মফম্ অদুগী নুংঙাইবা অদু খঙ্নদবদগী মীওইবনা অতোপ-অতোপ্পা লম্বিদা চৎনখিবনি। মীওইবনা লম্বি মরিদা চৎনরি। মদুদি (i) কর্ম্ম-অতীত (Karma Atheetha) -- কর্ম্মনা শোকহনবা ঙমদ্রবা, কর্ম্মগী ৱাংমদা লৈখ্রবা। মখোয় অসি জীবন্ মুক্ত ঙাক্তনি। মখোয়গী কর্ম্ম পুন্নমক্ জ্ঞান্গী মৈরিনা লোয়না চাকথেকখ্রবা ঙাক্তনি। মখোয়দদি দান্ তৌব; সাধনা, তপস্যা, ধর্ম্ম-নচিংবা অমতা দরকার লৈত্রে। মখোয়না খল্লিবা, তৌরিবা খুদিংমক্ অফবগী অফবা ঙাক্ত ওইরবনি। মখোয়না নেৎলম্বা পৃথি অদু ফাওবা অসেংবা মফম্ ওইরবনি। মখোয়দি ঈশ্বরগী ওইবা ৱা নত্তনা অতৈ অমতা ঙাঙলরোই। অসিগুম্বা সাধকাশিংদি হেক-শিবা খুদক্তা ব্রাহমম্দা তিনখ্রগনি। মখোয়গী অরোইবা শ্বর অদু ব্রহমলোকতা পুবগী দরকার লৈত্রে। অসুগুম্বা থৱাইশিংবুনি কাইভল্যামুক্তি নত্রগা সদ্যোমুক্তি নত্রগা ব্রহম-প্রাপতি হায়রিবসি।

(ii) নিশ্-কাম্-কর্ম্ম – তৌরিবা, থবক্কি ফল্গী অপান্না অমতা লৈত্রবা, খুদিংমক্ ঈশ্বরদা কৎথোকখ্রবা, ঈশ্বরনা পিনিংবা ফল্ অম্না পিবদা য়ারবা, অসিগুম্বা কাংবু অসিনা মানা-মানা লৈজরিবা লেঙ্দ্রবা থাজবা অদুগী মতুংইন্না ঈশ্বরগী থৌজাল ফংজৈ।

(iii) স-কাম্-কর্ম্ম – মানা তৌজরিবা থবক্কি ফল্ ফংজগে, চাজগে খঞ্জবা কাংবুনি। মখোয়না তৌজবা থবক্কি ফল্ ফংজগদবনিনা ফত্তবা, শাস্ত্রনা য়াদবা, ধর্ম্ম নত্রবা থবকশিং, পাপ্ পুবা য়াবা থবক্শিং অমতা তৌররোই। অসিগুম্বা কাংবু অসিনা সংসার থাদোক্লবা মতম্দা মখোয়না পামজরিবা ব্রহমলোকা অদুদা চৎকনি; মহাক্না তুংশিনজখিবা অফবা কর্ম্মগী ফল্ অদু হেক্ লোয়দ্রিফাওবা মফম অদুদা লৈগনি, মদু লোয়রগা অমুক্ হন্না জীব ওইনা পৃথিবীদা লাক্কনি।

(iv) কর্ম্ম-ভ্রস্ত – অনিং-অনিংবতা তৌবা, অফ-ফত্ত য়েংদবা, ধর্ম্ম নত্রগা পাপ্কী ৱাখল্ থোয়না লৈতবা, অচুম-অরান্ থোইনা য়েংদবা, পাপ্কী অকিবসু লৈতবা, ঈশ্বরগী ব্যবহারসু তৌদবা, ঙাইহাক-ঙাইহাক্কি নুংঙাইরগা লোয়রে খম্না কাংবুনি। মখোয় অসি মীওইনদি পোক্লবসু শা ওইরিবা কাংবুনি। মীওইবগী অয়াম্বা শরুক্না মরাইবক্ থিরবা অকোনবগী কাংলুপ্

অসিদা লৈ। মখোয় অসিনা পোকপা-শিবগী চক্রদা অদুম্ তাদুনা লৈ।

৩৯। হে কৃষ্ণ ! পোকপা-শিবগী চক্র অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্নবা ঐখোয়গী হকচাং অসি করম্বা অফবা, মতম্ অমসুং পুংফম্দা যমরাজদা পিথোক্কদগে ?

হে পার্থ ! নিশ-কাম-কর্ম্ম তৌবা যোগিশিং অসিনা পানখৎলকপা থাখাইগী মনুংদা, নুংশা মঙাল্ লৈরিঙৈদা, নুমিৎনা থা তরুক্ উত্তরয়ন-দা লৈরিঙৈদা মখোয়গী হকচাং অসি থাদোকই। মখোয়গী লম্বি অদুবু দেভয়না নত্রগা অরচিরাদিমার্গ হায়না খঙ্নৈ। অসিগুম্বা যোগিশিংদি মঙাল্দগী লাকপনি, মঙাল্দা ফাওদুনা চৎখি। মখোয়না ব্রাহমম্বু ফংজখি, অমুক হন্না পোক্রে। স-কাম-কর্ম্ম তৌবা যোগিশিং অসিনা অমম্বা অহিংদা, থানা শিথরকপা মতম্দা, নুমিৎনা থা তরুক্ দক্ষিনয়ন্দা লৈরিঙৈদা হকচাং থাদোকই। মসিবু ধুমদি-মার্গ হায়না খঙ্নৈ। মখোয়সু শ্বর্গ য়ৌই। মফম্ অদুদা মখোয়না পামজখিবা, ফংজগে খন্ন হোৎনজখিবা নুংঙাইবদুগী মহৈদু ফংজগনি। মদু চাবা লোয়রবা মতুংদা অমুক্ হন্না পোক্লগনি।

৪০। পানখৎলকপা থাখাইনা শিথরকপা থাখাইদগী হেন্না ফবগী মরম্ অদুগা অঙাম্বসু নত্তবা অমসুং অমম্বসু নত্তবা, মরক্কি মতম্দা শিরিবা কাংবু অদুদি কমদৌবা তারে ?

অহাম্বমক্তদা সুক্ল-পক্ষ অমসুং উত্তরয়ন-গী মনুংগী ওইবা অর্থসি ভাব তাবা তায়। থানা নোংম-নোংমগী মপুংফাবা হেনগৎলক্তুনা মঙাল্গী শরুক্ হেনগৎলকপগুম্ পুক্নিং অসিনা ঈশ্বরগী মায়কৈদা লুপশিল্লকপসি সুম্-সুম্ হেনগৎলকপা অর্মদি নুমিৎনা অৱাংলোমদা কাখৎলক্লিবমখৈ লৈচিন-নোংফাই থাংবা ফরকপগুম মীওইবগী বুধি-লৌশিং অসিনা হেন্না-হেন্না ঙানথোরক্তুনা থম্মোয়গী অমক্পা, - অমম্বসি কোকখিদুনা ঈশ্বরগী মফম্দা লৈজবা ভক্তি, প্রেম্ পুম্নমক য়াম্না মপুং ফারবা মতম্দা থৱাইনা হকচাং থাদোকখ্রবদি অমুক হন্না পোক্রে, মপুংফানা অরান খুভম ফংলে। মখোয় অদু অরচিরাদি মার্গদা চৎখ্রে, ব্রাহমম্দা তিনখ্রে। অদু নত্তবা অতৈদি মানা-মানা তৌজবা কর্ম্মগী ফল মতুংইননা অমুক্হন্না পোকপা শিবগী চক্রদা তারে।

অদুম্ ওইনমক্, মসি যোগিশিংতনা ঙম্বনি, ময়াম অতৈগীদি অৱাবা

খোঙ্‌থাংনি হায়না চিংনবগী দরকারদি লৈতে। পুক্নিং অদুতনসু মতম্ পুন্নমক্তা পরমাত্মাদা লুপতুনা লৈরবদি হায়বদি অতৎ-অথম্ লৈতনা ঈশ্বরতবু নিংদুনা লৈরবদি মদুনসু অদুম্ য়ারে। মপুক্নিংদা লৈরম্বা অমোৎপশিং অদুবু মপুংফানা তাম্থোকখ্রবদি মোক্ষ হায়বদি মোহ-ক্ষয়া-মায়া মাঙ্‌হন্বা হায়বদু ওইরে; মহাক্না শিনিংবা মওং অমদা শিরবসু ব্রাহমম্ ফংজরগনি।

মখা তারকপদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী মরম্‌দা ৱাফম্ খরমুক্ তাকপিখি ঃ গীতাগী ৱাফম্‌শিংসি ঈশ্বরগী ৱাফম্ ঙাক্তনি। মসিদি মিংচৎ তান্নবা, শব্দোক্নবা নত্তে। থবক্ ওইনা পাঙথোক্নবনি। পাওজেল্ অসিনা থম্মোয়দা চংহল্লু; মদু থবক্তা ওম্থোকউ। মদুদগী ফংলকপা নুংঙাইবদুগী মহাও য়েংউ। গীতাবু ব্যবহার তৌনবগী মওংদি মদুনি নত্তদুনা মশানা থবক্ ওইনদি পাঙ্‌থোক্তনা শেল্‌গী অমসুং মিংচৎকী ওইনা শিজিন্নরবদি শেঙ্‌লবা লাইরিক অসিবু ইকায়বা পিবনি।

গীতা হায়বসি অমৃতনা থল্লবা, ভক্তি, জ্ঞান, ভৈইরাগ্যগী হাউর-হাউরবা মথেলতনা পিক থল্লবনি। থক্‌উ, চখোম্ অমতং চাউ। ঈশ্বর ফংনিংই হায়দুনা গীতাগী ৱাফম্ পুন্নমক্ খঙদ্রবসু য়াগনি। গীতাদা মচৈ ৭০০ লৈবনি; অমতং খেৎলগা লৌশিংগী মৈরি থানগত্তুনা নশানা হাকথেংননা চাংয়েং তৌরো। মদুনসু অদুম্ য়ারবনি। থম্মোয় হায়বসি কৃষ্ণ নত্রগা গীতাবু ইৱাৎচনবগী চপ্‌চারবা মন্দিরনি। গীতাদা থাজবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি, মরমদি গীতাগী ৱাফম্‌শিং অসি ভগবান্‌গী ৱাফম্ ঙাক্তনি।

৪১। তোঙান-তোঙানবা মওং কয়ামরুমসিগী মরক্তগী করম্ববু নিংজরগা ঐগী পুন্সি অসিবু কঞ্জবা ঙমগদগে ?

পুক্নিং চঙ্‌না তারো আর্জ্জুন ! থৱাই পাম্বা জীব খুদিংমক্তা য়াওরিবা নুংগী আত্মা অদু ঐহাক্নি। নহাক্না জীব খুদিংমক্তা য়াওরিবা আত্মা অসি ঐগী পরমাত্মানি হায়না থাজবা ঙম্নবদি মদু নঙগীদি মতিক চারবা ধ্যান-নি। থাজবা অসি মাঙ্‌হনগনু। থাজবা অদু থবক্তা, ৱাঙাংদা ৱাখলদা, পুক্নিংদা নিংহন্নদনা ওম্থোকউ, মদু ওইরবদি নঙনা ঐনি, ঐনা নঙনি; অমতনি হায়বগী থাক্ অদু ফংবা ঙমগনি।

৪২ । সা-কার উপাসনাগা নিরাকার-উপাসনাগা অনি অসিগী মরক্তগী সাধকা অমনা নিংজবদা করম্বনা নহাক্লা পেন্বিবগে ? সাধকা অদুদা করম্বনা হেন্না লায়গদগে ? (ৱাহং অসি বিশ্বরুপকী শক্তম্ উহনবিরবা মতুংদা হংজখিবনি )

আর্জ্জুন্ ! মী অয়াম্বনা মওং-মতৌ অমদি মমিং-মথা য়াওবা ঈশ্বরদা পুজা তৌজরগা অদুম্ য়ারে হায়না থাজনৈ । মদুনা খরগীমখৈদি মকান্নগনি, অদুবু ভগবান্না মদুমকনা অরান্ খুভম্ পিবিয়ু হায়বদি য়ারোই; মরমদি মোক্ষ ফংগে নিংলিবা মহাক্ অদুগীদি হকচাংগী অপাম্বা লৈবা (Attachment to the body) পুম্নমকসি অহাম্বমক্তদা লোয়না থাদোক্কদবনি । নঙগী মদ্ পুম্নমক্ থাদোক্লো, অচুম্বা অমসুং অশেংবা থবক্তমক তৌরো; মসিদসু নঙনা অমুক্ য়াম্না ৱারবদি নহাক্লা তৌরিবা থবক্ পুম্নমক্ অদুগী অফ-ফত্ত ফল্ অদু শ্রীকৃষ্ণ-অর্পনম্ হায়দুনা ঐঙোন্দা কৎথোকলো; ৱাহৈদনা য়ারোই; ৱাঙাং, ৱাখল্ অমসুং তৌথোরকপা থবক্ খুদিংদা কৎথোক্কদবনি । থম্মোয়দা অমক্পা, য়েংথিবা; তুক্কচবগী ৱাখল্ শম্না অমা ফাওবা লৈরোইদবনি । মসি হেক্ লৈরিবমখৈ মহাক্ অদু ভক্ত কৌবা য়াদ্রি । ভক্ত অমনা ভাব তাগদবসি পুম্নমক্ অসি ভাসুদেবনি – "ভাসুদেব সরবম্-ইদম্" – ঐঙোন্দা লৈরিবা আত্মা অসিগা চপ্ মান্নবা আত্মা অমা মফম্ পুম্নমক্তা, খুদিংমক্তা লৈ ।

**"মীওইবা জাতি পুম্নমক্ য়াইফরসনু"**

**ওঁ সাই রাম্ ।**





শ্রীনোংথোম্বম শামু সিংহ, ⁄ইবোমচা সিংহ অমদি শ্রীমতি ⁄লৈহাও দেবীগী অমতা ঙাইজবা মচানি। হায়স্কুলনা, চাউয়াইমা হায় স্কুল থৌবালদা, কলেজনা, ডি এম কলেজ ইম্ফালদা, M. Sc. (Stat) না গৌহাতি ইউনিভরসিটিদা পাস তৌরকখি। থোইদোক্লা লাইরিক ফবা ছাত্র ওইনা হৌরকখি অমদি থৌবাল দিস্ট্রিক্তী অহান্বা মাস্তর দিগ্রি ফংবা মীশক ওইখি। অমদি থৌবাল দিস্ট্রিক্তী অহান্বা মাস্তর দিগ্রি ফংবা মীশক ওইখি।

থৌবাল কলেজগী ফাওন্দর প্রিন্সিপাল ওইনা চহি ২২ থবক তৌরম্লবা মতুংদা সোসিএল ৱার্কর ওইরগে নিংদুনা থবক থাদোকখি। শ্রীশামু ভারতকী মীহুৎ অমা ওইনা ১৯৮৩ দা Prague তা ফমখিবা World Assembly for Peace য়াওখি, ইউরোপ অমদি সোভিএত রুসিয়াগী লম কয়াসু কোইরকখি। ১৯৮৬ দা শ্রীশামুনা ইবা " মীওইবা জাতি কদোমদা " হায়বা লাইরিক Soviet Land Nehru Award Committee, New Delhi না Gold Medal অমগা লুপা ৫০০০/- মনা পিদুনা ইকাই খুম্নখি।

মতম খরা হকচাং য়াম্না ফরুদ্রে (স্ত্রোক অনিরক তৌরুরবা মতুংদা) ১৯৯৫ দা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাগী কৃপা ফংজবদগী ময়ামগী সেবা লেপ্তুনা তৌরক্লি। ১৯৯৬ তা শ্রীশামুনা ইবা " সাই লিলা ১০৮ " চহি ওন্দনা লোইখি। য়ুমদা লাক্তুনা হংলরবা, কোপি ফংদবদগী প্রুভ কোপিফাওবা পুবিখি। " সাই অমৃত বানী " অসিনা অইবগী অহুমশুবা লাইরিক্লি।